সাহেংশাগী ফতাহৈ

# প্রেমগী মহিমা




মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

[illegible]

# প্রেমগী মহিমা

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ




Thoubal Branch,
Wangjing, Manipur

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মশা
ৱাংজিং, মণিপুর

[illegible]

# প্রেমগী মহিমা

# Premgee Mahima

Written by Moirangthem Rajendra Singh







| | | |
|---|---|---|
| লাইরিক | ঃ | প্রেমগী মহিমা |
| অইবা | ঃ | মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ |
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | সেপ্তেম্বর ২৭, ২০০৭ ইং |
| মখুম | ঃ | কলেক্সন (কর্টসিঃ অমর চিত্র কথা) |
| মমল | ঃ | লুপা ৯৫ |
| কোপী মশীং | ঃ | ৫০০ |
| অফোঙবা | ঃ | মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মণ্ডা, ৱাংজিংগীদমক অইবা মশামক |

---

নম্ফম ঃ-

জে বি কম্পুটর, ভেম্বাদা টাইপ সেটিং তৌরগা

বি বি ওফসেট প্রেস, ৱাংজিংদা নম্বা

# ৱাহৈ খরদং

বিজ্ঞান্না খমথেংনা চাওখৎলবা যুগসিদা ঈশ্বরগী মফমদা থাজবা অদুক হান্না থম্লরক্রে। মন্দির মসজিদকী মরমদা খৎন- চৈনবা থোক্লিবা পূম্না রাজনীতিগী মীৎয়েংদগী হৌরকপা ওইনা তৌই। ঈশ্বর লৈবা লৈতবগী মরমদা মরে তৌনবগী মত্তামত কয়া লৈরে। ঈশ্বর থাজদবা কনাগুম্বনা হায় - "ঈশ্বর মহাক্লা তশেংনা লৈরবদি মহাক্কী মচা ওইরিবা মীওই কেটি- কোটিনা অৱাবা নংলিবসি কোকপীগে খন্দ্রিবা করিগীনো, ঈশ্বর হায়বদো লৈরম্বা তারবসু, মীনুংশি য়াওদবা থম্মোয় পান্দবা শোয়দনা ওইগনি, অসিনচিংবা।" অদুগা অমুক ঈশ্বর ভক্ত অমনা হায় - "ঈশ্বরনা মীওইবা খুদিংমক্তা খোঙ খূৎ মীৎ নাকোংনচিংবা থোইদোক্লা ৱাখল খনবা ঙম্বগী শক্তি পীবিরকই। মহাক্কী খূদোলশিং অসিবু মফম চানা, মবম চানা শীজিন্নদবদগী মীথোই মীহেনবা ওইবদি লায়রদনা, মশা- মশাগী মবূক ফওবা থাকপা ঙমজদে। অদুগা ৱারে- নংলে হাযদুনা মখোঙ- মখূৎ তিংথোক্নুনা ঈশ্বরবু কৌদুনা কপ্লি। কয়াবক হন্না কৌদুনসু ঈশ্ববদি খক লাকওই। মবমদি, মহাক্কীদি পীবা য়াবা পূম্না পীবকপ্পবনি। মীয়াম মবক্তা অথোই- অহেন, অৱা- নুংঙাই খায়বিবসিদি মী মীদুগী কর্মগী ফলনি, নৎত্রগা সমাজগী চৎনবিবা নীতি নিয়ম অমদি আইনশিং অদুগী মখা পোনবা খূৎশেমগী থৌদোক ঙাক্তনি।"

শুক্রে লৈতবদগী পোৎশক অমত্তা লাক্লোই (nothing comes out of nothing)। বৈজ্ঞানিকশিংনা পুথোবক্লিবা ঙক্লবা কান্নববা পোৎশকশিং অসি প্রকৃতিগী পোৎশকশিংবু তোৎসিন যানসিন্নবগা ওইবকপনি। অদুগা অনৌবা পোৎ পুথোকপা ঙমহল্লিবা ৱাখল খনবা ঙম্বগী শক্তি অদুসু ঈশ্বরগী খূদোন্নি। ঐনা ঙসি সংসাবদা লাক্লিবা অমদি মসিবু থাদোক্নুনা চৎকদৌরিবা পূম্নমক ঐ ইশাগী অনীংবগী মখা পোনবা নত্তে। পূম্ন মক অসিবু শীল- লাঙবা খঙঙম- উঙমদ্রবা অচৌবা শক্তি অমা লৈফম থোক্তববা ?

শ্রীএম. বাজেন্দ্রগী "প্রেমগী মহিমা" মিংথোনবা লাইবিকসিনা ওইজ- ওইথক ফংনবগী ৱাখলদা লাই নীংলগা খক ফংবা ঙল্লোই। ভক্তনা অখাকপা লৈতনা, ওইজবা থাদোক্লা, লৈখা তানি হায়বা নাচুংদনা ঈশ্বব নীংলবদি শোযদনা ফংগনি হায়বা তাক্লি। রাধানা কৃষ্ণবু নীংজবগা দ্বারকাগী লৈমশিং অমসুং অতৈনা নুংশিবগা য়াম্না খেন্নৈ হায়বসু উৎলি। শ্রীকৃষ্ণনা মশামক অনাবা অমা হৌবে, মহাকপু থম্মোয় শেংনা নীংজবা ভক্ত অমগী চরণামৃত থক্লবদি অনাবা ফগনি হায়ববদা লৈমশিং অমসুং অতৈ ভক্ত কয়া থৱায় ৱ ানরম্মী। পাপ পুগনি নরক তাগনি কিবদগী মখোয় কনামত্তনা চরণামৃত পীয়ু য়াখিদে। অদুবু শ্রীমতী রাধিকা মতোমতনা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী অনাবা ফগনিবু হায়রবদি, মহাক্লা তৌবা ঙম্মোইদবা থবক লৈতে, পাপ পুববসু নবক তারবসু হায়দুনা মহাক্কী চবণামৃত পীদুনা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী অনাবা ফহনখি। অসুম্না রাধাগী কৃষ্ণ প্রেমগী মহিমা ময়েক শেংনা উৎলি।

লাইরিক অসিদা সীতা- রামগী মরীদা সীতাগী প্রেমগী মহিমা, সীতাগী অখাঙ

কনবা, সতীত্ব ধর্মবু ঈরাচ্চবা অমসুং শ্রীরামগী থাদোকপা অমসুং প্রজাবু নীংবা কয়া মরীকচুম্ন া নৈনরি। রাম জন্মভূমি অমসুং রাম মন্দিরগীদমক্তা লৈবাক থাথোক ওইরিবসি, ভারতবাসিশিংনা আশা তৌরিবা রাম রাজ্যগী ওন্ন- তৈনবনি। প্রভু রামচন্দ্রগী মীংয়েংদি অতোপ্পগী ধর্মবু নমথরগা ইশাগী ধর্ম লিংবা নত্তে, ধর্ম খুদিংমকপু চপ মান্নবা য়েংবা অদুনি। অইবনা রামায়ণগী মরু ওইবা থৌদোক থাথোক কয়াবু নিংথীজনা আলোচনা তৌরি।

"ধর্ম লৈবা মফমদা জয় লৈ" হায়বদু কৌরব পাণ্ডবকী থারীদগী খণ্ডবা ঙম্মী। লাল হায়বসি য়ারিবমখৈ তৌরোইদবনি। অদুবু ইশাগী লৈফম মুনখিবগীদমক্তা, নুপীবু মীমাঙদা খোঙ্গোয়নবগীদমক্তা লাল তৌবা হায়বসি তঙাইফদবনি। নোংমা শোয়দনা শিগদবা লৈরবা মীওইবনা মীওং- মীনৈ খাঙদুনা, য়াম্না তোঙ্ব- হঙ্বনা হিংদুনা লৈবগী মহৎ, থৌনা ফনা লাম্বেংনরন্নগা শিখিবনা শরুক চাম্মা হেন্না ফৈ হায়বা মহাভারতকী দর্শনবু অইবনা য়াম্না মরীক চুম্না নৈনরি।

পাঙ্গল কল্লিঙৈ লৌশিং চাউরিঙৈ, নুংঙাই য়াইফরিঙৈ শেম্মীরকপা মপুবু কাউথোকপা, পাঙ্গল- লৌশিং লৈরক্তবা, অরা- অনাগী খায়াত্তা তারবা মতমদনা মপু মাবু থিরকপা হায়বসি মীওইবগী লীচৎনি। ঙসিগী পৃথিবীদা রামায়ণ, মহাভারত কয়া থোক্লি লম মুন্নবগী, শক্তি মুন্নবগী লাল তৌনরি। মাঙবা তাকপা লোইরবা তুংদা ভাব তানরকখিগনি। রহস্য কয়ানা শুনা তিল্লবা মহাকব্য অনীসিদগী ধর্মনীতি, রাজনীতি, কুটনীটি, অর্থনীতি, সমাজনীতি অমদি য়ুম্বাল্লোন্নচিংবা কয়া তম্নীংঙাই ওইরি। লাইরিক অসি নৈনরগা মহাকাব্য অনীদুগী মনুংগী ঈচেল লায়না খঙবা ঙমগনি।

কবিরাজ শ্রীরাজেনগী "প্রেমগী মহিমা" কৌবা রাধা- কৃষ্ণ অমদি সীতা- রামগী নুংশিবগী মতীক- ময়াইগা লোয়নবা রামায়ণ- মহাভারতকী লূরবা অমদি লূরবা দর্শন কয়াবু মরীক চুম্না নৈনবা লাইরিক অসি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ, থাংজিংনা মীয়ামগী খূত্তা শিন্নজরি।

লমদিং
তাং ০২/০৯/০৭ ইং
নোংমাইজিং

এন: বীরেন সিংহ
সেক্রেটরী
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ
(ওফিস- থাংজিং)

# অইবগী ৱারোল

ইনীংই হায়দুনসু ভক্তি, প্রেম, লাই থীল অমসুং আধ্যাত্মিক্তা মরী লৈনবা করিগুম্বা খরদং নৈনদুনা নুংগী অথূপ্পা ৱারোল ইবসিদা অকিবা অমা পোকচে। অদুবু "দিবাইন লাইফ সোসাইটি" গী সংসঙ্গ খরা য়াওজরবদা আধ্যাত্মিকী শক্লাইরবা বিদ্বানশিং, স্বামীশিং অমদি গুরুভায় কয়াগী মমল য়াম্লবা প্রবচন (discourse) অমসুং ভাষণ (speech) কয়া তাজরুবদা করিগুম্বা খরা থম্মোয়দা ফাওরকখি। শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ সরস্বতী (ইম্ফাল), শ্রীস্বামী শিবচিদানন্দ সরস্বতী (উরিষা), শ্রীমোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহ (ইম্ফাল), শ্রীককচিংতাবম ব্রজমণি শর্মা (ককচিং খুনৌ) অমসুং অতৈ কয়াগী আধ্যাত্মিক্তা মরী লৈনবা প্র বচন তাবদা করিগুম্বা খরা ইনীংবগী থৌনা পীবী। মখোয়গী মমল য়াম্লবা ৱ ারোলশিং অদুদি মমূৎতানা লৌশীনবা ঙমজখিদে। মমি শামি হাইফেৎতং লৌশিঞ্জহৌবদুগী মনুংদা খবদং লৌখৎচরগা অমুক ইথোক্লীংবগী ৱাখল অমা খল্লকখি। মসিগী মথক্তা অমুক দিবাইন লাইফ সোসাইটিগী থাগী চেফোঙ "দ দিবাইন লাইফ", ইসকোন, মণিপুরগী থাগী চেফোঙ "ভগবৎ পাউজেল", মুম্বাইদা ফোঙবা কোমিক "অমর চিত্র কথা"গী ইসুশিং, ইংরেজী পাউ- চে "দ টাইম্‌স ওফ ইন্দিয়া" দা য়াওবা "দ স্পীকিং ট্রী" অসিনচিংবা কয়াদা য়াওবা ৱারেং অমসুং ৱারী পারুবদা মখোয়শিং অদুনা কবিগুম্বা খরা থম্মোয়দা ফাওহল্লি লোয়ননা ইননবা ঈথিল পীবি। মরী লৈনবা লাইবিক কয়া খুদম ওইনা শ্রীস্বামী শিবানন্দগী "এসেন্স ওফ রামায়ণ", শ্রীমৎ পবমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিবিগী "শ্রীমদ্ভগবদ গীতা" অমসুং অতৈ লাইবিকশিং, শ্রীস্বামী গুরু গোবিন্দানন্দ সরস্বতীগী "রাধাগী প্রেম", শ্রীইরেংবম গুলামজাৎ সিংহগী "বাধা কৃষ্ণ প্রেম কেলি" শ্রীহাওবম তোম্বা সিংহগী "রাধা হৃদয় (ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ), শ্রীখাইদেম নবকুমাব সিংহগী "শ্রীজগন্নাথ উপাসনা", বনমালি দাসকী "রাজ বিদ্যা", শ্রীনিংঙোম্বম ইবোবী সিংহগী "মহাভারত শৈরেং" অমসুং শক্লাইববা কয়ানা ইরম্বা লাইবিক কযা পারুবদা লোয়ননা ঐহাক্না অঙাং ওইবিঙৈদা ঐবু পোকপীবা বাবানা লীবীরম্বা কাব্য অমসুং পুবাণগী ৱাবীশিং নীংশিংলুবদা কবিগুম্বা খবা ইনীংবগী থৌনাদু ঈনোৎ হাপকৎপী। পামজরুবদগী ইজবা ৱারেং খরা পূনশীঞ্জবগা লাইবিক মচা অসি পুথোকচবনি। লাইবিক্কী মিংথোলগী মতাংদা শ্রীমথুবাবাসীময়ুম নন্দকিশোর শর্মা (য়াইবিপোক) অজ্ঞাসিগা তানজবদা "প্রেমগী মহিমা" হায়না থোল্লসি তাকপিবদগী লাইবিক্কী মিংথোল অসি অসুম্লা থোঞ্জবনি।

সৎসঙ্গদা প্রবচন পীবীখিবশিং, লাইবিক্কী মখুমগী মতাংদা অমর চিত্র কথা, লাইরিকী মরমদা ৱারোল খবদং ইবীরকপা মণিপুবী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট ব্রাঞ্চ, ৱাংজিংগী সেক্রেটরী নহাকপম বীরেন সিংহ, লাইবিক্কী মিংথোল পীবীরকপা শ্রীশর্মা লোয়ননা মথক্কী চেফোঙশিং অমসুং লাইরিকশিংগী অইবশিংদা শিংঙমদ্রবা লমন অমা তোন্নশিঞ্জরে। লাইরিক অসি খ্বাইগী মফমদা শিন্নজবি, অশোয় অঙাম খিবিক ঙাকপীনবা নোল্লুকচরি।

সেপ্তেম্বর ১০, ২০০৭ ইং — *মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ*

# য়াওরিবশিং

# শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা রাধাগী প্রেমগী মহিমা–১

লাংবনগী নিঙ্মাং (পানখৎলকপা) ৮নি শুবা নুমিৎ রাধাষ্টমী থোকপা নুমিৎ অসিবু মণিপুরী বৈষ্ণব সম্প্রদায় (community; society; sect;company) না থৌরাণী জন্ম হায়না খঙনবগা লোয়ননা নুমিৎ অসিবু অশেংবা নুমিৎ অমনি হায়না লৌনৈ। বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মফমদা রাধা-কৃষ্ণগী অথূপ্পা লীলা, গুণ অমসুং দিব্য (heavenly; divine; celestial) নাম শোল্লগা, তারগা অমসুং স্মরণ (remembrance; memory; recollection; reflection; reminiscence) তৌরগা ভক্তশিংগী থম্মোয়দা ফাওরকপা ভাব অসি প্রেমগী অয়ৌবী থাক্নি। হায়রিবা অয়ৌবী থাক্কী প্রেম অদুগী মূর্তিদি শ্রীরাধানি। অদুনা রাধাবু মহাভাব স্বরূপিনী কৌই হায়না স্বামী শিবানন্দনা ফোঙদোক্লি। শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী গোলোক (heaven; paradise of Vishnu) বৃন্দাবন্দা শান্নখিবা লীলা অদু মতৌ করম্না মর্ত্য (the earth) বৃন্দাবন্দা অমুক হন্না শান্নখিবগে হায়বা অসিগী মরম "রাধা হৃদয়" নচিংবা লাইরিক্তা মরীক চুন্না ইরি। শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা রাধা ভাবতা শ্রীকৃষ্ণবু উপাসনা (prayer; worship; adoration; service; supplication) তৌখি। শ্রীরাধাদি তশেংনমক কৃষ্ণ প্রেমগী কল্পলতা (wish-yielding mythical creeper) নি, সখীশিংনা মনানি, মশানি, ময়োম্নি। মশাগী ওইজবা স্বার্থ (self-interest; selfishness; interest) য়াওদবা শুদ্ধপ্রেম

(শুদ্ধ-pure; holy; clean; clear; faultless; genuine; unadulterated; purified) অদুমক্তা শ্রীকৃষ্ণবু পেলহনখি। মায়া নত্রগা কাম য়াওদবা কোনশেং ওইবা থব্বায় পানবগী নুংগী হকচাং অদুবু শাস্ত্রনা শুদ্ধদেহ কৌই। শুদ্ধদেহ অসিবু পুরিবা জীব অদুবু শুদ্ধজীব হায়না খঙনৈ। মায়া পাক্তবা শুদ্ধি ওইরিবা আত্মা অদুনা মাগী হৌরকফম অথোইবা আত্মা (পরমাত্মা) অদু ফংজনীংবগী ঈখৌলাংবা অদুবু শুদ্ধপ্রেম কৌই। মায়াগী লৈখোম্না মকশীনহন্দ্রিবা জীব অদু শুদ্ধজীবনি। শুদ্ধজীবনা মতম পুম্নমক্তা মাগী হৌরকফম ওইবা পরমাত্মা ভগবানবু থিদুনা লৈ। ঐখোয়না নুপা ওইজরবসু নুপী ওইজরবসু নুপীগী ভাবতা ভগবানবু নায়ক ওইহল্লগা নীংজবনা হেন্না লায়বা লম্বী ওই। মরমদি নুপানা খক নুপীনা তৌবগুম প্রেমদা হকচীনবা ঙমদে। মসি ভাব অদুগী ব্বানি, নুপানা নুপীগী ফিজেৎ শেৎতুনা নুপী শারুগদবা নত্তে। অশেংবা, পুরুষতি ভগবান মহাক্তনি অদুগা অতৈদি প্রকৃতিনি।

শ্রীরাধা কৃষ্ণ মশা অমত্তনি, প্রেম লীলা (dalliance; amorous; play of love; love-play; sports) গীদমক অনী থোকপনি। মৈদগী মৈশা খাইদোকপা, উলদগী অঈংবা খাইদোকপা, লৈদগী লৈনম খাইদোকপা য়াদবগুম শ্রীকৃষ্ণ, রাধাগা খাইদোক্নবা য়াদে। মরমদি মায়ানা জীবগা ভগবানগগী মরক্তা খনবগুম শ্রীরাধা কৃষ্ণদি মায়ানা মরক খন্দে। রাধানা অসুকক্কী মতীক লুনা নীংমনখিবনা রাধাসি কৃষ্ণগা অমত্তা ওইখ্রবনি। মসিগী থাক অসি মীচম্না য়ৌবা ঙমগদবা নত্তে। মশাগী ওইবা পূম্বা পূমথা থাদোক্তুনা রাধাগুম্না ভাগবান নীংজবা অমদি পূর্ণ (full; whole; entire; complete; perfect; total; accomplished) সমর্পণ (surrender; offering; dedication; giving; bestowal) তৌবসি ঐখোয়গী ইরক্তা ঙমগদবা লৈতে। রাধাগী ভাব মহাভাবনি, রাধাগী ভক্তি পরাভক্তিনি। পরাভক্তি (পরা-supreme; highest; positive) হায়বসি খ্বাইদগী অথোইবা জ্ঞান লৈবা ভক্তদনা থম্বা ঙম্বনি। পরাভক্তিদদি ভগবানগা ভক্তগা অমত্তা ওইনখ্রবনি। "রাধা"

হায়বা ব্রাহৈসিমক মনুংগী অর্থ অমদা ভক্তবুনি। শ্রীরাধাদি ভগবতী দেবীনি। মহাক্তি ফজবা নিংথীবা মখৈগী অয়োবী ঙমখৈ য়ৌরবী রাণীনি। রাধারাণীনি। অদুগা শ্রীকৃষ্ণদি তাইবঙ পূম্বগী শুমহৎনবা মূর্তিনি অদুগা রাধানা শ্রীকৃষ্ণগী শুমহৎনবগী মূর্তিনি। মসিদগী ঐখোয়না খঙই শ্রীমতী রাধানা হেন্না অথোইবী ওইবী ভগবতী (term for addressing a respected woman) দেবীনি।

য়োৎচাবীনা য়োৎপু চিংই। অদুবু য়োৎ অদুনা লৈখোম তৈবা পোৎ ওইরবদি নত্রগা কোহিলং কাবা য়োৎ ওইরবদি য়োৎচাবীনা চিংবা ঙমদে। মসিবু কনাগী মরান্নো? য়োৎতুগী মরালনি, য়োৎচাবীগী মরাল নত্তে। জীবগী মশাদা মায়া পকলিবমখৈ কৃপাগী মশক ওইরবা ভগবান য়োৎচাবীনা চিংবা ঙমদে। মীরমলেনগী করিগুম্বা অপাম্বা অমত্তা লৈত্রবদা অদুগুম্বা জীব অদু ভগবান্না খূদক্তা কৃপা পীনবী। মৈনা মৈশা পী। মৈনাক নকপা মীনা মৈশা ফংদুনা নিংথম্বা কোকই। লাপ্না লৈবা মীনা মৈশা ফংদে, অঙীংবা কোক্তে। মৈনা মীচঙ মীখায় নাইবা নত্তে। ভগবানগা জীবগা লৈনবা মরীসু মসিগা অমহানি। ভগবান্না জীবদা মীচঙ মীখায় নাইদে,জীবগী মশাদা মায়া লৈবা লৈতবগী ব্রানি। রুক্মিণী, সত্যভামা, জম্বুবতীনচিংবা পাটেশ্বরী (Queen consort) লীশীং ১৬ তগী হেন্না লৈরীবা দ্বারকাগী রাণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ফনা য়াম্না নীংদুনসু রাধাগী থাক অদু য়ৌবা ঙমখিদে। অদুগা অমুক ব্রজগোপী ওইবা ফংবা হায়বসি অরায়বা পোৎ নত্তে। অসিগুম্বা অরায়বা নত্তবসি ব্রজগোপীশিংনা ফংজখ্রবসু মখোয় খূদিংমক রাধাগুম মান্নবা ঙমখিবদি নত্তে। রাধাদি পূম্নমক্তগী অথোইবীনি। গোপী পুম্নমক ইবুংঙো মাগী শক্তি ঙাক্তনি, মঙোন্দগী থোরকপা ঙাক্তনি। মায়াগী লাংবু থদৎতুনা চঙশিনবা ঙম্লবদি ঈরীক্লা সমুদ্রদা তিন্দুনা ঈপাক্তা অমত্তা ওইবগুম, মৈরীক্লা মৈজাউবীদা তিনবগুম, য়োৎচাবীদা য়োৎ নপ্লগুম থব্রায় পানবগী মশক ওইবা ইবুংঙো মাগী শক্তি মচা মচাশিংনা মঙোন্দা অমুক তিনগনি।

মৈনা মীচঙ মীখায় নাইদ্রবগুম, য়োৎচাবীনা মীচঙ মীখায়

নাইদবগুম ভগবানসু মীচঙ মীখায় নাইদে। লাল্লিবদি জীবশিং অসিনি। মায়ানা কুপ্পা মরম্না জীব খুদিংমক শুদ্ধজীব ওইদে। ভগবান নীংজরিবা জীবশিংনা মশাগী ওইজবা থিদুনা ভগবান নীংই। ভগবানগীদমক অৱা পোৎলুম পুগে খন্দে। শ্রীকৃষ্ণবু স্বার্থ য়াওদনা শেংনা অৱা-পোৎলুম পুগে খন্না নুংশিজবদি নীঙজবদি রাধাতনি। মীচঙ মীখায় নাইদনা শ্রীকৃষ্ণনা রাধাতবু খনগৎপা নত্তে। মতাঙ অসিদা স্বামী শিবানন্দনা কদায় ফাওবা রাধানা কৃষ্ণবু নীংজবগে হায়বদুগী মরমদা ইরম্বা ইংরাজী লাইরিক্তগী মণিপুরীদা শ্রীস্বামী গুরুগোবিন্দানন্দ সরস্বতীনা হন্দোকপা "রাধাগী প্রেম" হায়বা লাইরিক্তদসু মরীক চুম্না ময়েক শেংনা ইরি। অশম্বা ৱারীদি মখাগী অসিনি :

নোংমা রাধাজয়ন্তী (জয়ন্তী-birthday celebration) পালন (observance; performance of religious ceremony) তৌগদবা নুমিত্তা ভক্ত ময়াম স্বামী জ্ঞানদেবগী কুটীর (hut; cottage; hovel) গী মাঙ্গোন্দা তিনখি। শ্রীকৃষ্ণগী মুরলি মনোহর (beautiful; charming; lovely; festinating; captivating) মূর্তি অমগী মাঙদা রাধানা জগোয় শাবা মূর্তি থমই। স্বামী জ্ঞানদেবনা ঈশৈ শকই, ভক্তশিংনা খুমই। ভক্তি যোগগী ছাত্র প্রেমদাসনা যোগ মখল শুনা নৈনরবা ব্রহ্মজ্ঞানী (person possessing the true knowledge of God) জ্ঞানদেবদা করিগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা মীচঙ মীখায় নাইনা "রাধাতবু থৱায়মক্লি ঐদি রাধাগা অমত্তনি" হায়রিবা করিগীনো, ভক্তশিংনসু রাধা-কৃষ্ণ হায়না শক শোল্লি, ঐখোয়সু ভজন-কীর্তণ (ভজন-divine song; hymn; adoration; song of devotion.কীর্তণ-carol; hallelujah; praising; song or singing about the cycle of Radha and Krishna) তৌবদা শ্রীকৃষ্ণতবু হায়দে, রাধানা মাঙ থারগা রাধা-কৃষ্ণ হায়না শক-শোল্লী, মসিবু করিগীনো হংবদা মতাঙ অসিদা মরী লৈনবা ৱারী মত্তেক অমা জ্ঞানদেবনা পেমদাসতা পীবিখি:

রুক্মিণী, সত্যভামানচিংবা দ্বারকাগী লৈমশিংনা ৱা তানৈ-

"ঐখোয় খূদীংমক শ্রীকৃষ্ণবু য়ান্না নুংশিজে, থম্মোয় শেংনা নীংজে, সেবা তৌজে, অদুবু ইবুংঙো মাদি ঐখোয়দা থোইনা পুক্লিং চঙবীদে, রাধাগী মিংতবু হন্না হন্না শোল্লি"। মসি খঙনবা অমুক্তং য়েংসি হায়দুনা মখোয়না রাধা-কৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা ঈশৈ শকপদা শ্রীকৃষ্ণসু শঙ্গায়দা লেঙলক্তুনা য়ান্না হরাউনা "রাধে-রাধে" হায়না হন্না-হন্না শোল্লি। হান্নগী মলোমগী ৱাখল লৈরিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধে-রাধে শোল্লকপা অদুদা লৈমশিং অদু অমুক্কা হেন্না নুংঙাইরমদে। অদুবু ৱারৌদবা শাশিন্নদুনা লৈখি। পুম্নমক খঙলবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী করি নুংঙাইতবা লৈরবগে হংবদা হংনীংবগা লোয়ননা লৈরম্লবা খুমনীংলবা রুক্মিণীনচিংবনা "ঐখোয় ইবুংঙোবু য়ান্না নুংশিজে, পূজা তৌজে, থম্মোয় শেংনা অচেৎপা ভক্তিগা লোয়ননা সেবা তৌজে অদুবু ইবুংঙোদি ঐখোয়বু মীরায়বিরগা রাধাতগী মিংবু হন্না হন্না শোল্লি, করিগীদমক মীচঙ মীখায় নাইরিবনো হায়জে।" শ্রীকৃষ্ণনা লৈমশিংদা রাধাগা মখোয়গা খেন্নবা, লৈমশিংনা মশাগী নাপল অমসুং অভিমান (egotism; pride; vanity; sensitiveness; conciet; exaltation)বু য়োক্তুনা থম্বা, মখোয়না মহেল্লে খনবা, মখোয় মশাগী স্বার্থ য়েংবা রাধাগীদি মানা মহেল্লে শূকখন খন্দবা, নাপল য়াওদবা মশাগী স্বার্থ য়েংদবা অসিনচিংবা কয়া হায়রবা ফাওবদা য়ানীংদ্রবা লৈমশিংদা মখোয় ৱারৌগনু কোন্না খঙলকখিনি হায়না থেমজিনখি।

নোংমা নীনিগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণ পূক য়েক্লে, থিল্লে, নারে হায়শিন্নদুনা ফ্র ফ্র ওন্না খাঙশিন্নরে। লৈমশিংনা অনাবা ফনবা কননা হোৎনজে, হীদাক লাংথক থিদুনা ফনা কননা হোৎনৈ অদুবু ফবা খক লৈখিদ্রে। চাকলে, থিল্লে, ৱারে, শিরে হায়না পলেম পীশোন্না পচ্ছৌ পাশোন্না অৱা-মৈচাক খাঙদুনা লৈরে। জগৎ মপুনি পুম্নমক খঙবিরিবনি করি উপায় তৌরগা ফগনি তাকপিয়ু হোৎনজগে হায়দুনা লৈমশিংনা হংজবদা শ্রীকৃষ্ণনা- "ঐবু শেংনা নীংজবা ভক্ত অমগী চরণামৃত (খোঙজুম- water in which the foot of a diety or a reversed

person has been washed) খজিত্তং থক্লবদি শোয়দনা ফগনি নখোয় পীবা ঙমগদ্রা” হায়রক্লবদা রুক্মিণীনচিংবা লৈমশিংনা করম্না জগৎকী মবুংঙোদা চরণামৃত পীবগী থৌনা লৈগদৌরিবনো, তমথীরবা পাপ অসি করম্না লঙশিনগদৌরিবনো, করম্না নরক তাগদৌরিবনো খনবদগী কনা অমত্তনা চরণামৃত পীবা ঙমখিদে। চরণামৃত নত্তবা অতোপ্পা অমা হায়বিয়ু হায়জবদা চরণামৃত নত্তনদি অতৈনা ফবা ঙমলোই হায়রকপদা মীপূম খূদিং ব্রানখি। দ্বারকাদা চরণামৃত ফংবা ঙমদ্রগনা বন্দাবনগী মনাকতা লৈবা বরসানদা মী অমা থাদুনা মফমদুদগী চরণামৃতদু পীবা ঙমবা ভক্ত (devotee) অমা ফংবা ঙমব্রা য়েংহল্লু, মফমদুদি পীবা ঙমগদবা ভক্ত লৈরমগদ্রা খল্লি হায়না শ্রীকৃষ্ণনা হায়রক্লবদা মফমদুদা মী থাদুনা চরণামৃত ফংনবা হোৎনরে। নুমিৎ খরা লৈরগা মী অমনা চরণামৃত হায়রিবদু পুদুনা লাক্লগা শ্রীকৃষ্ণদা পীররে। মী পূমনমক হরাওনৈ অদুবু রুক্মিণী,সত্যভামানচিংবা লৈমশিংদি ইঙক ঙকখি। চরণামৃতদু হেক ফংবদা শ্রীকৃষ্ণ অনাবা ফরে, মীপূম খূদিংমক হরাউনখি।

“ঐগীদমক হীদাক অসি পীরকপা মীদু কনানো” হায়না শ্রীকৃষ্ণনা হংলকপদা কালাদাসনা “বরসান্দা ইবুংঙোগী অনাবা ফনবা চরণামৃত খজিত্তং পীয়ু হায়না হায়জরুবদা ঐবু অঙাওবা হায়না কৌদুনা ইরান শীরকপসু য়াওই, ইবুংঙোবু ফহন্নীংবদগী পীদি পীনীং অদুবু পীরুরগা নরক তাগদ্রা, পাপ লঙশিনবা তাগদ্রা কিবদগী পীবা ঙমদবনা অয়াম্বনি অদুবু কনাগুম্বী নুপী অমদি চেনশিল্লক্লুনা ঐবু খামলগা চরণামৃতগী পাত্র অমা পীদুনা ইবুংঙো য়াম্না ব্রারমলগনি থুনা য়াঙনা য়ৌনবা তৌরো হায়রকই” হায়না খুমখি। মহাক্তি নরক তাগনি, পাপ লঙশিনগনি হায়বগী অকিবা পোক্তবরা হায়না শ্রীকৃষ্ণনা মখা তানা অমুক হংবদা কালাদাসনা খুমখি- “বরসানগী অউবা মীনা নুপীদুদা, হে রাধা অপঙবী শ্রীকৃষ্ণদবু নঙগী চরণামৃত পীথক্লবা তৌরিবদুবু করিগীনো, চেকশিনজৌ নঙসে পাপ লঙশিল্লবনি, নরক তারগদবনি হায়বদা রাধাদো করিসু নাচুংদে, থৌওইনা তাদে, ঐঙোন্দা থুনা হন্দে

হায়দুনা শাউদুম শাউরকই, হীদাকসিনা কোন্নদ্রগা থুনা অমুক লাকউ, অৱাংপা পীগে হায়রকই।" ঙাঙনরিবা ৱাদু রুক্মিণী,সত্যভামানচিংবা লৈমশিং তুমিন্না ঙক্না তাখি।

শ্রীকৃষ্ণনা লৈমশিংদা ওনশীন্দুনা "নখোয় ময়াম্না নরক তাগনি হায়না কিবদু রাধাদদি কৃষ্ণগীদমক ৱাবনা নরক তাবা শুককি কিদেদো, পাপকী ৱাশু নাচুংদেদো, নখোয় ময়াম্না নশাগী ওইজবগী শরূক খাজুনা থম্বা মরম্না কৃষ্ণ ঐগী অনীংবা পাঙথোকনীংদে, রাধাদি মশাগী করিসু খাক্তে, মশাগী খন্দে, মী অতৈদি মশা মশাগী ওইজবা খনবনা মরম ওইদুনা নরক তাগদ্রা, তুংদা অৱা-অনা নংগদ্রা, পাপ পুগদ্রা খন্দুনা মশাগী খাকইদো" অসিনচিংবা কয়া হায়দুনা রাধাগী মগুণ থাগৎখি। অদুগা মখা তানা লৈমশিং অদুদা মখোয়সু পরাভক্তি থমদুনা মঙোন্দা তিনগে খল্লবদি মখোয় মশাগী অহং (I; self; the ego; vanity; conceit; arrogance) ভাব অদু পূমথা থাদোক্কদবনি নম্রবদি কদৌঙৈদসু রাধাগী থাক য়ৌবা ঙমলোই হায়খি। দ্বারকাগী লৈমা খূদিংমক মখোয় কয়াদা পঙলমম্রবনো,মখোয়দা কৃপশিলম্বা অজ্ঞানগী (ignorance; want of knowledge; lacking in knowledge) মায়খুম শ্রীকৃষ্ণনা হাংদোকপিখিবদু খঙজখি। অসিগুম্বা ৱারী মতেক অমা জ্ঞানদেবনা মাগী শিষ্য প্রেমদাসতা লীবিদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা রাধাগী প্রেম মহিমা খঙহনবিখি। করিগীদমক কৃষ্ণতবু নৎতনা রাধা-কৃষ্ণ হায়না শক শোন্নরিবনো, করিগীদমক কৃষ্ণগী মাঙদা রাধাগী মিং হাপলিবনো হায়বদু প্রেমদাসনা খঙজখি।

গোলোক বৃন্দাবন্দা শান্নবা লীলা মর্ত্য বৃন্দাবন্দা শান্নবগী মরম "রাধাহৃদয়"পারগা ফজনা খঙবা ঙমই। গোলোক ধাম থাদোক্তুনা শ্রীমতী রাধিকানা মর্ত্যদা বৃষভানু অমসুং কীর্ত্তিদাগী মচা ওইনা পোকলৈ। বৃষভানুনা পুণ্যগী মশক ওইরবা বিরজা তুরেলগী মপান্দা মহামুনি শ্রীক্রতুনা তপস্যা (penance; meditation; religious austerity; austere practices; asceticism austerity; self- morti-

fication; divine contemplation) তৌরিবা মফমদুদা চৎলগা মহামুণি ক্রতুদগী ময়েক কুম্থুনিথোই তিনবা ভগবানগী নাম তরাতরুক "হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে। হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে" হায়বা মহামন্ত্র অসি ফংদুনা মন্ত্র অসিবু শোন্দুনা জপ্ (muttering of prayers; act of praying silently; repetition of mantras; prayers) তৌরগা মহাময়া কাত্যায়নী (অম্বিকা) বু লৈশিলৈথোনজদুনা শ্রীমতী রাধীকাবু মচা ওইনা ফংজখি। অসিগুম্বা রাধা অসিগী শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা প্রেমগী মহিমাদি (glory) চাংদমনীংঙাই মপা লৈতবনি।

*******

# শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা: লৈবা রাধাগী প্রেমগী মহিমা-২

শ্রীরাধা-কৃষ্ণ মৃশা অমত্তনি, প্রেম লীলাগীদমক অনী থোকপনি। লৈদগী লৈনম খাইদোক্পা য়াদবগুম শ্রীকৃষ্ণগা রাধাগা খাইদোক্রবা য়াদে। শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা রাধাগী প্রেমগী মহিমা (glory; grandeur; majesty; dignity; greatness; magnitude; excellence) অতৈ মীওইবা জীবদা লৈতে। রাধাগী ভাব মহাভাবনি, রাধাগী ভক্তি (devotion; homage; veneration; reverence; attachment; piety; inclination) পরাভক্তিনি। পরাভক্তি হায়বসি খ্বায়দগী অথোইবা জ্ঞান লৈবা ভক্তদদা থম্বা ওম্বনি। পরাভক্তিদদি ভগবানগা ভক্তগা অমত্তা ওইনখ্রবনি। রাধা হায়বা বাহৈসিমক মনুংগী অর্থ অমদা ভক্তবুনি। শ্রীরাধাদি ভগবতী দেবীনি। মহাশক্তি কজবা নিংথীবর্মখৈগী অয়ৌবা ওমখৈ য়ৌরবী রাণীনি, রাধারাণীনি। শ্রীরাধাদি তশেংনমক শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী কল্প লতানি, সখীশিংনা মনানি, মশানি, ময়োম্নি। মশাগী ওইজবা (স্বার্থ) য়াওদবা শুদ্ধপ্রেম অদুমকনা শ্রীকৃষ্ণবু পেনশিনবি। ভগবান নীংজরিবা জীবশিংনা মশাগী ওইজবা থিদুনা ভগবান নীংঙি। ভগবানগীদমক অরা-পোৎলুম পুগে খনদে। শ্রীকৃষ্ণবু স্বার্থ য়াওদনা শেংনা অরা-পোৎলুম পুগে খম্না নুংশিজবদি নীংজবদি রাধাতনি। মীওইবা কয়ানা লাই নীংঙি খুরুম্মি মশাগী কান্নবা। খুরুমদ্রিঙৈদা নম্রগা খুরুম্মগা বর নি,অপাম্বদু ফোংদোক্লগা নম্রগা ফোংদোক্তনা পূক্নিংদা নীংলগা নম্রগা চীনদা মুরূম-মরূম শোল্লগা : "হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো! নুংঙাই য়াইফ পীনবিয়ু; হে সরস্বতী ইমা ইবেন্মা! পরীক্ষা ওমজগে; হে লম অসিবু কোনবা লাই! অশোয়-অঙাম লৈহনবিগনু; হে প্রভু! ননাইনা তৌখিবা পাপকী থবক কোকহনবিয়ু; হে মহাদেব ইবুংঙো! অপাম কাদা থুংজগে নুংশি নাক্তা য়ৌজগে..." অসিনচিংবা মখল মখলগী বর (boon; favour; blessing) নিরগা মখল-মখলগী লাই খুরুম্মী নীংঙি। মন্ত্রীক্লরগা লাই খুরুম্বা অসি চংনবী অমা ওইনসু

তৌই। পাল্লিদা দশা (position of a planet at a person's birth; aspect of planets supposed to influence man's destiny; ecstasy; period of life) য়েংলুবদা লাংফম অসি অসি লৈ, বিষ্ণুদা অসি অসি কৎলু দশা কোক্কনি হায়রকলবদা মচাগী, মপাগী, মমাগী, নুপীগী নুপাগী প্রেমনা কনমনখিবনা দশা কোকনবা পোৎলম শুনা কৎতুনা লাই খুরুম্মী। ভগবানবু নুংশিদুনা ইচাসি, ইপাসি, ইমাসি... লৌশিনবিয়ু, ইবুংঙোগী সেবা ফংহনবিয়ু হায়না খরুম্বদি ইয়াও য়াওদে। অসুম্না মশাগী ওইজবা স্বার্থগা লোয়ননা লাই খুরুম্মী নীংঙি।

অসুম্না ভগবানবু নীংবা অসিগুম্না দ্বারকাগী রাণী কয়ানা শ্রীকৃষ্ণবু নীংজৈ। থম্মোয় শেংনা অচেৎপা ভক্তিগা লোয়ননা সেবা তৌজৈ, পূজা তৌজৈ হায়না মখোয়না খঞ্জৈ। শ্রীকৃষ্ণগা মরী লৈনবদা মখোয়দগী হেনবা কনা লৈতে, মখোয়না মহেক্লে হায়না নাপল কাজৈ।

শ্রীকৃষ্ণনা চানবিবসু মখোয়না মহেক্লে খনজৈ। অসুমনা মখোয়না মখোয়গী নাপল অমসুং অভিমানবু য়োক্তুনা থম্মী। মখোয় মশাগী অহং ভাব (অহং-I; self; the ego; vanity; conceit; arrogance) থাদোকপা ওমদে। অদুগা শ্রীকৃষ্ণগীদমক থব্রায় থারবসু থাগে, নরক তারবসু তাগে পাপ ফংলবসু ফংগে হায়বগী ৱাখল মখোয়দা চেন্দে। অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী অনাবা ফনবা মখোয়গী খোঙজুম পীবগী থৌনা লৈখিদে। অদুবু শ্রীমতী রাধাদি পুম্নমক্তগী পুমতোপ তোম্মী। পুম্নমকপু খঙবা ভগবান্না মতম চুম্লদা রাধাগী মিংতবু হন্না হন্না শোন্দুনা লৈ অদুগা মমিংদুদা য়াম্না ইকায় খুম্নবা উৎলি। শ্রীকৃষ্ণগী অনাববু ফগনি হায়রবদি মাগী খোঙজুম শ্রীকৃষ্ণদা পীথক্লগা নরক তাগনি হায়বগী করিসু নাচুংদে অদুগা স্বর্গ কাগনি হায়বগীসু মিহৌদে। অদুগা শ্রীকৃষ্ণবু নীংজরিবা মহাক্না যমুনাগী ঈশিং, অহোবা চক্ষুদা শোকপদা নাপল শুকয়াও য়াওখিদে য়াম্না কিজন্না শ্রীকৃষ্ণবু নীংজরবা ঈশিং শোকখি।

মায়া য়াওদবা কোনশেং ওইবা জীবগী নুংগী ওইবা হকচাং শুদ্ধদেহ পুরিবা শুদ্ধজীবগী শুদ্ধি ওইবা মায়া পক্তবা আত্মা অদুনা

মাগী হৌরকফম পরমাত্মা অদুবু ফংজনীংবগী ঈথৌলাংবা শুদ্ধপ্রেম অসি মীওইবা ঐখোয়দা ফংবা ঙমদ্রবা থোকই। পোকপদগীনা অদুমক তাইবঙ মীরমলেনগী ওইবা নুংঙাইবা অসিবু খক পামলভবী ভগবানগী মায়কৈতদা পুক্লীং লৃপ্তুনা লৈবী অদুগুম্বী নিত্যসিদ্ধা (always proved; ever successful; axiomatic; ever perfect; ever accomplished. নিত্য-enternal; perpetual; everlasting; infinite; ever; always; diurnal. সিদ্ধা -successful; proved; valied) হায়না খঙনবী গোপী অদু ব্রজলীলাদা রাধাগী মফমদা লৈ।

নুপা নুপী অনীগী নুংশিনবা মতৌনা তাইবঙপানবা অসিদা খ্বাইদগী থুম্বা ইহেন হেল্লি হায়বদগী মীওইবা জীবনা মশানা নুপী (প্রকৃতি) ওইরগা ভগবানবু নুপা (পুরুষ) ওইনা নীংজবা অসি বৈষ্ণবশিংনা অখোইবনি হায়না তৌনরি। শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা রাধা ভাবতা শ্রীকৃষ্ণবু উপাসনা তৌজখি। নুপাসু নুপীসু নুপীগী ভাবতা নায়িকা ওইরগা ভগবানবু নায়ক ওইহল্লগা নীংজবনা হেন্না লায়বা লম্বী ওই হায়না লৌনৈ। অসি হাঁয় হায়দুনসু নুপানা নুপীগী ফিজেৎ শেৎতুনা নুপী শারুপদবগী বা নত্তে, চুম্নতা ভাবকী ঙমদ্রবানি। অসিগুম্বা মধুর (sweet; delicious; pleasant; beautiful; melodious; lovely; graceful; agreeable) রস নম্রগা কান্তভাব (কান্ত-lovely; dear; amiable aesthetic; beautiful/handsome) অসিদা অমুক নুপা-নুপী হকপান্না লৈমিন্নবদগীদি অরোনবা নুপা নুংশিনবনা হেনজিনবা ভাব লৈবদগী শ্রীকৃষ্ণবু অতোপ্পা নুপা ওইনা শরণি (ব্রাখলনা ভাবনা শাবা) তৌজদুনা পরকীয়া (illicit love; extramarital love; other's wife or mistress; adulteress; married to other; belonging to others) ভাবতা ভগবানবু নীংজৈ। মসিগী মরু ওইবা মরমদি হকপান্নবা নুপা-নুপীদি সমাজকী চৎনবি লীপুন্না চেংনা পুনশিল্লি। মব্রা মপুরোইবা লৈবী নুপীনা অরোনবা নুপা নুংশিনবা লৈবগী মফমদদি নায়ক-নায়িকা অনীদা সমাজগী চৎনবী লীপুন কিরক্তে থৌশারক্তে।

বাহির (outer; outside; external; exterior) ভাবতা য়াম্না তুঙ্কচনীংঙাই ওইরবা লমচৎ পরকীয়া রস অসি লাইনীং লম্বীদদি অথোইবা ওইরকই। ধর্ম-ধর্মী (virtue; religion and having properties of virtue), অকায়- অতোয়তবু খন্দুনা লৈরিবমখেদি ভগবান ফংবা ঙমদে। অন্তর (interior; heart; mind) ভাবকী ফজবা অদু বৈষ্ণবশিংনা চেংনা থাজদুনা থম্লি। পুম্নমকপু থাদোকপা ঙম্লকপা অদুত্তদা ভগবানগী থৌজালনা মথনতা চঙজরভুনা জীবদুবু লানবিরকখি। আয়ানগী য়ুমদা লৈরিবা রাধানা যতিলা কুতিলাগী পল নমখায়দুনা ভগবানগী নাত্তা লাকখিবা য়াম্লা অর্থ লৈবা ৱাফমনি। নুংগী ভাবতা লৈরিবা ফজখ্রবা, সুখ্রবা, রাধা-কৃষ্ণগী অথুপ্পা লীলাবু খঙদবনা শেরান্নবা লৌনবা য়াওরি। অদুগা অকাম-অপেংনা নোংগা লম্বী ওই, শিবগা মরী লৈনদে, পঙতা তাবনি হায়না শ্রাদ্ধ কর্ম্মদা রাধা-কৃষ্ণগী প্রেম লীলাগী ঈশৈ শকপদা কনাগুম্বনা থীনা ওাওনবসু য়াওই। অদুবু নুংগী ভাব ফজনা খঙবা বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মফমদদি রাধা-কৃষ্ণগী অথুপ্পা লীলা, গুণ অমসুং দিব্যনাম শোল্লগা, তারগা অমসুং স্মরণ তৌরগা থম্মোয়দা শেংলবা ভাব প্রেম রস ফাওরকপা ঙম্মী। খঙজিনগদবা ৱাফম অমনা অসিগুম্বা পরকীয়া রস অসি লাইনীং লম্বীদা অথোইবা ওই হায় হায়দুনা নুপীনা অরোনবা নুপা থম্ববু শৌগৎপগী ৱা নত্তে হায়বসিনি। চুম্লতা য়ৌশিনবা ভাব অদু লৌবগী ৱাতনি। খাবা শাগৈগী মৌ ওইরবী পাম্থোইবীনা নোংপোক নিংথৌগা লৈনবা মরী থম্বসু পরকীয়া রসকী মনুং চল্লি। মরম অসিদগী লাংবনগী ৮নি পানবা নুমিৎ রাধাষ্টমী থোকপা নুমিৎ অসিবু বৈষ্ণব সমপ্রদায়না অশেংবা নুমিৎ অমনি হায়না লৌনরি। অদুগা রাধাগী নাম শোনবনা ভগবানবু ফংননবা লম্বীনি নীংনরি। বিজ্ঞান্না খমথেংনা চাওখৎলবা ভগবান (ঈশ্বর) লৈতে হায়না লৌনরক্লবা মতমসিদা প্রকৃতি (জীব) অমসুং পুরুষ (ভগবান) কী লৈনবা মরী, আত্মা অমসুং পরমাত্মাগী মরীদি খক মূৎপা লৈরোই। শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা রাধাগী প্রেমগী মহিমা অসি য়ৌনা চাংদমনীংঙাই লৈতে হায়বা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা খঙনরিবনি।

# সমাজিক, বৈজ্ঞানিক অমসুং দার্শনিক্কী মীৎয়েংদা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী যুগল রূপ

বিজ্ঞান্না নোংম-নোংমগী চাওখৎলকপগা লোয়নন্না কান্নবা কয়া পুরক্তুনসু পুক্নীং ফাথনা নে-তানা ঈংনা লৈগদবা পুন্সিদা লাওতক্লবা অমদি হেক-হেক পোকহল্লি। অকিবগী মশক ওইরবা লানগী শৃঙ্-খৃৎলায়না অমসুং অতৈ মরম খরনা মীওইবা জাতি অমসুং জগৎ জীবশিং অসি পৃমতুম তুমখিদুনা মহাপ্রলয় (great dissolution of the entire world; universal cataclysm) গী খায়াৎতা তাখিগদ্রা হায়বগী নুংনাংবা হেক হেক পোকই। শান্তিগী লম্বীদা ঈংনা তপ্না পুক্নীং লৈতানা অমসুং ফাজিন্দুনা লৈননবগীদমক রাধা তত্ত্ব (fundamental truth; accurate idea or representation; reality; insight into the true nature of a thing; divine knowledge; essential nature) করিনো রাধা-কৃষ্ণগী যুগল (pair; duo; duet) রূপকী মূর্তি অসি করি ব্রাহম্লোক লৈবগে, করম্বা ভাবকী মওংনো খঙজিন্দুনা পুক্নিং চিংশিনবা তঙাইফদে। জগৎ মপু ওইরিবা পরমব্রহ্মনি হায়নরিবা শ্রীকৃষ্ণতবু নীংবগী মহুৎতা রাধাবুসু য়াওনা যুগল রূপপু নীংনরিবা করিগীনো খঙনজিনবগা লোয়নন্না করিগীদমক যুগল রূপ অসি কৃষ্ণ -রাধাগী যুগল রূপ হায়দদুনা রাধা-কৃষ্ণগী যুগল রূপ হায়রিবনো খন্থনীংঙাই ওই।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণসি সাক্ষাৎ (immediate; direct; present; incarnate) পরমব্রহ্মনি। মায়ানা মরম ওইদুনা মীওইবগী হকচাংগী মওং লৌদুনা উবদনি। তাইবঙ অসি শেমদ্রিঁঙেগী মমাঙদা শৃপনা পরমব্রহ্মগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণতমক লৈরম্মী। অসিগুম্বা পরমবহ্ম অসিবু হিন্দু বৈষ্ণব সমপ্রদায়গী ভক্তশিংনা কৃষ্ণ হায়না থোল্লি। তোঙান-তোঙানবা সমপ্রদায়গী মীওইশিংনা মাগী-মাগী মরোন্দা তোঙান-তোঙানবা মিং থোল্লি। অসুম্না লৈশেমদ্রিঁঙেগী মতম অদুদা মাগী সৃষ্টি (creation) তৌনবা সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গী মশক ওইবী শক্তি

অদুসু মঙোল্দা চঙদুনা অমম্তা ওইনা লৈরন্মী। শক্তি অদুমক সম্ভ্র গুণনা মকোক ওইদুনা লৈরবদি রাধামক্তি, মহাক শ্রীভগবানগী আহ্লাদিনী (pleasure; delight; joy; glad) শক্তিনি। ভগবান্না অবতারনচিংবা তৌবদা মাবু নুংঙাইবা পীননবগীদমক শক্তি অদু রাধা ওইনা অবতার লৌরিবনি। অশেংবমক্তি কৃষ্ণগা রাধাগা করি অমম্তা খেন্নদে, মতম পূমনমক্তা অমম্তা ওইনা লৈরিবনি। অদুবু মায়ানা শাবা হকচাং লৌবা মরম্না মখোয় অনীবু ঐখোয়না তোঙান-তোঙান্না উবনি, খঙনবনি। রাধা-কৃষ্ণ অনীগী তেজ (মঙাল) গী মশক-মওংদা করিসু খেন্নবা লৈতে। কৃষ্ণনা লৈবা মফমদা রাধাসু মতম পূমনমক্তা লৈরিবনি, কেদৌঙৈদসু খাইনবা লৈতে। শঙ্গোমদগী অঙৌবা, মৈদগী অশাবা খাইদোকপা য়াদবগুম,রাধা-কৃষ্ণ খাইদোকনবা য়াদে, পূন্না লৈবনি। কৃষ্ণনা সাক্ষাৎ পূর্ণব্রহ্মমকনি অদুগা রাধানা কৃষ্ণগী শক্তি ওইনা তাইবঙ অসিবু শেমলিবনি।

মরম অসিনা রাধাদি শ্রীভগবানবু নুংঙাইবা পীদুনা মাগী শক্তি ওইনা লৈবা মরম্না ভগবান্দগী অতোপ্পা ওইনা লৈ হায়না লৌরোইদবনি অদুগা শ্রীকৃষ্ণ লৈবা মফমদা রাধাসু লৈরিবনিনা শ্রীকৃষ্ণতবু নীংলগা রাধাসু য়াওরবনি হায়না খন্দোক্লবসু মীওইবগী পূক্নিং ভগবানগী নাক্তা মওং তানা চিংশিন্নবগীদমক শক্তি ওইবা রাধাসু য়াওগদবনি। অদুগা অমুক ঐখোয়না ভগবান অমসুং রাধাগী নাম শোনবা মতমদা থক-খা ওন্নবা মওংদা রাধা-কৃষ্ণ হায়না শোল্লি। জগৎকী মমা ওইবী প্রকৃতি রাধাসি মপা ওইবা কৃষ্ণদগী শরুক চাম্মা হেন্না অথোইবী ওই। মরম অদুনা রাধা-কৃষ্ণ হায়না শোনবনি। রাধা তত্ত্ববু শ্রীকৃষ্ণদগী অতোপ্পনি হায়না খল্লোইদবনি। অমত্তনি খনগদবনি। অমম্তা ওইরবসু মায়ানা মরম ওইদুনা লীলা তৌগে (শান্নগে) হায়বগী অনীথোকনা উবদনি। অনীথোকনা উরবনিনা অনীবু অমম্তা ওইনা নীংনবা মনুং চন্না নীংবা মতমদদি শ্রীরাধা-কৃষ্ণ যুগল রূপ অসিবু অমম্তা ওইনা নীংগদবনি। কৃষ্ণগী মমাঙদা রাধা হায়বা মিং অসিনা হানবগী মরম শমনা হায়বা তারগদি অঙাংনা মপাদগীদি মমানা হেন্না লূমনা খল্লি হায়বসিনা

অশেংবা পাউখুমনি হায়বা য়াই। সাক্ষাৎ পরমব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণদগী মাগী লোয়নবী রাধানা শরুক চাম্মা হেন্না গুণ লৈ। মসি করমনা ওইকম থোকই? মীশক্তী মিৎয়েংদা, পাঙ্গল অমসুং অতৈ মরম খরদা য়েংলবদি নুপা অসি নুপীদগী য়াম্না মতীক মগুণ চাউই। নুপীদদি অদুক হাকনা গুণ লৈতে। অদুবু মপা ওইবা নুপা অদু মমা ওইবী নুপীদগী মগুণ হেন্না লৈজরবসু মচা ওইবিশিংগী মফমদদি মমা অদুনা মপাদগী মতীক-মগুণ চাউবা হেল্লি। য়ামনা পীকলিবা অঙাংবু চাউননবা য়োকপসি নুপাদগীদি নুপীনা হেন্না ঙম্মী। মচাগীদমক খোম পীথক্নুনা, হঙ্গোইবা তুক্কৎচবা পোক্তবমখৈ মথী-ময়ুং শেংদুনা পায়দুনা য়োকলিবনি। মসি নুপা ওইবা মপানা ঙমগদবা নত্তে। অদুগা মসি সাধারণ ওইনা মপানা তৌদে, অদুগা মহৌশানা য়ারোইদবসু লৈ। খোম পীথক্নুনা মচা য়োকপসি প্রকৃতিনা মমাদা পীরকলবনি, মপাদা নত্তে। অসুম্না মচাগী মফমদা মমা অমনা তৌরিবা অসি মপানা তৌবা ঙমদে। মচাগী মফমদদি মমা অসি মপাদগী হেল্লি। শরুক চাম্মতা হেনবা নত্তে, লীলীং-লীলীংগী মথক্তা হেন্না চাউরিবনি। মচাদদি মমা অসি মপাদগী হেন্না লুম্মী। অদুনা মচানা মমাবু মপাদগী হেন্না পূজা তৌফম থৌকই, খুরুমফম থোকই। শা-উচেকনচিংবা জগৎ জীবশিংগী মনুংদা মপা য়াওদনা মমাতনা মচাশিং য়োকপা জীব কয়ামরুম লৈ। সাক্ষাৎ পরমব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণসি জগৎ অসিগী পরম পিতানি, রাধানা পরম জননীনি, অদুগা জীব পুম্বনা মখোয়গী মচানি। প্রকৃতি ওইবী মমা রাধানা মপা ওইবা কৃষ্ণদগী চাউবা হেল্লি। রাধাগী গুণনা চাউবসিনা কৃষ্ণগী মাঙদা রাধাগী মিং হাপ্পনি মচা ওইবা ঐখোয়না।

অশেংবমক্তি পুমনমক কৃষ্ণ ঙাক্তনি, মঙোন্দগী হেন্না মতীক-মগুণ চাউবা কনা লৈতে। রাধাদি মাগী শক্তিনি, শ্রীকৃষ্ণদা চঙজদুনা লৈরিবনি। পাঙ্গল কনবা,লৌশিং শিংবা, লমজেল য়াঙবা, মীনুংশি খঙবা গুণশিং অসি মীগী মশাদা চঙদুনা লৈবা গুণনি। মীদুদা লৈবনি। রাধা হায়বা শক্তি অসিসু শ্রীকৃষ্ণদা লৈবনি, চঙজবনি। তাইবঙ শেমগে হায়বগীদমক্তা

মঙোন্দগী তোঙানবা প্রকৃতি ওইবা রাধা ওইবতনি।

অদুগা অতোপ্পা ব্রাফম অমনা ঐখোয়গী খুন্নাই অসিদা নুপানা মাগী নুপীবু অতোপ্পা মীনা থাগৎলগা অমদি লুনা তৌরগা পূজা তৌরগা হরাগুজবা, নুংঙাইজবা, পেঞ্জবা অদুনা মরম ওইদুনা থাগৎলিবা, লুনা তৌরিবা অমদি পূজা তৌরিবা মী অদুদা পেনবিবগুম ভগবান শ্রীকৃষ্ণসু রাধাবু পূজা তৌরিবা নীংজরিবা মীশিং অদুদা পেনবী অমসুং কৃপা তৌবী। কনাগুম্বা নুপা অমনা মাগী নুপীবু মীনা মশক মতৌ ফজে, চূং ফিরাল চায়, রাশি-গুণ লৈ, ব্যবহার ফজে, মাগী নুপাদগী হেন্না ফৈ হায়নবদা নুপা অদুনা হরাওজে, মাবু হনথনা য়েংঙি হায়দুনা শাউদে। মাগী নুপীবু থাগৎপদা পেঞ্জে। অসুমনা রাধাগী নাম শোল্লগা মঙোন্দা চঙজরগা, কৃষ্ণসু রাধাবু পূজা তৌরিবা মীশিং অদুদা পেনবী অমসুং কৃপা তৌবী হায়না লৌনৈ।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংসি ঐখোয়গীসিগুম্বা নত্তে, মায়ানা মীওইবগী হকচাং ওইনা উবতনি। মাদি সাক্ষাৎ পরমব্রহ্মনি, সংসারগী বিষয়ভোগ (enjoyment of worldly objects) মঙোন্দা করিসু ওইদে। অঙাংনা মিংশেলদা উবা মাগী মশাগী মমিবু অতোপ্পগীনি খন্দুনা মদুগা লোয়ননা শান্নদুনা নুংঙাইথোকপগুম ভগবান শ্রীকৃষ্ণসু রাধাগালোয়ননা অনী থোকনা শান্নে। অঙাংসু মমিসু অমত্তনি, রাধাসু কৃষ্ণসু অমত্তনি। চুমনা মপান্দা উবদা রাধাগা কৃষ্ণগা রাসলীলা তৌরগা শান্নরগা বিষয়ভোগ তৌবা ওইনা উবতনি। বিষয়ভোগ তৌই হায়না খনবসি মহাপাপকী মশকনি। ফংনীংবদগী অপাম্বা পোৎশিংবু নীংবা মী অদু কামী (lustful; wanton; libidinous; amorous; lascivious man) নি, অদুগা মতম পূম্নমক্তা পেন্দুনা করি অমত্তা পামদবা মী অদু অকামী (free from desire or passion) নি। শ্রীকৃষ্ণ মহাক্তি বিদ্যা (learning; knowledge; wishdom) অমসুং অবিদ্যা (absence of learning; ignorance; spiritual ignorance) গী মশক ওইবা সংসার অসিদগী অতোপ্পা ওইনা সাক্ষাৎজ্ঞানগী মশক ওইনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা মহাক

অসি বিষয়ী (worldly minded man) ওইফম থোক্কে। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণবু মতম পুমনমক্তা মায়াদগী লানথোক্তুনা লৈবনি হায়না চপ য়ুংনা লেপতুনা মাবু ফংনবা অমসুং খঙনবা হোৎনগদবনি। শ্রীরাধাসু কৃষ্ণগী আহলাদ (joy; gladness; delight; pleasure; mirth) শক্তি ওইবীনি। অদুনা ইবুংঙো মঙোন্দগী মীকুপ অমা ফাওবা থাদোক্তবীনি। ইবংঙোগা যুগল ওইদুনতা লৈবীনি।

মপালথোংদা ওইবা য়াবা মীৎয়েংদা য়েংবা তারবসু শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী যুগল রূপকী মতাঙসি রাস লীলাগী মতাঙদনি। মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণ চহী ৬/৭ লোমতা ঙায়রিবনি। অদুগুম্বা চহী মতাঙদুদা কাম (lust; passion; sexual desire) গী বাখল লৈত্রিবনি। মতমদুদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধাতা নত্তবা অতৈ গোপীশিংগা বিষয়ভোগ তৌই হায়বসি ওইথোক্তবনি। মপানথোংদা লীলা ওইনা শান্নবতনি। মপালগী ভাব লৌরগদি পাপ ওইগনি। রাধা-কৃষ্ণগী যুগল রূপগী নুংগী ফজবা য়াম্না লৈ। রহস্য খঙনা চৎলবদি মহাপুণ্যগী মশক্তি। রহস্য (secret; mystery) খঙনা তারবদি নম্রগা তাহল্লবদি রাস লীলা অমসুং যুগল রূপনা হৃদয় (heart; mind) গী অনাবা ওইনা লৈরিবা কাম হায়বদি বিষয়ভোগ থাদোকতুনা অরানবা খুভম ফংগনি হায়নরিবনি। রাধা-কৃষ্ণগী লীলা, দিব্য (divine; heavenly; celestial; supernal) লীলানি অচম্বা নত্তে।

বিজ্ঞান্না চাওখৎলকপগা লোয়ননা ঈশ্বরনা তাইবঙ শেম্মী হায়বসি য়ানরক্কে। ক্রম-বিবর্তন (থিওরী ওব ইবোলুসন) দা থাজনরক্কে। চার্লস দারবিন, লামার্কনচিংবনা তোঙান-তোঙানবা ক্রম বিবর্তনগী মথং মথং ওল্লকপা য়াওলগী সিদ্ধান্ত (principle; decision; conclusion) পুথোক্লে। ভারত্তা সাঙ্খ্য দর্শনগী কপিল মুণিনা ক্রম-বিবর্তনগী মতাঙদা পুরুষকা প্রকৃতিগা অনীগী মরীদগী ওইরক্লিবা য়াওল তাক্লি। ঈশ্বরনা তাইবঙ শেম্বনিবু হায়রবসু, নত্তেবু হায়রবসু করম্না য়াওল লাক্লিবনো হায়বদুদি বিজ্ঞানগী মীৎয়েংদা য়েংফম থোকই। কদায়দগী,

করিদগী করম্না য়াওল লাকপগে হায়বদু য়েংবা তারবদি সৃষ্টিগা (ক্রিয়েসন) ক্রম-বিবর্তনগা খেন্নবা লৈতে হায়বা য়াই। সৃষ্টি, প্রকৃতি-পুরুষ ওইবা রাধা-কৃষ্ণদগী ওইখিবনি। য়াওল লাক্লিবা অসিসু প্রকৃতিনা শক্তি ওইবা অহানবা পোৎশক অমদগীনি, রাধা-কৃষ্ণদগীনি। মরম অসিনা রাধা-কৃষ্ণগী যুগল রূপ য়াম্না ফজবা, য়াম্না লুবা অমসুং য়াম্না লুপ্নবা নুংগী ভাব অমসুং অর্থ লৈ। অমরোমদা অমুক নুপা-নুপীগী মরী অসি রসশিংগী মনূংদা অথোইবা রসনি। মধুর রসনি। তাইবঙগী লেঙলি-পাল্লিবা জগৎ-জীবগী মনূংদা লাবা-অমোমগী মরী, নুপা-নুপীগী মরী তাইবঙনা লৈরিবমখৈ খক থাবা য়াবা নত্তে, মরী অসি লৈত্রবদি তাইবঙ জীব লৈরোইদৌরিবনি। মসিগী ভাবতা য়েংবা তারগসু যুগল রূপকী ফজবা ভাব লৈ। অসুম্না রাধা-কৃষ্ণগী,যুগল রূপ সমাজিক, বৈজ্ঞানিক অমসুং দার্শনিক্কী মীৎয়েংদা য়েংবা য়াই।

# দাশনিকী মীৎয়েংদা নুপী

*হৌজিক্কী* মতমদা থৌদোক ৱাথোক কয়াদা নুপী য়াওদ্রবদি লোইশিনবা য়াদবা, লোইশিনবা ঙমদবা, নুপীনা অচৌবা থৌদাং লৌবা কয়া য়াওরি। অদুনা নুপী অসি করিনো, করি করিবু নুপীগী ভাবতা লৌবা য়াবগে হায়বা ৱাখলশিং খন্দুনা দাশনিকী মীৎয়েংদা নুপীবু খরগা লুথনা য়েংনবা হোৎনবা য়াই।

মতাঙ অসিদা শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা শ্রীযদুসিংহগী মফমদা রাধাতত্ত্বদা চিংনবা মতাং অমগী শেংদোকপা ৱাফম অদু নীংশিংবা য়াই। স্বামীনা অসুমনা পল্লি: *সাক্ষাৎ পরমব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণদগী মাগী লোয়নবী রাধাদা চান্না হেন্না গুণ লৈবা মীয়েংদা য়েংলুরবদি নুপা অসি মতম পুন্নমক্তা নুপীদগী য়ামনা মতীক মগুণ চাউই, নুপীদদি অদুক হাক্লা মগুণ লৈতে। ...মপা ওইবা নুপা অদু নুপীদগী য়ামনা হেন্না মগুণ চাউজরবনু মচা ওইনা লৈরিবা মী অমুখী মফমদদি মমা অদুনা মপাদগী হেন্না মতীক মগুণ চাউই। ...পোকপদগী হৌদুনা মচা অদুবু খোম পীথবুনা অমসুং ভুক্কচবা (হঙ্গোইবা) লৈতনা মথী মথুং পায়দুনা, শেংদুনা য়োকই, মতম পুমনমক্তা মচাদুগী তৌদুনা মাবু মী ওইনবা কন্না হোৎনৈ। মচাগী মফমদা মমানা তৌকখ্রমনা মপা ওইবনা কৈদৌঙৈদসু ত্রোইদৌ মরম অসিনা মচাগী মফমদদি মমা অদু মপাদগী হেন্না মতীক মগুণ চাউই হায়বসি শাস্ত্রকারশিংনা লাউদুনা হায়রি।* (অমৃত বাণী লা: ২০-২১) হায়না ইবগা লোয়ননা মনু স্মৃতি (২/১৪৫),বসিষ্ঠ স্মৃতি (১৩/৫৮), ব্র: বৈ: গণপতি (খ:৪৪/৬১) অমসুং ব্র: বৈ: পু: (কৃষ্ণজন্ম খণ্ড) নচিংবা লাইরিকশিংদা মচাগী মফমদা মমা ওইবীনা মপাদগী হেন্না গুণ লৈবা অমসুং লুব্বা হেনবগী ৱাফম কয়াসু হীরি। অদুগা অমুকসু মখা তাবা ওইনা হায়রিবশিং অসি ব্যাবহারদা চৎনবা ইমা ইপাগী মরমদা তাকপনি হায়না ইবগা লোয়ননা *সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণসি জগৎ অসিগী পরম পিতানি অদুগা মাগী শক্তি ওইবী অমসুং প্রকৃতি ওইবী রাধাসি জগৎ*

# প্রেমগী মহিমা

*অসিগী পরম জননীনি। লেঙলি পাল্লিবা পুন্নমকসি মাগী মচা ঙাক্তনি। মখোয়বু য়োকপি-থাকপিদুনা প্রকৃতি ওইবী মমা রাধানা চাওখৎনবা হোৎনরিবনি। মরম অসিনা মচা ওইবা জীবশিংগী মফমদা মপা ওইবা পরম পিতা শ্রীকৃষ্ণদগী মমা ওইবী জগৎ জননী রাধানা শরুক চামা হেন্না মতীক মগুণ লৈ...* (অমৃতবাণী লা:২১-২২) হায়না মখা তানা ইবা অসিদগী মমা ওইবী অসি কয়াদা মগুণ চাউপ্রবনো হায়বদু খঙবা ঙম্মী। তৌবগীদি পুন্নমক কৃষ্ণ ঙাক্তনি, মঙোন্দগী হেন্না মতীক মগুণ চাউবা কনা অমত্তা লৈতে। রাধাদি মাগী শক্তিনি। শ্রীকৃষ্ণদা চঙজদুনা লৈবনি। তাইবঙ শেমগে হায়বগীদমক মঙোন্দগী তোঙান্না প্রকৃতি ওইবা রাধা উবতনি।

শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা শ্রীযদুসিংহগী মফমদা রাধা তত্ত্ব হায়বা অদুগী মতাঙদা অসুম্না ইরি: *ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রসি সাক্ষাৎ পরমব্রহ্মমক্নি, শূগ্না মাযানা মরম ওইদুনা হকচাং লৌবগুম তৌনা উবদনি... সৃষ্টি হৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা শূগ্না পবমব্রহ্মাগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণতমক লৈরমই। মতম অদুদা মাগী সৃষ্টি তৌননবা সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গী মশক ওইবী শক্তি অদুসু মঙোন্দা চঙজদুনা অমত্তা ওইনা লৈরমই। শক্তি অদুমক সত্ত্ব গুণনা মকোক ওইদুনা লৈরবদি রাধামক্নি, মহাক শ্রীভগবানগী হ্লাদিনী শক্তিনি হায়বদি অবতারনচিংবা লৌবা মতমদা শ্রীভগবানবু নুংঙাইবা পীবা শক্তিনি... শ্রীভগবান্না কৃষ্ণ ওইনা অবতার লৌরবদি মাবু নুংঙাইবা পীননবগীদমক শক্তি অদুনা রাধা ওইনা অবতার লৌরিবনি। অশেংবমক্তি কৃষ্ণ অমসুং রাধাদা করিমত্তা খেন্নদে ... অমত্তা ওইনা লৈরিবনি ... অপঙবা মীনা মখোয় অনীবু তোঙান তোঙান খঙনরিবনি। ...শঙ্গোম অমসুং (মদুগী) অচৌবা মচুদা করিমত্তা খেন্নদবগুম্না রাধিকা অমসুং কেশক ... অনীদা ... খেন্নদনা য়েংবা মীশিং অদুনা ... ভক্তিনা মরম ওইদুনা...ব্রহ্মপদবু হায়বদি মোক্ষবু ফংই।* (অমৃত বাণী লা : ১১-১৩)

শ্রীকৃষ্ণ লৈবা মফমদা রাধাসু মতম পুন্নমত্তা লৈরিবনি। কদৌঙৈদসু খাইনবা লৈতে। শ্রীকৃষ্ণদি সাক্ষাৎ পূর্ণব্রহ্মমক্নি অদুগা রাধানা শ্রীকৃষ্ণগী

শক্তি ওইনা সংসারসিবু শেম্বীবনি। রাধা, শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং তংখায় অমদগী পোকপনি। মহাক শ্রীকৃষ্ণদগী খেন্নদে, চপ মান্নে। মহাক তশেংনা ঈশ্বরী মূলপ্রকৃতি (root cause of every thing; original nature) দেবীনি। জগৎকী মমা ওইবী প্রকৃতি রাধানি অদুগা জগৎকী মপা ওইবা পুরুষ শ্রীকৃষ্ণদগী শরূকচামা হেন্না অথোইবীনি। অদুম ওইনমক রাধা তত্ত্ববু শ্রীকৃষ্ণদগী অতোপ্পনি হায়না খল্লোইদবনি। রাধা-কৃষ্ণ অমত্তনি। অমত্তা ওইরবসু মায়ানা মরম ওইদুনা লীলা তৌগে (শান্নগে) হায়বগীদমক্তা অনীথোক্লা উবদনি। মৈতৈগী লাইনীং লাইশোনগা মরী লৈননা লৈশেমলোনগী মতাঙদা কুরুগী হকচাংদগী ঈমা লৈমরেন শিদবী থোকখিবগী ব্বারী লৈ। লৈশেম্বগী ব্বারী লৈ। ভারতকী সাংখ্যদর্শনদা কপিল মুণিগী মতুংইন্না খোঙতেকপা অমগা মীৎতাঙবা অমগা পূল্লগা লম্বী লানথোকপা ঙম্বগুম পুরুষ অমসুং প্রকৃতি পূল্লগা মালেম অসি ওইরকপগী ব্বারী লৈ। প্রকৃতি ওইবী রাধা অমসুং পুরুষ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী যুগলনা পূন্না সৃষ্টি শেম্বগী ব্বাফম লৈ।

করম্বা মতমদগী মতম হৌরকখিবগে, মতমগী চহী কয়া শুরবগে ,করম্বা মতমদা লোইগদগে খনবদা অঙকপনি। হৌফম লোইফম অরেপ্পা লৈররোইদবনি। মীওইবগী লৌশিংনা, বৈজ্ঞানিকশিংনা হোৎপদা লুরগদবনি। *সত্য, ত্রেতা,দ্বাপর অমসুং কলি হায়বা যুগ মরি অসিনা লাইশিংগী যুগ অমা ওই, লাইগী যুগ ৭১ না মন্বন্তর অমা শাই, মন্বন্তর ১৪বু কল্প অমা কৌই। কল্প অমমম্ লোইরকপদা খণ্ডপ্রলয় অমুকমুক তৌই। অসুম তৌদুনা খণ্ডপ্রলয় অহুমলক তৌখ্রগা মহাপ্রলয় অসি লাকই। মরম অসিনা প্রলয় হায়বা অসি মখল মরি শুই। মখোই অদুদি নিত্যপ্রলয়, নৈমিত্তিক প্রলয়, প্রাকৃতিক প্রলয় অমসুং মহাপ্রলয় অসিনি। ব্রহ্মাগী নোংমা লোইবদা তৌবা প্রলয় অদুবু নিত্যপ্রলয়। করিগুম্বা ঈখণ্ড খণ্ডহৌদনা মতম চাদনা তৌবা প্রলয়বু নৈমিত্তিক প্রলয়, ব্রহ্মাগী পুন্সীগী ময়ায় ওইবা শরূক লোইরকপা মতমদা তৌবা প্রলয়বু প্রাকৃতিক প্রলয় অমসুং ঈকোন কোনবদা পূন্নমক লোইনা প্রকৃতিদা তিনখিদুনা*

*লোইশিনখিবগু মহাপ্রলয় কৌই।* (রাধাহৃদয় লামায় ৬-৭) মহাপ্রলয় তৌগ্রবা মতম অদুদা পুম্নমক অসি লোইনা লুপখ্রবদা মূলপ্রকৃতি হায়বা অসি নগুনা অতোপ্পা পোৎশক অমত্তা লৈরমদে। অসিগুম্বা মপাল নাইদ্রবা প্রকৃতি অসিগী মনুংদগী... ভগবান বাসুদেব নারায়ণ থোক্লকই। মদুদগী মখা তাবদা জগৎ পুম্নমকসি শেম্লকই। হৌরকলিবা অসি প্রকৃতিদগীনি। অদুগুম্বা বাসুদেব অদুদা প্রকৃতিনা মহাক্কী মশাদগী "কমলা" (name of Lakshmi) কৌবী প্রকৃতি অমা শেমদুনা পীখি হায়না *রাধাহৃদয়*-দা ইরি (রাধাহৃদয়-ব্রহ্মাণ্ড পূরাণ লা:৬-৭)। শ্রীহাওবম তোম্বা সিংহনা মণিপুরীদা লেংথোকপা *রাধাহৃদয়* (ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ) গী অরোইবা *প্রলয়নচিংবগী ৱারম* হায়বা মতাঙদা অসুম্না ইরি:.. যুগকী অরোইবদা জগৎকী থবক পুম্নমক অসি লোইনা লেপখিদুনা মপাল নাইদ্রবা পরমাত্মা ওইবা শ্রীনারায়ণগী চাউরবা হকচাং মনুংদা মশীং নাইদ্রবা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক অসি খোমজিনখিদুনা মশীং নাইদ্রবা নুমিৎকী মঙালগা মান্নবা ঙান্দুনা ভগবান বিষ্ণুনা কারণ সমুদ্রগী ঈশিং মনুংদা তুমদুনা লৈখি। লাই পুম্নমক্তগী অথোইবা ভগবান মহাকপু শক্তি পুম্নমকী অথোইবী শ্রীরাধানা নিংথীনা সেবা তৌদুনা লৈরম্মী। হায়রিবা রাধা অসি প্রকৃতিগী মশক ওইবী জগৎ সংসার পুম্নমকপু শুমহৎপা ঙম্বী, জ্ঞান পুম্নমক্কী থোরকফম মশক ওইবীনি ...। (রাধাহৃদয়: লা: ৮-৯)

মখা তানা জগৎ শেম্বগী ৱারমদা... *মতীক মগুণ চাউরবী প্রকৃতিনা থৌগল্লবী শ্রীমতী রাধা অসিনা মঙালগী অপূনবা শক্তম ওইনা জগৎ শীনবা থুংনা কোয়না লেঙদুনা লৈরম্মী। অসিগুম্বী... রাধা অসিনা জগৎ পুম্নমকপু শুমহৎনবগী মশক ওইবী ...ফজরবী নুপী অমগী মশক ওইদুনা... সৃষ্টি শেমগে নীংদুনা মহাক্কী হৃদয়দগী জগৎ সংসার পুম্নমকপু শুমহৎপা ঙম্বা অথোইবা অঙাং অমা শেমলক্লে...। রাধানা মহাকপু জগৎ শেম্মু...*(রাধা হৃদয়: লা: ৯) হায়না শিন্নবগী মতাঙ ইরি। মসিগী মতুংদা *সৃষ্টি* শেম্বগী মখা তাবা ৱারী চৎথরি। মৈতৈগী লৈশেমলোনগী ৱারীদসু সনামহীনা তাইবঙ শেম্বগী ৱারী লৈ। ৱারী অসি অচুম্বা নত্তে, লাই-

তীনগা মরী লৈনবা অশেম্বা ৱারীনি, মিথোলোজিগী ৱাফমনি বৈজ্ঞানিক ওইবা নত্তে হায়না লৌরোইদবনি। দার্শনিকশী মীৎয়েংদা নুংগী ভাব য়েংলবদি সৃষ্টিকার্ত্তা অমনা সৃষ্টি শেম্বগী ৱারী অসি ঐখোয়না থাজনরিবা মথং-মথং য়াওন্ লাকপগা লোয়ননা তাইবঙপান ওইরকপা ক্রম-বিবর্তন (থিওরী ওব ইবোলুসন) অসিগা খেন্নবা লৈতে। কদায়দগী, করিদগী, করম্না য়াওল্লকপগে হায়বদু য়েংবা তারবদি হৌরকফম অমদি লৈগনি। লৈতবদগী করিগুম্বা অমত্তা থোরকপা য়ারোই। (নথিং কম্স আউত ওব নথিং)। করিগুম্বা অমদগী ওল্লকপনি। হৌরকফম মরু অদু তোঙান-তোঙানবা মীৎয়েংদা য়েংনবগী ৱানি। সৃষ্টিগা (ক্রিয়েসনগা) ক্রম-বির্বতনগা (থিওরি ওব ইবোলুসনগা) খেন্নবা লৈতে, মীৎয়েং খেন্নবগী তোঙান তোঙান্নবা মমীং তৌদুনা তোঙান্না লৌনবনি। য়াওল লাক্লিবা অসি প্রকৃতি অহানবা পোৎশক্তগীনি, রাধা-কৃষ্ণদগীনি, সৃষ্টি, প্রকৃতি-পুরুষ ওইবা রাধা-কৃষ্ণদগীনি। নুংগী ভাব নত্তবদা লাবা-অমোমগী মরী, নুপা-নুপীগী মরী অসি রসশিংগী মনূংদা অথোইবা রসনি, তাইবঙনা লৈরিবমখৈ খক থাবা য়াবা নত্তে, মরী অসি লৈরমদ্রবদি তাইবঙ জীব লৈরোইদৌরিবনি। অদুনা তাইবঙদা নুপা-নুপীগী থৌদাং চপ মান্নবা চাউই।

মৈতৈগী য়েক সলাইগী পোকপরোল, চাদা নাউদা ইবদা সলাই খূদিংমক নুপীদগী হৌনা ই। মোইরাং সলাইগী মতাঙদা লৈনুং য়ুচাখা চনু ঙাংশাবীনা ঙাহনথোক্লা ঙাংনিংশিংগা পোকএ, লুৱাং অমসুং খুমন সলাইগীনা পিয়াইনুনা পোইরেতোন পোকয়ে, অঙোমগী মতাঙদনা খাকপা নিংথৌ চনুনা চীংৱাংলব্বী পুরেরোম্বা পোকএ, চেংলৈগী মতাঙদনা হুইমু লৈমনা লোকপা, নুংঙৌ য়ুমথংবা, লোক্তোন অতোনবা পোকএ, খাবা ঙানবগী মতাঙদনা লাংমাইনিংথৌ চনুনা মঙাং পুন্সিবা অদুগা নিংথৌজাগী মতাঙদনা য়াবিরোক্লা নোংদা লাইরেন পাখঙবা পোকএ হায়না ইরি। অদুনদি সলাই খূদিংমক্লা পুকোক্তা নুপীবু ইকায়খুম্নদুনা নুপীদগী মাগী মাগী সলাইগী চাদা নাউদা ইথরক্লিবা অসি নুপীগী চাউরবা

মফম অমা থম্মী হায়বসিনি।

হিন্দুশিংগী মফমদা ললথুমগী মতাঙদা লক্ষ্মী, মহৈমশিংগী মতাঙদা সরস্বতী, শা-লালগী মতাঙদা দুর্গাগী তোঙান-তোঙানবা শক্তমশিং: ভৈরবী, চণ্ডী, কালী অসিনচিংবা লাই নুপীশিংবু পূজা তৌনরি, খুরুম্নরি। মৈতৈশিংগী মফমদসু ইমোইনু, পান্থোইবী, ফৌওইবী, ঙারৈমা, য়ুমলৈমা, লললৈমা, লমলৈমা অসিনচিংবা লাইরেম্বী কয়াবু ঈরাৎ থৌনি তৌনরি।

অসুম্না তাইবঙদা নুপীনা লৌরিবা থৌদাং অসি হায়নীংঙাই লৈতনা চাউই। মখোয়বু থাক হন্থনা থম্বীবা হায়বসিদি তাইবঙগী ওন্নতৈনবনি। নুপী খুদিংমক প্রকৃতিগী মশক্তি হায়না লৌবা য়াই। প্রকৃতি য়াওদবা পুরুষতনা জগৎ শেম্বা ওইথোক্তবনি, সৃষ্টি (ক্রিয়েসন) ওইবা য়ারোই। ক্রম-বিবর্তন (থিওরি ওব ইবোলুসন) সু অসি মঙায়, প্রকৃতি য়াওদবা য়ারোই। ক্রিয়েশন ওইগে ওইয়ু ইবোলুসন ওইগে ওইয়ু পুরুষ অমসুং প্রকৃতি অনীদি শোয়দনা য়াওরমগদবনি। কৃষ্ণ (পুরুষ) দা নত্তনা রাধা (প্রকৃতি) বুসু য়াওনা মখোয় অনীগী যুগল রূপবু থানবা য়াদবনি হায়না লৌগদবনি। তাইবঙপাল অসিদা নুপীবু হন্থনা থম্নগা নুপাতনা চাওখৎপা য়ারোই।

*******

# মূর্তি পূজা অমসুং নুংগী ভাব

মূর্তি, কনাগুম্বা মী অমগী, জীব অমগী নত্রগা করিগুম্বা অমগী লৈবাক্লা, উকংনা, নুংনা নত্রগা করিগুম্বা ধাতু অমনা মান্নবা শাবা অশেম্বা মহুৎনি। তসবীর (ফোতো) সু অসিগুম্বা করিগুম্বা অমগী কেমিকেলগী পান্থৈনা পুথোকপা চেদা তবা মমি অমনি। মূর্তি অমসুং ফোতো মহুৎ ওাক্তনি, অমহানি। অদুবু খেন্নবা অমদি লৈ। মূর্তিদি ভাবনা শাবা মহুৎ ওইবা য়াই অমসুং অশেংবা শক্তম অমগী মহুৎ ওইবসু য়াই ফোতোদি অশেংবা অমগী মহুৎনি,মমিনি। লাই-তীনগী ৱারীদা য়াওবা লাইহিংচাবা অমদি অতে কয়াগী শক্তম ভাবনা শারগা মূর্তি শেম্মী, য়েকই শাই। অশাবা মূর্তি নংত্রগা চাংমায়দা য়েকপা হকুপা মূর্তিবু পূজা তৌই। মমাঙঙৈগী মীথোই-মীহেনবা কয়াগী মূর্তি ভাবনা শাদুনা শেম্মী, চেদা মান্নবা য়েক্লগা মূর্তি শাই। বিজ্ঞানা চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না ফোতো পুথোকরপদগীদি মূর্তি শাবদা ভাবনা শাবগী মহুৎতা ফোতোদু মান্নবা মূর্তি শাবা য়ারে। মশক উদবা উহৌদবা,মওং-মতৌ খঙদবা, শকফম সিনি লাকশিনবা ঙমদবা তাইবঙ মপু ঈশ্বরগী মুর্তি করম্না শাগদগে হায়বগী মতাঙদা ঐখোয়না হায়নবা ঙাঙনবা "খঙদবা মপা-লাক, উদবা মমি-তম" হায়বদু মজ্ঞাঙসিদা পুশিনবা য়াই। শ্রীকৃষ্ণনচিংবা লাইগী মূর্তি ভাবনা শারগা, শেম্বা,শাবা, য়েকপা ঙাক্তনি। উমং লাইগী কোলমায় ঐখোয়গী চৎনবীদা পুথোক্লম্লিবা ভাব অসিবু মূর্তি লাৎপগী ভাবনি। লেনিন, গান্ধী, সুভাসচন্দ্র, পাওনানচিংবগী মূর্তি ভাবনা শাবা নত্তে, অশেংবা মশাগী শকফমগী মূর্তিনি। মখোয়গী ফোতো মশাগী শকফমগা মান্নবা শক্তমনি।

অফাওবা, মীথোই-মীহেনবা কয়াগী মূর্তিদা, ফোতোদা, অয়েকপা অমসুং চাংমায়দা অহকপা শক্তমদা মাগী মাগী থৌরম পাঙথোকপা অমসুং অখন্নবা মতাঙদা ঐখোয়না লৈ-শুনচিংবা কৎতুনা খুরুম্মী পূজা তৌই, ভক্তি কৎলি, ইকায় খুম্রে অমসুং তৌবিমল খঙবা উৎলি। অদুগা লাইনি খল্লবা মূর্তি হায়বদি লাইগী মূর্তিশিং অদুদদি চুম্না ইকায় খুম্নবা

উৎপা নত্তনা অপাম্বা কয়া থুনীংদুনা থম নিদুনা খুরুম্লে, পূজা তৌনে।

য়াবু য়ানরবদি করিগুম্বা অমগী মহুৎ শিল্লিবা পোৎ অদু অসুকী মতীক মগুণ লৈ, শক্তি লৈ। চেগী নোত (শেল) ওথোয়িতি অমনা ইসু তৌবনি অদুগা মরাম্না য়ানবনি। চৎনরিবমখৈ, য়ানরিবমখৈ মখোয় শেলনি,চৎনদ্রগনা চে ওই চেজেৎতা চেজেৎনি। খুদম ওইনা অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা জাপানগী লাম্মীনা মণিপুরদা থনম্বা মখোয়গী চেগী নোতশিং। মখোয়শিংদু চৎনদ্রে, য়ানদ্রে,মগুণ লৈদ্রে, শক্তি মাঙখ্রে। মাঙবা নত্তে লৈতবনি। ভারতকী মচু অহমগী কীরাল কিনি, অথম্নবা মচু অহমগী কীজেৎ অহম তাইশিল্লগা শেম্নি। অদুবু জাতিগী কীরাল অসিবু ঐখোয়না অচম্বা কীজেৎনি হায়না লৌনদে। কীরাল অসিবু ইকায় খুম্লে। মসিগীদমক থরায় কাওবা থাদোক্লরিবনি। মাগী মাগী লৈবাকী, পাত্তিগী কীরাল মরী লৈনবা মীনা ইকায় খুম্লে। মরী লৈনদ্রবদি থোইনা ইকায় খুম্নদে। মখোয়দনি মসি কিদা কিনি। কীজেৎনি। অসুম্না মহুৎ শিল্লিবা পোৎশিং অসি য়ানরিবমখৈ অসুকী মতীক শক্তি লৈ, মমল য়াম্মী।

মতৌ অসুম্না তৌদুনা "খণ্ডবা মপা-লাক, উদবা মমি তম" হায়বা ভাবসিদা লাই কয়াগী মূর্তি শাদুনা, য়েক্তুনা, চীংমায়দা হত্তুনা খণ্ডবা উদবা কয়াসু মসি ওইবা য়াই, অসুম্না ওইবা য়াই হায়না ভাবনা লাকশিন্দুনা থম্মী। অদুগুম্বা পোৎশিং অদু লাইশিং অদুগী মহুৎ ওইনা লৌনে অদুগা ভক্তশিংনা মখোয়দা খুরুম্মী, ইকায় খুম্লে। চণ্ডজে, যৌনিজে। জাতি কয়ানা মানা মানা থাজবা থমগী অপাম-অপাম্বা মওংদা মূর্তি পূজা মখল মখল তৌনরি। অপাম্বা অনীংবগী মতুং ইন্না মশক-মওং লাইহন্নি, মপানগী মূর্তিদগী ভাবগী মূর্তিদা, ভাবতকী মশামকপু আত্মানি খল্লকপা আত্মাদগী আত্মব্রহ্ম, নির্গুণ (attributeless) পরংব্রহ্মদা মথং মথং চথরকই খঙরিবনি। অদুবু ঈশ্বরদি নিরাকার (amorphous; form-less; shapeless; bodiless; embodied; incorporial) নি, মওং-মতৌ লৈতে হায়নৈ। মওং-মতৌ লৈতববু করম্না মূর্তি অমা নাইনা অমুক পূজা তৌগনি? অদুবু "সাকার পূজা" (সাকার-having a visible form;

embodied) হায়রবদি মূর্তি পূজা তৌরিবসি ট্রেনিং তৌরিবনি, সাধননি। নিরাকার ব্রহ্মবু খঙনবা অচেৎপা সাধনা মরকার ওই। ঐখোয়না পূজা তৌরিবা সাকার (মিৎনা উবা শকওং লৈবা) অমদি নিরাকার ঈশ্বর অদুনা ঐদি মদু পাম্মী,মদু তৌরগা পেল্লি, তৌদবা য়াদে 'অসিনচিংবা অমত্তা ঐখোয়দা হায়রকপা নত্তে (রাধাগী প্রেম, লা:৪৩)। আত্মানা পরমাত্মাদা চঙজবা, আত্মাগা পরমাত্মাগা অমত্তা ওইখিবা শক্তম, পুরুষ অমসুং প্রকৃতিগী মহৎ শিনবা ওইনা যুগল রূপকী মূর্তিবু ভক্তশিংনা লাৎচবা, মূর্তিদুবু উজবদা ভক্তশিংগী থম্মোয়, আত্মা পরমাত্মাগী নাক্তা চিংশিল্লবগুম থল্লরিবনি। লাইবু থাজদবা, মূর্তি পূজা য়াদবা কাওবুসু মখোয়গী মীথোই-মীহেনবা মীওই কয়াগী, মপা-মপুগী মূর্তি, ফোতোনচিংবদদি ইকায় খুম্নবা উংলি, লৈ-শুনচিংবা কংলি। অমরোমদা হায়বা তারগদি মীথোই-মীহেনবা অমদি মপা-মপুশিং অদু লাইনি, লাইগুম্বনি হায়না খল্লিবনি। মসিবু লাই থাজদবা মূর্তি থাজদবা কাওবুগী মূর্তি পূজানি হায়না লৌবা য়াই। অসুম্না ভক্তশিংনা মানা মানা নীংজরিবা লাইগী মূর্তি অদু অশেম্বা ৱারীগীবু ওইরবসু অমগীবু ওইরবসু থোইদোক-হেন্দোক্রবা/ হেন্দোক্রবী অমা ওইনা লৌদুনা ইকায় খুম্নবা উংপা অমদি পূজা তৌবা থোইনা কায়দত্রা খল্লি।

লাইবু থাজবা মূর্তিদি লাত্তবা জাতিসু লৈ। অদুবু মখোয় মীথোই-মীহেনবা ওইখিবা মীওই কয়াগী অমসুং মপা-মপুগী ফোতো অমসুং মূর্তিদা ইকায় খুম্নে। অমরোমদা হায়রগা মসিসু মূর্তি পূজা মখল অমনি। কাব্য, মহাকাব্যনচিংবা লাইরিক কয়াগী ৱারী ভাবনা শাগৎপা ওইরবসু ৱারীদা য়াওবা মীওইশিংগী শক্তমদি ঐখোয়না ভাবনা উবগুম তৌই। চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না ভাবনা শারগা মখোয়গী মূর্তি কজনা য়েক-খোৎপগী থবক পায়খৎলি। ফিলম, টিভিনচিংবদা মখোয়গী শক্তম উংলি। মূর্তি শেম্লকপা শারকপা কয়া অসি খুৎনা হৈবগী চাওখৎলকপগী খুদম অমনি। শারিবা মূর্তিদা ইকায় খুম্নবা উংপা, চঙজবা মরী লৈনবা মীওইনা পাওথোকপা অসি অন্ধবিশ্বাসনি হায়না পাক হেক খন্দোকপা য়াদে। মূর্তি

পূজা তৌবা অসি পানগী ওইবা ফজরবত্ত নত্তনা খুন্নাইগী নাৎ কনবদা, চাওখৎহনবদা চাউরবা ঈথিল অমা মূর্তি লাৎপনা পী।

করিগীদমক পোৎচাক্সা শাবা মূর্তি পূজা তৌগদৌরিবনো হায়দুনা হংলকপদা মদুগী পাউখুমদি "ঐখোয়না খূদক্তা ঈশ্বরবু মাগী অশেংবা শক্তমদুদা উবা ঙমদে। ঐখোয়গী পোৎচাক্সা শাবা মীৎ অসিনদি শোকপা-পনবা য়াবা নুং, লৈবাক উনচিংবা উবা ঙম্মী। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণনা ঐখোয়না ইরায় লায়না হেক হেক উজবা ঙম্বগী খুদোংচাবদু পীবিনবগীদমক মাগী অর্চ্চবিগ্রহ (অর্চ্চ-image; idol. বিগ্রহ-image of a god or a goddess; appearance; shape; body) ওইনা শক উৎপিরি। মদুগী ফলদি ঐখোয়না মূর্তি অদুমক্তা শ্রীকৃষ্ণনা ঐখোয়না হায়রিবদুগী পাউখুম্বীরকপনি" (রাজবিদ্যা লা: ৪২) হায়বা অসিনা অশেংবা পাউখুম ওইগনি। অসুম্না মূর্তি পূজা তৌবগী পানগী অমসুং নুংগী ওইবা ফজরবা লুরবা অমসুং লূরবা অর্থ লৈ।

*******

# রাম নবমী, রাম রাজ্য, রাম জন্ম ভূমি, রাম মন্দির

ভগবান বিষ্ণুগী তরেৎশুবা অবতারনি হায়নরিবা শ্রীরামগী মপোক নুমিৎ অসি শজিবুগী ৯নি পানবদনি হায়না লৌনৈ। হিন্দু বৈষ্ণব সম্প্রদায়না পুবদা লূমন্ত্রবা, শোনবদা ব্রাদ্রবা মহা অমৃতগী মশক ওইরবা শ্রীরাম অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী "হরে রাম" অমসুং "হরে কৃষ্ণ" হায়বা নমামৃত অসিগী মতীক মগুণ চপ মান্নবা লৌনরি। অদুবু শজিবুগী ৯নি পানবা শ্রীরামগী মপোক নুমিৎনি হায়না লৌনরিবা রাম নবমী নুমিৎ অসি থবানগী ২৩নি পানবা শ্রীকৃষ্ণগী মপোক নুমিৎনি হায়না লৌনরিবা কৃষ্ণ জন্ম (কৃষ্ণাষ্টমী) নুমিৎ অসিগা চপ মান্নবা খণ্ডনবা নীংশিংবা অমসুং মরী লৈনবা থৌরম পাঙথোকপদদি সম্প্রদায় অসিগী মীওই কাণ্ডলুপ খরা নত্তনা অতৈনদি থোইনা থৌশানদবগুম তৌই। স্কুল, কলেজ, বিশ্ববিদ্যালয় অমসুং সরকারগী লোয়শঙ কয়াদা কৃষ্ণ জন্ম নুমিৎ অসি ছুটি থাবগুম রাম নবমী নুমিৎঅসিবুদি ছুটিনি হায়না লাউথোক্তে। মসিনসু মরম অমা ওইদুনা রাম নবমী নুমিৎ অসিবু থোইনা খণ্ডনদবা অমসু ওইরি। অদুবু রাম নবমী থোকপা নুমিৎ অসিবু বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মীওই খরনদি য়াম্মা শেংলবা নুমিৎ অমনি হায়না লৌনৈ। "হে রাম" হায়বা নামামৃতঅসি শোন্দুনা মহাত্মা গান্ধীনা অরোইবা য়াহীপ তানখি। "রাম রাম " শোন্দুনা দাকু রত্নকরনা বাল্মিকী ঋষি ওইখি। খোঞ্জেল য়াক্লা কাক্লা কাক কাক খোংবা তাবদা মতম অমদদি অবাবা খুদোংথীবা থোক্তব্রা কিজবদগী অমদি চিংনজবদগী তাইবঙ মীওইবা কয়ানা খুদোংথীবা অবাবদগী কোক্লবা "রাম রাম" শোন্নরম্মী। মতাঙ চানা তাঞ্জা-মেঞ্জা মতুং ইন্না হিন্দু বৈষ্ণবকী মীওই কয়ানা "হে রাম, হরে রাম, রাম রাম" হায়বা নামামৃতশিং অসি " হরে কৃষ্ণ / কৃষ্ণ কৃষ্ণ" শোনবগুম শোন্নৈ। রাম চরিত মানস্ ইদুনা তুলসীদাস কবিনা শ্রীরামগী মতীক মগুণ শক-শোনজখি।

শ্রীরাম ভগবানগী শাইগুন ওইজরবসু, নিংথৌগী মচা ওইনা

পোকচরবসু, নিংথৌগী মযাক ওইজরবসু, লৈবাকী মপু ওইজরবসু মীওইপোক্তা পোক্লরবা মরম্মা মীওইবা অমনা মপুঙ্গিদা থেংনবক থোকপা ফংবক থোকপা অরা-নুংঙাই অনীমক ফংবা তাখি, থেংনবা তাখি। মপুঙ্গিদা লাইগী ওইবা অঙকপা শক্তি উংপা অমসুং পাঙথোকপগী মহৎতা নুপা থোকপা থৌদাং উংখি। পুঙ্গিদা নুংঙাইবা কয়া ফংবগা লোয়ননা অরাবগী চৈথেং কয়াসু ফংখি। মমা-মপা কায়নবগী চৈথেং, লোয়নবী সীতা কায়নবগী চৈথেং, য়েকনবা রাবণগা লান থেংনবদা শোক্লবদা থেংখাঙ কয়াদা অরাবা চৈথেং, মীনা নোক্লবগী চৈথেং, মচীন-মনাও কায়নবগী চৈথেং অসিনচিংবা কয়াদা অরাবা শরুক ওইখি। মীওইনা পোকলুবা মরমদগী মশামক বিষ্ণুগী অবতারনি হায়রসি কাউথোক্লুনা অরাবা কয়া থেংনখি। মতম শাংনা রাবণগা লান থেংনখি। রাবণবু তরাই-তরাইনা হাৎপা ঙমখিদে। শ্রীকৃষ্ণনা হিংচাবা-হিংচাবী কয়া হাৎপা, কংস হাৎপা, শিশুপাল হাৎপা, নরকাসুর হাৎপা, ইন্দ্রদেববু মায়থীবা পীবা অমসুং অতৈ য়েক্লবা কয়া লাকশিনবদা লোইশিনবদা লোইশিন্নবা হোৎনবদা মীওইবা অমনা ঙমবক থোকপা ওইবক থোকপা অদুগী মথক্তা ঙমবক থোক্লবা কয়া অমসু শ্রীকৃষ্ণনা পাঙথোক্লুনা লাইমক্লি হায়বা তাক্লুনা অঙকপা উংখি। অদুবু শ্রীরামদি মীথোই-মীহেনবা ওইজরবসু মীওইবা অমনা ঙমবক থোকপা, তৌবক থোকপা, ওইবক থোকপা পাঙথোকপনা মপুং ওইখি। লাইগী ওইবা শক্তি থোইনা উংখিদে। মীত্রংগুম থোকপা উংখিদে। লাইগী শাইওন ওইজরবসু, মশানা খণ্ডবু খণ্ডলবসু খণ্ডবু খণ্ডদ্রবসু অতৈনা চিংনবা কয়া কোক্লবা সীতাবু মৈদা চাংন্নেং য়েংবা, লাই ব্রায়েল পাঙথোকপা অমদি মীয়োল্লবা মতমদা মশা ব্রাই শংদ্রবী সীতাবু বন্দা থাদোকপা, লৈবাকীদমক শম্বুক বধ তৌবা অসিনচিংবা পান্দা য়েংবদা তাবদা তুজুংবা তৌহৈন্নবা কয়া পাঙথোকখি হায় হায়দুনসু পুম্নমক লৈবাক মীয়ামগীদমক, ইজ্জৎকীদমক অমসুং অতৈ মীয়ামগী কান্নবা কয়াগী ওইবা অমদি মশাগী ওইজবা খিবা নত্তবা মরম্মা শ্রীরামবু কত্তবা ওইনা

কনানসু নৌনদে। নিংথৌ অমা ওইনা মাগী লৈবাক লৈঙাক-শাসন ফ জৎশীদমক রামরাজ্য হায়না ঙসি খাওবা ঙাঙনা-শোন্নরি।

রামরাজ্য হায়রগা হিন্দুখক্কী লৈঙাক-শাসনবু খঙনদে, অফবা মজরবা ফি দমনীংঙাই ওইরবা রামগী লৈঙাক-শাসনবু খঙনে। মহাত্মা গান্ধীনা পামজখিবা লৈঙাক শাসননি । চহী ২০০ খরা হেনবগী মমাঙদা তামিননাদুগী মমিং চৎলবা অইবা ত্যাগরাজনা শ্রীরামনা লৈবাক ঙাকতুনা নিংথৌ ওইবগী মতাঙদা রামরাজ্যগা মরী লৈননা খাক ম কয়া ইদুনা থনম্মী। নিংথৌ অমা ওইনা শ্রীরামদা লৈবা গুণশিং হৌজিক্কী লৈবাক ঙাকপা কয়ানা তমজনীংঙাই ওই মাবু পামখম্ম থোকই, মাগী মতৌ তমনীংঙাই ওই। অতোপ্পা খাক্ক অমনা শ্রীরামদি মীয়াম্না লায়না ফংজবা ঙম্বা অসিনি। হৌজিক্কী মতমদদি খাক ম অসি রাজনীতিগী মতাঙদা মরুওইবা অমা ওইরি। ফমবু চাউম্রবা, মন্ত্রীবু ওইম্রবা, ভোটপু কাম্রবদি সেক্যুরিটি অমদি অতৈ মরম কয়াদা বেজ তৌদুনা মীচম প্রজানা অচৌববু পাক লায়না ফংবা নৎত্রগা উনবা ঙম্মদে। শ্রীরামগী মতাঙদদি অসিগুম্বা উনবদা লুবা মতাঙ লৈতে। মহাক্কী মফমদদি মীপুমখুদিংমক চপ মান্নে হায়না ত্যাগরাজ ইরম্মী। থম্মোয় শেংবা মীগা মফমদা চিংনবা হঙ্গোইবা তুক্কচবা লৈতে। শবেরীগী বোরোই চুখাক হরাও হরাও চাখিবনি।

নুংঙাইবা মতমদা শ্রীরাম কাহেন্দোক্লা নুংঙাইথোক্কে, বারবা মতমদা কাহেন্না বাদে। নিংথৌ ওইরনি হায়দুনা রাজখিবেক তৌবদা কাহেন্না নুংঙাইথোক্কে। বারবা মতমদা কাহেন্না বাদে হায়বগী খুদমদি নিংথৌ ওইবা তোকপা তারে বন্দা চহী ১৪ চৎপা তারে হায়বা খঙবদা কাহেন্না বাবা তৌদবা অসিনি। অহোইনদুম মপাগী বাশক ঙাক্কনি, মনাও ভরতনা সিংহাসন ফংগনি খনবদা নুংঙাইজখি হরাওজখি।

ত্যাগরাজনা শ্রীরামবু মচীন অনী লোঙদবা মী, লোয়নবী অমদগী হেন্দবা মী হায়না শক-শোল্লি। হৌজিক্কী লুচিংবশিংনা ঙসিনা অমা ঙাঙ, হয়েংনা অমা ঙাঙ, হৌজিক ঙাঙবগা ঙসাই ঙাঙবগা

মাঙদবা, মোরেন ওাওখলবমসু মায়ৎরোইদবা অসিওন্না মীশক শ্রীরামদি ওইখিদে। সুগ্রীবা অমসুং বিভিষণদা ওাওখিবা বাকম অদু থবক ওইনা পাওথোকখি। হায়রখিবা বাকম ওাক্না চংজি। বালি হাৎলবা তুংদা কিষ্কিন্ধাগী নিংথৌ ওইগে খনখিদে, রাবণ মায়থীবা পীরবা অমদি হাৎলবা তুংদা লঙ্কাগী নিংথৌ ওইগে খনখিদে। বালিবু মায়থীবা পীরবনিনা কিষ্কিন্ধাগী নিংথৌ ওইবা য়ারবনি, রাবণবু মায়থীবা পীরবনিনা লঙ্কাগী নিংথৌ ওইবা য়ারবনি। অদুবু হায়নখিবা মতুং ইন্না মাগী মরূপ সুগ্রীবনা কিষ্কিন্ধাগী নিংথৌ, বিভিষণদা লঙ্কাগী নিংথৌ ওইহনখি, মখোংবা মরূপনি হায়বা উংখি। হৌজিক লৈবাক্কী লুচিংবশিংদা অসিগুম্বা গুণ অসি থোইনা লৈবা উদে। খুদোংচাবা ফংলগা কাউথোক্লবা, কাওথোক্লবা ওাক্লি। লৌ-ইথোলগী মতাওদা মচীন-মনাও য়েংথীনরি। অদুবু শ্রীরামদি মনাওগীদমক সিংহাসন থাদোকখি।

শ্রীরাম ফিদমনীংঙাই ওইবা লৈবাক ওাকপা মী অমদা লৈগদবা গুণশিং লৈবা, মাইদগী হেন্দোক থোইদোকপা প্রতিভা লৈবা , লায়না ফংওম্বা, লায়না উনবা ওম্বা, বাওাও হৈবা, প্রজাগী ফনবা চাওখৎনবা হোৎনবা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা, হায়নখিবা ওাওনখিবা বা শোয়নদবা অসিনচিংবা কয়ানা লৈতেংলবা মীশকনি। ফিদমনীংঙাই ওইরবা মচানি, মৗয়ানি, মপুরোইবনি, মরূপনি, নিংথৌনি। পুন্সিদা থেংনখিবা চাংয়েং, অবা-অনা খিবীক অমসুং থৌদোকশিং অদুগা মায়োক্নবদা মাগী অমচং অসি অথবা তানখৎলকপদা ফিদমনীংঙাই ওইহায়বা খওবা গুণনি। বালিবু নারোনদা তুংদগী তেন্না কাপ্পুনা হাৎখি, মথংগী অবতারদা শ্রীকৃষ্ণ ওইনা পোক্লরবদা বালিগী মচা অঙ্গদগী শাইওন জায়া শাথানুবনা শ্রীকৃষ্ণবু নারোনদগী তেন্না কাপ্পুনা লমন খুমহল্লি। বালিবু নারোনদগী হাৎখিবা অদু মাগী অয়োনবা কামগী ময়াই অদুগী মতীক চান্না খল্লিনি। মনাওনুপা লক্ষ্মণগী সেবাবু পেনবীদুনা মথংগী অবতারদা লক্ষ্মণবু মমাংবা বলরাম ওইহনগা শ্রীরামনা মনাও কৃষ্ণ ওইনা ময়ামগী সেবা লৌজখি। মেঘনাদ (ইন্দ্রজিৎ) বু লক্ষ্মণনা হাৎলবদা মাগী

নুপী সুলোচনানা মপুরোইবগী হকচাংবু যংজনীংলবদা রামগী য়েক্লবা রাবণনা মমৌদা রামগী কেম্পতা (লানবন্দা) চৎলু শ্রীরামদি অতোপ্পগী নুপীদা মীৎয়েং কারন চনবা মীশক নত্তে হায়খি। অওইবমক্তি শ্রীরাম অতোপ্পগী নুপীবু ব্যবহার তৌবা মীশক্তি। শ্রীরামবু থাগৎলিবা রাবণ অসিমক্ক। মাগী মমৌ থোক্লবী আপ্সরা রম্ভাগী (নল কুবেরগী নুপী) গী ইজ্জৎ মাঙহনখিবনি। সীতাবু বন্দা হুন্দোক্লবসু সীতাগী ৱাখল কাউখিদে, অশাবা সীতাগী মূতিনা অশেংবা সীতাগী মহুৎ শিনখি। অতোপ্পা রাণী অমা থিগে হোৎনখিদে।

প্রজাগী খনবদা, মীয়ামগী ফমনবা হোৎনবদা মশাগী ওইজবা কয়া থাদোকখিবনি। সেল্ফ ওব সেক্রিফাইসকী গুণনা লৈতেংলবা শ্রীরাম সেল্ফ ওব সেলফিসনেসনা য়োম্লবা মতমগী লুচিংবশিংগা কয়াদা খেন্নরিবা। লৈবাক্কী শেল-থুমগী ফীবম শোক্লবা মতমদা মন্ত্রী পান্বা কয়ানা মন্ত্রী মশীং য়াম্মল্লি হায়বগী ৱাখল লৈনদে, মন্ত্রী ওইজরোই হায়বগী সেল্ফ ওব সেক্রিফাইস লৈনদে। শ্রীরাম অযোধ্যাগী লৈঙাকপনি, শ্রীকৃষ্ণ দ্বারকাগী লৈঙাকপনি। অদুবু কৃষ্ণ রাজ্যদি হায়নদে রাম রাজ্যদি হায়নৈ। য়াম্না অর্থ লৈবা ৱাফ মনি। গুজরাত্তা পোকখিবা মহাত্মা গান্ধীনা গুজরাতকী মনুংদা লৈবা দ্বারকাগী শাসন পায়বা শ্রীকৃষ্ণগী লৈবাক ঙাক্লোনগী মহুৎতা শ্রীরামগী লৈবাক ঙাক্লোন রাম রাজ্য পামজখি। মহাক মশামক্না "হে কৃষ্ণ" নৎত্রগা "হরে কৃষ্ণ" হায়বগী মহুৎতা "হে রাম" হায়না অরোইবা মীকৃপ্তা শোনখিবা য়াম্না অর্থ লৈবা ৱাফ মনি। রাম নবমী লাকপদা হৌজিক্কী লুচিংবশিং অমদি প্রজা সেক্সন খরগী মওং অসি উবদা রামগী সেল্ফ ওব সেক্রিফাইস খনবগা লোয়ননা মখোয়দসু রাম রাজ্য নীংশিংহন্নীংই।

কনা-কনাগুম্বনা শ্রীরামদা দোষ কয়ামরুম পীশিনবা য়াওই খুদম ওইনা অহুমদং লৌখৎচরবদা ১। বালিবু লোন্না নারোন্দা তেন্না কাপ্তুনা হাৎপা, ২। সীতাবু মৈদা লাই ৱায়েন তৌবা অমসুং মশা ৱাই শংদ্রবা মতমদা বন্দা থাদোকপা অমসুং ৩। তপস্য তৌজরিবা শম্বুকপু হাৎপা

(শম্বুক বধ তৌবা)। মথক্তসু পঞ্জপ্রে বালিবু তেল্লা নারোন্দগী কাপ্পগী মরম। মহাক্কী অরোনবা কামগী থবক্কীদমক চৈরাক পীবনি। লৈবাক্কী মাঙনবা থবক তৌরকপগী শম্বুকপু হাৎপনি মশাগী অনীংবা অমা ফ ংননবা কনাগুম্বা মীওই অমনা নৎত্রগা মীওই খরনা করিগুম্বা থৌরম অমা পায়খৎলকপদা মদুনা মীয়ামগী অমদি লৈবাক্কী মাঙনবা ওইবা তারবদি মহাক অমসুং মখোয় অদু চৈরাক পীফম থোকপনি। মীয়ামগীদমক নৎতবীদা মশাগী নৎত্রগা মীওই খরগীতা অনীংবা থুংনবা ধরনা, হঙ্গর স্ট্রাইক, রোকেটনচিংবা তৌরকপদা মীয়ামগীদি মাঙনবা, লৈবাক্কী মাঙনবা ওইরবদি আন্দোলনকারিশিংদু অকনবা চৈরাক্কা লোয়ননা নমথফম থোকপনি মসিমক্কা চপ মান্নবা মওংদা শ্রীরামনা শম্বুক বধ তৌখিবনি। পানগী মীৎয়েংদা শ্রীরামনা সীতাদা পীখিবা অৱাবা য়েংবা তারবদি শ্রীরামসি মাগী মরালগীদমক ঙাকপীবা য়াবা মীশক নত্তে। অদুবু নুংগী ৱাফমদা সীতাগী অশেংবা সতীঐৎ খঙবা লোয়ননা রামগী সেন্স ওব সেক্রিফাইস অসি য়ৌনা ৱাংই হায়বা উৎপনি। সীতাবু বন্দা হুন্দোক্লুরবা মতুংদা রামনা কনাগুম্বী অমা লুহোংদুনা মাগী রাণী ওইহল্লমবা তারবদি রামদা দোষ তৌবা য়াবনি। অদুবু রামদি মদু তৌখিদে, সীতাগীদমক ৱাজখিবনি, সীতাবু নীংশিংবা ওইনা সনাগী মূর্তি শাদুনা সিংহাসন্দা ফম্মীননবিনি। রাবণ হাৎলবা মতুংদা সীতাবু মৈদা চাংয়েংবা য়াম্না মুন্না খন্থনীংঙাই ওই। "রঘুপতি রাঘব রাজ রাম, পতিত পাবনা সীতা রাম ..." হায়না রামধুন ঈশৈবু শক্লরিবা য়াম্না অর্থ লৈবা ৱাফমনি।

**মতাং অসিদা মখাগী ৱাফম খরা অসি খঙজিনবা য়াই :**

মশা ৱাই শঙদ্রবী সীতাবু শ্রীরাম্না বনদা হুন্দোকপগী মতাংদা সীতাদা তেনৱানা পীখিবা অভিশাপ অমা লৈ। সীতা লক্ষ্মীগী অবতারনি। অবতার ওইরবসু, লাই ওইরবসু শাপ ফংলবদি চৈনা ফংই, শেল পূরুরবদি শেল শিংদোকফম থোকই, লমন তোল্লবদি লমন শিংদোকফম থোকই, সীতানা শাপ অমা তোনশিল্লুবনা শাপ অদু শিংদোকপা তাবনি। অদুঙৈ

নোংমা শ্রীরামদা সীতা লুহোংড্রিঙৈদা সীতানা মশা ব্রাই শংদ্রবী তেনবা অমোম অমবু য়াম্না নুংশিজখি। তেনবা অমোমদুনা সীতাগী ফজবা শকফমবু শিংথাদুনা শক ফজবদা জগৎতা সীতানা মহেল্লে হায়না শক শোনবদা তেনবা লাবনা অমোমদুদা "মপান থোক্তবী ! নহাক্না করি খঙবগে জগৎকী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না ফজবদি শ্রীরামনি" হায়খি। মখোয়না অব্রায়- অথুম তৌনদুনা ঙাঙনবা অদু সীতানা তাখি। তেনবা অমোমদুনদি লাবদুনা হায়বদু য়ানীংখিদে সীতানা মহেল্লি হায়দুনা সীতাগী ফজবদুদা শীংথাখি। মদুদা সীতা হায়নীংঙাই লৈতনা পেনখি, তেনবাদুবু য়োকনীংখি নুংশিখি। মহাক্ন া তেনবাদুবু ফারগা থন্বদা তেনবা লাবদুনা থাদোকপীয়ু হায়জখি। তেনব া অমোমদুনসু মশা ব্রাই শংদ্রবীনি থাদোকপীয়ু হায়জখি। ঐখোয় খৎনবা নত্তে চুম্নতা ইশা ইশাগী অনীংবা ফোংদোক্নুনা ঙাঙনজবতনি হায়জরবা ফাওবদা সীতানা তেনবা অমোমদুবু থাদোকখিদে, তেনবা অমোমদুবু লাবদুনা থীনা তৌবীগনি খনখি। তূমা কায়নরবদা তেনবা অমোমদুসু লাবদুসু কায়না মৈচাক্না মথ্বায় থাখি। শিদ্রিঙৈদা মখোয়না সীতাদা মশা ব্র াই শংদ্রবা মতমদা মপুরোইবা কায়নৌ কায়না মৈচাক ফংউ হায়না শাপ তৌখি। শাপ অসি তোনশিল্লুবদগী সীতানা রাম কায়নবগী দশা ফংখিবনি মরম অসিনা মসিগী মতাংদা য়েংবা তারগসু শ্রীরাম্না সীতাবু বনদা হুন্দ দাকপদা শ্রীরামদা দোষ পীশিনফম থোক্তে। মতৌ অসুম্না শাপ অমদগী রাধা কৃষ্ণ চহী ১০০ মর্ত্য লীলাদা কায়নখি। মতেক মতেক্তা হায়বদি তাঙ্কক তাঙ্কক্তা য়েংলবদি শ্রীরাম অমসুং শ্রীকৃষ্ণ মরাল কয়া পীশিনবা য়াবগী মওংদা লৈবা ঐখোয়না থেংনৈ। অদুবু মপূংদা য়েংবা তারবদি পীরিবা মরাল অদু পীশিনফম থোক্তে। শ্রীরাম অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা করিগুম্বা মখল অমত্তগী দোষ লৈতে। রাধাগা কৃষ্ণগা থানবা য়াদে, সীতাগী রামগা কায়নবা য়াদে। অমনা পুরুষনি অমনা প্রকৃতিনি নুংগী অথুপ্পা য়েংবা তারবদি। লীলা নুংঙাইনবগীদমক্তা পানদা মখোয় কায়নবনি।

রামায়ণদা মপূং ওইবা চরিত্র (charecter) অনী য়াওরি : অমনা রাম অমনা রাবণ। রাম অমসুং রাবণ কনা কনানো,হৌজিক্কী মতমদা

রামগুম্বা কনা কনানো, রাৱণগুম্বা কনা কনানো খঙজিনফম থোকই। মীবু নুংঙাইবা পীববুনা রামনি, মীবু অব্বাবা পীবনা রাৱণনি। মীয়াম্বু য়াইফনবা হোৎনবনা ধর্মনি, মী মাঙহননবা হোৎনবনা অধর্মনি। রাবণ মশক্তি ফজে শাজৎতি হিংচাবনি, হিংচাবা ওইবা মী য়াম্না লৈ। শ্রীরাম মীগী শক্তমনি, লমচৎতি লাইনি। লাই ওইবা মীসু লৈ। হৌজিক হৌজিক অটৌ অশাং অঙম্বা কয়া, ওফিসার কয়া, লৈঙাকপা কয়া, ওজা কয়া, অতৈ মীওই কয়া পানদা ফজরবসু নুংদা রাবণগী লমচৎ চৎলি। হৌজিক রাবণ য়াম্না লৈরে, শক লোৎতুনা লৈরে, রাবণ খরনা মন্ত্রীগী শক্তম লৌরি রাবণ খরনা ওফিসারগী শক্তম লৌরি। রাবণ খরনা অতোপ অতোপ্পা শক্তম লৌরি। লৈবাক কয়া, দেশ কয়া লঙ্কা ওইরে, হনুমান লাক্লনি, লঙ্কা মৈ চাক্লনি, মালেম শীন থুংনা রাবণনা পিক থন্না লৈবা তারবদি মালেম তুম্না চাকপা তারক্কনি। মীওই কয়াবু অপেনবা নুংঙাইবা পীরিবা মহাক অদু শক লোৎপা রামনি। মালেমদা প্রভু রামচন্দ্রগী মিং রামায়ণগী ৱারী তাদবা লৈবাক ইরৈ লৈত্রে। রামগী তুংনফম রামায়ণনি। তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংদা রামবু য়েংবা য়াই: মচা অমা ওইনা, ময়াম্বা অমা ওইনা, মরূপ অমা ওইনা, মপুরোইবা অমা ওইনা,লৈবাকী মপু লৈঙাকপা অমা ওইনা অসিনচিংবা মীৎয়েংদা। লৈঙাকপা অমা ওইবা তারবদি রাম ওইবা তাই,মপুরোইবা অমা ওইবা তারবদি রাম ওইবা তাই, মরূপ অমা ওইবা তারবদি রাম ওইবা তাই, মচা অমা ওইবা তারবদি রাম ওইবা তাই, য়েক্ল বা অমা ওইবা তারবসু রাম ওইবা তাই অসিনচিংবা। রাম পোকখিবা মফমসি অযোধ্যানি অতৈদা নত্তে, অযোধ্যা লৈরমদ্রবদি রাম পোক্লমলোই, অযোধ্যাগী লৈহাওদা রাম চাওবনি, পাম্বী অমা ফজনা হৌহনবা তারবনি চান্নবা অমসুং চূনবা লৈহাও লৈতবা য়াদে, হুনফম থাফম ফজনা শেমদবা য়াদে। অযোধ্যা হায়বদি অবধ্য (মফমদুদা য়েক্লবা, মীহাৎ- মীপুননচিংবা লৈতবা ) হায়বনি। ইশানবু হায়বদি থম্মোয়নবা অযোধ্যা ওইরবদি ইশাদা রাম পোক্লক্কনি, থম্মোয়সে অযোধ্যা ওইহনবা তাই, থম্মোয়নবু অযোধ্যা ওইদ্রবা থম্মোয়দা রাম পোক্লকলোই। রাম লৈবা মফমদা সীতা লৈ, মফমদুদা

হনুমান লৈ লক্ষ্মণ লৈ শকলোৎপা ভরত শত্রুঘ্ন লৈ। লক্ষ্মণ হায়বদি পান্দমফমদা পুক্লিং চঙবা হায়বনি, পান্দমফম লমথুংফম খঙগদবনি, লমথুংফম খঙলগা লমথাগদবনি। ভরত হায়বদি আত্মজ্ঞান (self-consciousness, self-knowledge, spiritual knowledge, metaphysical wisdom) দা রতি (attachment, pleasure, enjoyment) লৈবা হায়বনি।

রাম সীতা কায়নদে, রামনা পুরুষনি সীতানা প্রকৃতিনি (শক্তিনি)। শক্তি য়াওদ্রবদি শক্তিমান করিসু তৌবা ঙমদে। রাবণনা হুরিবা সীতাদুদি মায়া সীতানি, বেদবতীনা ওনবনি, বেদবতীদি কমলাগী ছায়া (shadow, image, reflection) দগী ওইবনি, রাবণনা দিগ্বিজয় (world-conquest, establishment of one's fame and authority by defeating oponents) চৎপা মতমদা বেদবতীদা ব্যবহার কায়রুবদগী "রাবণ নঙবু মাঙনবা মরমদু ঐনা ওইগনি" হায়না ৱাশকখি। মদুগী মায়া সীতাদুনি রাবণনা হুখিবদু। ভরতনা রামবু নিরাকার (শকউদবা) ওইনা নীংই, লক্ষ্মণনা সাকার (শকউবা) ওইনা নীংই, চাক-এঙ্গাং ফংদ্রবা বনদা উহৈ- ৱাহৈ চাদুনা লক্ষ্মণনা চহী ১৪ সেবা তৌই, অথুম-অহাঙ চা- এঙ্গাংগী মনম্না হারবা কোনুংদা উহৈ- ৱাহৈ চাদুনা ভরতনা রাম নীংই। অসুম্না ভরত অমসুং লক্ষ্মণনা চহী ১৪ উহৈ- ৱাহৈ চাদুনা রাম নীংবনি সেবা তৌবনি। মখোয় অনীমক চহী ১৪ নুপী মশক য়েংদে: লক্ষ্মণনা মমামক্লি খঙবা সীতা নত্তবা অতৈ নুপী লৈতবা মফমদা নুপী মশক য়েংদবনি অদুগা ভরতনা শকহেনবী কয়ানা থন্না লৈরবা কোনুংদা নুপী ময়াম মরক্তা লৈদুনা নুপী মশক য়েংদবনি।

মসিগা লোয়ন-লোয়ননা রাম জন্মভূমি অমসুং রাম মন্দিরগী মতাঙদা লৈবাক ৱাথোক ওইরিবা ৱফম অসিমসু নীংশিংদবা ঙমদে। রাম জন্মভূমি অমসুং রাম মন্দিরগী ৱাথোক্লা কাঙলুপ মশেল নুংঙাইনদবা থোক্লবদি ফিদম্নীংঙাই ওইরবা রাম রাজ্যগী ৱাফম ওন্নতৈনবা ওইগনি। শ্রীরামদা লৈবা গুণশিং অদু মীওইবগী থম্মোয়দা লৈদুনা থম্মোয় লকানুং অসিনা রাম জন্মভূমি অমসুং রাম মন্দির ওইরবদি স্বর্গ

খুৎনা ফংবগুম শ্রীরামগী রাম রাজ্য, রাম নবমী চঙলকলগা লোয়ননা লায়না ফংবা ঙমগনি। শ্রীরামগী থম্মোয়গী বাখল্লোনবু নাথৈরগা রাম জন্মভূমি অমসুং রাম মন্দিরতদা থবায় হৃকচাং লূপ্পনদি রাম রাজ্য ফংবগী বা লৈরোই। রাম নবমী মতম পূম্বগীনি। হৌজিক হৌজিক্কীনি, পূংফম অসিমক্কীনি।

*******

# শ্রীরামগী মফমদা লৈবা সীতাগী প্রেমগী মহিমা

কালেনগী পানখৎলকপা ৯নিশুবা সীতানবমী থোকপা নুমিৎ অসিবু হিন্দু-বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মীওই কয়ানা সীতাগী মপোক নুমিৎনি হায়না লৌদুনা শেংলবা নুমিৎ ওইনা সীতানবমী ব্রত (vow; penace; austerity; voluntary religious observance) অমসুং মরী লৈনবা থৌরম কয়া পাঙথোকই। শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা রাধাগী প্রেমগী মহিমা অদুমক শ্রীরামগী মফমদা সীতাগী প্রেমগী মহিমা লৈ। রাধাগী কৃষ্ণপ্রেমদি অলৌকিক (unworldly; supernatural; super-human; extra-mundance; transcendent; uncommon; miraculous) প্রেমনি। মতৌ অসুম্না সীতাগী মফমদা লৈবা রামগী প্রেমসু অলৌকিক প্রেম অদুমক্নি। দ্বারকাগী, সত্যভামানচিংবা লৈমা কয়ানা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিজবসি লৌকিক (worldly; customary; formal; ordinary) প্রেমনি হায়না লৌবা য়াই। শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌবদা, শ্রীকৃষ্ণগা মরী লৈনবদা মখোয়দগী হেনবা কনা লৈতে, মখোয়না মহেল্লে হায়না নাপল তৌজে। শ্রীকৃষ্ণনা চানবিবসু মখোয়না মহেল্লে খঞ্জে। অসুম্না মখোয়না মখোয়গী নাপল অমসুং অভিমান (pride; egotism) বু য়োক্তুনা থম্মী। মখোয়না মশাগী অহং (I; self; the ego) ভাব থাদোকপা ঙমদে। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু মশাগী ওইজবা স্বার্থগী মখাদা নুংশিজে। অদুগা শ্রীকৃষ্ণগীদমক মথ্বায় থারবসু থাগে, পাপ ফংলবসু ফংগে হায়বগী ব্রাখল মখোয়দা চেন্দে। অদুবু শ্রীমতী রাধাদি মখোয়দগী পূমতোপ তোপ্লি। লৈমশিং অসিনা মশাগী নাপল অমসুং অভিমানবু য়োক্তুনা থম্বা অমসুং মখোয়না মহেল্লে খনবা, মখোয় মশাগী স্বার্থ য়েংবা অসিগুম্বা ভাব অসি রাধাগী মফমদা লৈতে। শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তা রাধানা পাপ পুগনি, নরক তাগনি হায়বগী নাচুংবা লৈতে। অসুম্না রুক্মিণী, সত্যভামা, জম্বুবতীনচিংবা পাট্টেশ্বরী ১৬১০৮ লৈরিবা দ্বারকাগী রাণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ফনা য়াম্না নীংজদুনসু রাধাগী থাক অদু য়ৌবা ঙমখিদে। রাধাগী মশাগী ওইজবা (স্বার্থ) য়াওদবা শুদ্ধ প্রেম

অদুমক্তা শ্রীকৃষ্ণবু পেলহনখি। কৃষ্ণ প্রেমদা মশাগী অহংভাব থাদোকপা ঙমখি। শ্রীকৃষ্ণনা অব্বাবা তাবদা রাধানা খাঙঙমখিদে। মতৌ অসুম্না সীতাসু মহাক মশামক রাবণগী লৈবাক লঙ্কাগী অশোক বনদা অব্বাবা তারিঙৈদা শ্রীরামগী সেবা কনানা তৌরমগনি, মবুংঙো য়াম্না ব্বারল্লগনি খনবদা অদুক্কী মতীক ব্বাজখি।

শ্রীরামনা চহী ১৪ বন্দা চৎপদা ব্বাগনি খঙনা খঙনা মবুংঙোগী সেবাগীদমক মহাক মশামক বন্দা চৎপা য়াওখি। মায়াগী শজীগী মতাঙদা মতোমতা পঞ্চাবতী বনগী খাঙপোকশঙদা লৈহৌরগা অব্বাবা তাহৌগনি হায়বগী করি অমত্তা খঙদবমখৈ খঙলবসু মবুংঙোগী প্রেম্না কনমনখিবদগী মশাগী অব্বাবা খন্দদুনা লক্ষ্মণবু শ্রীরামগী খোঙ্গুল লীরুনবা থাখি। নুপী ওইবগী অপঙবা মওং মাঞ্জরবসু রামগীদমক অসুক্কী মতীক ব্বাজে হায়বদুদি খঙবা ঙম্মী। রাধাগী মিং কৃষ্ণগী মাঙদা হাপ্তুনা "রাধা-কৃষ্ণ" হায়না ভক্তশিংনা শক-শোঞ্জবগুম রামগী মমাঙদা সীতাগী মিং হান্না হাপ্তুনা "সীতা-রাম" হায়না শক-শোল্লি "রাম-সীতা" হায়নদে। কয়াদা চাউখ্রবা, মগুণ লৈখ্রবা সীতাগী নাম ওইরিবা !

লাংবনগী পানখৎলকপা ৮নি শুবা রাধাষ্টমী থোকপা নুমিৎ অসিবু মণিপুরী বৈষ্ণব সম্প্রদায়না থৌরাণী জন্ম হায়না খঙনদুনা রাধাগী মপোক নুমিৎনি খঙনবগুম কালেনগী ৯নি পানবা নুমিৎ অসি সীতাগী মপোক নুমিৎ সীতানবমীনি হায়না খঙনবদি খরা ব্বাৎপগুম তৌনা উই। অদুবু সীতাদি ভগবান শ্রীবিষ্ণুনা রাম ওইনা অবতার তৌরকপদা লক্ষ্মীনা সীতা ওইনা অবতার তৌরকখিবনি। গোলোক বৃন্দাবন থাদোক্তুনা মর্ত্য বৃন্দাবন্দা রাধা-কৃষ্ণনা অবতার তৌরকপগুম সীতা রাম অনীসু বৈকুণ্ঠ থাদোক্তুনা লক্ষ্মী বিষ্ণুনা মর্ত্যদা অবতার তৌরকপনি। শ্রীরামগী মমাঙদা লৈখিবা বিষ্ণুগী অবতারশিং ঃ মীন (ঙা), কুর্ম (থেঙ্গু), বরহ (ওক), নরসিংহ, বামন, পরশুরামগী মতাঙদা লক্ষ্মী য়াওনা অবতার তৌবগী ব্বা থেংনদে। অদুবু রামগী মতাঙদদি বিষ্ণুনা অবতার তৌরকপদা লক্ষ্মীদু

সীতা ওইনা অবতার তৌরকপনি হায়না লৌনৈ। শ্রীরামগী মতাঙদা লক্ষ্মীসু য়াওনা অবতার তৌরকপনা সীতানবমী নুমিৎ অসিসু অখন্নবা মরুওইবা নুমিৎ অমনি হায়না লৌফম থোকই।

লক্ষ্মীগী শাইওন ওইজরবসু, নিংথৌকোন্দা চাউজরক্লবী ওইজরবসু, ভগবান বিষ্ণুগী শাইওন ওইরীবা শ্রীরামগী লোয়নবী ওইজরবসু, লৈবাক্কী নিংথৌগী রাণী ওইজরবসু মীওইপোক্তা পোক্লরবা মরম্না শ্রীরামগুম সীতানা মীওইবা অমনা মপুন্সিদা থেংনফম থোকপা, ফংফম থোকপা অৱা- নুংঙাই অনীমক থেংনখি, মায়োক্লখি। অৱাবা ফংখিবা অসি মীওইবা অমনা ফংফম থোকপা অদুদগী চাং য়াম্না হেল্লবনি হায়বা য়াই। মালেম লৈমগী মচা ওইনা শম্পোৎ খোইবদা লাঙ্গোল লোঙখুম্না মালেম লৈতঙ্গায় ফক্কায়বদা য়াওরকপা অদুগা তাইবঙ পুন্সি থাদোকপদনা মালেম চেখায়রক্কুনা মালেম ইমাগী মতম্বাক্তা চঙজখিবা শম্না হায়রবদা পোকপা শিবা অনীমক্তা অতৈ মীওইবদগী তোপ-তোপ্পা মওং অমা ওইবা অসি নত্তনা হিংলিঙৈ মতমদদি চুম্নগী মীওইবা অমগী হৌনবী ওইফম থোকপা অদু সীতাগী মফমদা ওইখি। নুংঙাইবদা মপুং ফানা নুংঙাইখিবগুম অৱাবদসু খমথেংনা অয়ৌবী থাক্তা অৱাবা ফংখি। রাবণগী লঙ্কাদা ৱানা খাঙখিবা, তূম্বা মচেৎ চাবা মচেৎ বন্দা মবুংঙো রামগা ৱামিন্নখিবা, চিংনবদগী নৎত্রগা মীগী মীনোক কোক্লবগী শ্রীরামনা মৈদা লাই ৱায়েলগী চাং য়েংখিবা, মীরোল্লবা মতমদা বন্দা হুন্দোকপীখিবা অসিনচিংবা অৱাবা কয়া মপুন্সিদা থেংনখি। মীওইনা পোকপা জীব অমনা ৱাফম থোকপা কয়াদগী চাং হেন্না ৱাখি। বনদা হুন্দোকপিরবসু লমন খুমগে হায়বগী ৱাখল সীতাদা পোকখিদে। মচানুপা লব কুশ অনীগী মখূৎতা আযোধ্যাগী মীওই কয়া অমদি য়োংগী লাম্মী কয়া অৱাবা তারবদা সীতানা অদুক্কী মতীক ৱাজখি। খ্বাইদগী লাইবক থীরবীশিংগী মনুংদা মহাকসু অমা ওইখি। রাম্না মাবু লঙ্কাগী লান লোইরবদা মৈদা সতী চাংয়েংবদা, মীরোল্লবা মতমদা বন্দা হুন্দোকপদা মাগীদমক মতেঙ পাংবিনবা মমা-মপা, মবুং-মৌপুৱা, মরী-মতা,

শাগৈ-নাতে, মরূপ-মপাঙ, মনাই-মশল কনা অমত্তা চোংথোকপিখিদে। অসি য়ৌনা ব্রাজবী সীতা, ফি দম্নীংঙাই ওইবী নুপী অমদি অদুম ওইখি। অসিগুম্বা ফি দম্নীংঙাই ওইরবী সীতাগী "শ্রীরামগী মফ মদা লৈবা মাগী প্রেমগী মহিমা" য়েংলগা "সীতা-রাম" হায়না মাগী মিংনা রামগী মাঙদা হাপ্পদা করিসু অকায়বা লৈতে।

সীতানা রামদা লুহোংলমদ্রবা, রাম্না বন চৎপদা মহাকসু লোয়নরমদ্রবা, মারীচনা মায়া তৌদুনা ওল্লকপা সনাগী মচুগুম নিংথীরবা শজী অদু ফংনবা তকশীল্লমদ্রবা, রামগী তেন্না পাল্লবা শজী শারিবা মারীচনা রামগী খোঞ্জেন শাদুনা লক্ষ্মণবু মতেং পাংনবা কৌরকপদা লক্ষ্মণনা থাজবীরুনু হায়জবদা য়ারম্লবা, লক্ষ্মণনা চিংলম্বা লৈয়িগী ব্রাংমদা লানথোক্লমদ্রবা অদু ওইরম্লবদি রাবণনা মাবু ফাদুনা পুবা ঙমলমলোই। মাবু ফাদুনা পুখিবা অসিনা মরম ওইদুনা রাম্না লঙ্কাদা লান্দাখিবনি অদুগা লানদা রাবণগী অরোইবা পুক্সি ওইখিবনি। মতাং অসিদা খঙজীনবা য়াবা ৱাফমদি নুংগী অশেংবা খঙদনা পানগী ফজবা উবদা মিহৌরুবদগী সীতানা অৱাবা ফংবগী মরম ওইখি হায়বসিনি। শাশিন্নবা খোঞ্জেনবু অশেংবনি লৌরুবদগী লক্ষ্মণবু রামগী মতেং পাংলুনবা থাখিবা অসিসু মাগী অৱাবা ফংনবগী মরম ওইখি হায়বসিনি। শাশিন্নবা ভিক্ষারীবু অশেংবা ভিক্ষারীনি লৌরুবা অসিসু মাগী অৱাবা ফংনবগী মরমনি। লক্ষ্মণনা লাম্থোক্কনু হায়রম্বা লৈয়িবু লাম্থোক্লুবা অদুসু মাগী অৱাবা ফংনবগী মরম অমা ওইখি। মপালগী ওইবা শক্তমদা চেকশিনগদবা, মফম মরাং খঙদনা ফজবা পোৎ অমবু হেক্তা মিহৌরোইদবা, মুন্না খঙদনা মীনা হায়বদা হেক্তা থাজবা হৌনদে হায়বা অসিনচিংবা কয়া সীতাগী থৌদোক্তগী খঙজিনফম থোকপা কয়া লৈ। য়াম্না চেকশিন্না শিন্নবা ৱাফম্সু থৌওইদ্রবা, থৌশাদ্রবা অদু ওইরবদি অৱাবা তাগনি হায়বগী ৱাফমসু য়াওরি। অদুবু য়াম্না লুরবা তাঞ্জাদা করিগুম্বা অমবু অশেংবা ওইরমগনি, তৌশিন্নবা ওইরমগনি করম্না পাক হেক খঙবা ঙমগনি ? মসি অরায়বা ৱাফম নত্তে। অমবু ওইরে অমবু ওইরে রামবু সীতানা নীংজবা, নিরবদা শীনীংবা কৎফম থোকপা দান তৌজনীংবা পূকচেনদি

সীতাগী থম্মোয়দা লৈ। লঙ্কাগী অশোক বনদা য়ানা খাঙবা মতমদা শ্রীরামগী য়াখলদা খন্দুনতা লৈখিবনি। সীতাগী লমচৎ অসি কৃপ্না নৈনবদা মপুরোইবা রামবু অসুক্কী মতীক নীংজে হায়বদু খঙবা ঙম্মী। অদুবু লাইবক থীবদগী মপুক্তিদা সীতা অয়াবগী শরুকতা মওইখি, হয়াও- তয়াম নুংঙাইবগী শরুকতি য়াম্মা য়াৎখি। মহাক্কী নুংঙাইজবা হায়ববু শ্রীরামবু নীংজবা অসিনি। শ্রীমতী রাধিকাসু অসি মঙায়। করিগুম্বা শাপ অমদগী রাধা কৃষ্ণ মর্ত্য লীলাদা চহী চামা কায়নখি। কায়নবা মতম অসিদা রাধানা শ্রীকৃষ্ণতবু নীংদুনা লৈজখিবনি। শ্রীরাম অমসুং শ্রীকৃষ্ণবু নীংজবা ভক্তশিংনা সীতা অমসুং রাধাবু অয়াংবা থাক্তা থমদুনা শ্রীরাম অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মিংগী মমাঙদা মখোয়গী মিং হাপ্তুনা শক শোল্লি। স্বামী শিবানন্দনা হৌদোকপিরম্বা দিবাইন লাইফ সোসাইটিগী ভজন ঈশৈ অমদা অসুম্না শক - শোন্নরি ঃ

সীতারাম কহো রাধেশ্যাম কহো
সীতারাম কহো রাধেশ্যাম কহো ॥
সীতারাম বিনা সুখ কৌন করে
রাধেশ্যাম বিনা দু:খ কৌন হরে ॥
সীতারাম বিনা উদ্ধার নহীঁ
রাধেশ্যাম বিনা বেড়া পার নহীঁ ॥
সীতারাম বিনা সুখ স্বপ্ন নহীঁ
রাধেশ্যাম বিনা কোই অপনা নহীঁ ॥

মপুরোইববু য়াম্মা নীংজবী অমদি থাজনীংঙাই ওইরবী লোয়নবী অমা ওইনা রাম্মা চহী ১৪ বনদা চৎপদা মাসু য়াওগনি হায়না কন্না তকশিঞ্জখি। বনদা চৎপদা বনগী পুক্সি মরেনগী খুদোংথীবা অসি অসি লৈ হায়বা কয়া তাক্তুনা শ্রীরাম্মা মাবু চৎতনবা কন্না হোৎনখি। অদুবু সীতাদি শোয়দনা চৎকনি হায়না চপ য়ুংনা লেপখি। মহাক রামগা কায়নবা পামখিদে। খাম্বদা ময়াদ্রবনিনা সীতাবু বনদা চৎপা য়াওহনখি। মসিনি সীতাগী থম্মোয় মপুরোইবা রামবু খম থেংনা নীংজবা। লঙ্কাগী রাবণবু

হাংতুনা সীতাবু অযোধ্যাদা পুরক্লবা মতুং কাইনথংদা শ্রীরাম্না সীতাবু বনদা হন্দোকখি (তেনবাগী শাপ অমদগী রামগা সীতাগা কায়নবনি)। মমৈথংদা বাল্মীকি মুণিনা সতীত্বগী মগুণনা লৈতেংলবী থম্মোয় শেংলবী সীতাবু লৌশীনবীনবা শ্রীরামদা হায়জবদা শ্রীরামগী চান্দগী ব্রা অমত্তা তাবা ফংদ্রবদা সীতা নীংবা কায়খি, থম্মোয় শোকখি, অমুক হন্না হিংলুবগী কান্নদ্রে খল্লদুনা পৃথি মাতাবু কৌদুনা মাবু লৌশীনবীরনবা হায়জখি। মহাক্কী হায়জবা তাবীদুনা মালেম পৃথ্বি চেকখায়রকখি। সনাগী সিংহাসন অমা চেকখায়রবা মফমদুদগী থোরকখি। মদুদা ফমদুনা সীতা পৃথ্বি মাতানা পুথবীদুনা লৌশিনবীখি। পোকপা অমসুং শিবা অনীমক্তা সীতা তোপ- তোপ্পী অতৈগা মান্নদে। মীওইপোক্তা লৈরিঙেদা খমথেংনা ব্রারম্লগা তাইবঙ সংসারদগী বিদায় লৌখিবনি।

শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা রাধাগী প্রেমগী মহিমাগা শ্রীরামগী মফমদা লৈবা সীতাগী প্রেমগী মহিমাগা চাং মান্ননা লৌবা য়াই। অনীমক অলৌকিক প্রেমগী মনুং চল্লি। তৌবদদি লৌকিক্কী মওং মান্না সীতা রাম অনীমক যূম্বানবগী মওংদা পুম্সিগী লম্বীদা খোঙদাবা ওইনা উই, ওইসু ওইরিবনি। অদুবু সীতানা শ্রীরামবু নুংশিজবা প্রেমগী শকওং অসি চুম্না মীওইনা পোক্লবা নুপা-নুপী অনীগী প্রেমগী মরী অসিদগী হেন্দোকখিদুনা লৌকিক প্রেমগী মথক্তা অলৌকিক প্রেমগী থাক য়ৌরিবনি। শ্রীকৃষ্ণ অমসুং রাধাগী প্রেম লীলাদা শ্রীমতী রাধিকা পরকীয়া নায়িকানি অদুগা শ্রীরাম অমসুং সীতাগী মতাঙ সিদদি সীতা অসি স্বকিয়া নায়িকানি। আয়ানদা লুহোংলবী রাধানা অরোনবা নুপা শ্রীকৃষ্ণগা প্রেমগী মরী লৈনবনি, পরকীয়া রসনি অদুগা সীতাদি রাবণদা লৈরুবগী ব্রাফ ম লৈতে, চুম্না ফারুরগা বন্দা ঙাকশেন্দ্রু থম্বনি, রাবণদা লৈরগা লোন্না শ্রীরামগা প্রেমগী মরী লৈনবা নত্তে অদুনা পরকীয়াগী মনুং চন্দে, স্বকিয়াগী মনুং চল্লি, রাবণনা অপনবা পীবতনি। অমনা পরকীয়া অমনা স্বকিয়া ওইজরবসু মখোয় অনীগী প্রেমগী মহিমাদি ইখেন খেন্নদে।

ফি দমনীংঙাই ওইরবী, পুকচেল শেপ্পা তৌদ্রবী, সীতাগী

মপোক নুমিৎ "সীতানবমী" অশেংবা নুমিৎ অমা ওইনা পাঙথোকফম থোকপা থৌরম পাঙথোকপা ঙমদ্রবসু নুমিৎ অসিদা সীতাবু নীংশিংদুনা মহাক করম্বা মীশক ওইখিবগে হায়বদুদি নীংশিংফম থোকই।

*******

# কলি যুগতা বামন জন্ম

লাংবনগী ১২নি পানবা নুমিৎ অসিবু বামন দ্বাদশী হায়না খঙনদুনা হিন্দু বৈষ্ণব সম্প্রদায়না অশেংবা ধর্মগী নুমিৎ অমনি হায়না লৌনৈ। নুমিৎ অসিদা ভগবান শ্রীনারায়ণনা কশ্যপ মুনিগী লোয়নবী অদিতিগী গর্ভদা আবির্ভুত ওইখি (ফোংদোকখি)। বামন জন্মগী নুংগী ওইবা ফজরবা অমসুং লুরবা ভাব কয়ামরুম লৈ। বামন, বিষ্ণুগী ৫ শুবা অবতারনি। কবি জয়দেবনা মাগী গীতগোবিন্দগী অহানবা সগগী ৯ শুবা শ্লোক্তা অসুম্না ইরি "ছলয়সি বিক্রমণে বলিদদ্ভূতবামন / পদনখনীর জনিত জনপাবন / কেশব ধৃতবামন রূপ জয় জগদীশ হরে।" হায়বদি "হে কেশব! বামনগী মশক ওইবা ! নঙনা পূম্নমক্তগী হেন্না লৈবা ওইয়ু, মরমদি ইবুংঙো নঙদি মরোল তরামরিগী মপুনি অমসুং ননাইগী অৱাবা মাঙহনবনি, ইবুংঙো নঙগী খূজিন্দগী থোকপা ঈশিংনা থৱায় পানবা পূম্নমকপু পাপতগী শেংবিবও ! হে অঙকপা থীকন্বো ! ইবুংঙো নঙগী পাঙ্গন্না বলি নিংথৌবু নহাক্লা নমহৎলি।" ভগবান্না থীকনেম্বা বামনগী মশক লৌদুনা বলিগী যজ্ঞশঙ তান্না চৎতুনা দেবশিংদা স্বর্গনচিংবা ত্রিভূবন (three worlds viz: heaven, the earth and the infernal regions; universe) হনজিনবিগে নীংদুনা খোঙফম অহুমগী লম নিখি। নাপল কারবা বলি নিংথৌবু নমথনবা ভগবান্না বামন ওইনা অবতার তৌখিবনি।

অসুর (হিংচাবা) গী নিংথৌ হিরণ্যকশিপুবু ভগবান্না নরসিংহগী মশক লৌদুনা শাম্মেঙলগা লানবিরবা মতুংদা মচানুপা প্রহলাদনা অসুরশিংগী নিংথৌ ওইখি। প্রহলাদগী মতুংদা মচানুপা বিরোচন্না মপাগী খুবম অমুক ফংখি। বিরোচনগী মতুংদা মচানুপা বলিনা অসুরগী নিংথৌ ওইখি। শুক্রচার্য্য অসুরশিংগী গুরুনি। মহাক্লা বলিগী অশোয়-অঙাম কয়াবু য়েংশিনবিদুনা ঙাক-শেনবিখি। মহাক্কী লমজীং মখাদা বলিনা

বিশ্বজিৎ যজ্ঞ তৌখি। বলিনা ইন্দ্রদেববু মায়থীবা পীদুনা স্বর্গ অমসুং মর্ত্য অনীগী মপু ওইখি। দেবশিংগী গুরু বৃহস্পতিনা ইন্দ্রদেবদা বলি অসি লাকওম-যাওমদবা ওইরক্লি, মাবু নমথবা ওমহৈরোই, মাগী গুরুনা য়াথং ইনদে হায়দুনা শাউদুনা শাপ তৌরকপা মতমদুতদা মাবু নমথবা ঙমগনি হায়খি। বলিনা নিংথৌ ওইরবদা ধর্মদা য়াম্না পূক্নিং চঙলম্মী অদুগা দান তৌবদসু মাগী মতমদা মাগা মান্নবা লৈরমদে। মঙোন্দা কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা অমত্তং পীয়ু হায়বদা শোয়দনা পী। মরোল অহুম অসিগী মায়কৈ খুদিংমক্তা বলি নিংথৌগী জয়ধ্বনি (shout or cry of victory; triumphant outcry) না পূমনিল নিলখি। মাবু থাগৎপগী চাং য়াম্না ব্রাংখি। মসিদা বলি মশাদা মদ কাখি। মদ (pride) কাবগা লোয়নননা মশাদা ঐশ্বর্য্য-গর্বিত (proud of wealth; purse-proud) চঙখি। মীওইবগী য়েক্লবা তরুক্কী মনুংদা শাথীরবা য়েক্লবা মদ অমসুং ঐশ্বর্য্য (wealth; riches) না মাবু খুদুম চনশিনখি। দান তৌবদা মাগী মপা লৈত্রবনি হায়না নাপল কাখি। স্বর্গগী লমবু পাম্বা অমসুং তাইবঙগী লন-থুমগী মপু ওইবা অসিদা মহাক মা মঙায়রে হায়বা অসিনা মঙোন্দা পীবা পাউতাক করিমত্তা তাবা লৈখিদ্রে। মানা মহেল্লে হায়না খনবসিনা মানা নীংবদু অতৈ কনাগা তানবা য়াওদনা খুদক্তা মানা নীংবদু হেক্তা মতৌই। অসুম্না ধর্ম য়াম্না লৈবা মহাক অধর্মগী মমি তারকখি। মাগী অসুর খোঙলোয়শিংনা নাপলগা লোয়নননা মীওৎ-মীনৈ হৌরকখি। মসিদা মানা খঙনা খঙনা খঙশিন্নদে অদুগা তারবসু তাশিন্নদে, উরবসু উশিন্নদে। অসুম্না মতম অমদা ধর্ম য়াম্না লৈরম্বা মহাক ধর্মবু কোমথোকখি। ঈশ্বরবু পূজা তৌই হায়দুনসু ফত্তবা পাম্বৈনা (অধর্মনা) লন-থুম য়াম্না তানশিনবদি হিংচাবগী লীচৎনি, ধর্মগী লীচৎ নত্তে, হিংচাবগী লীচৎনি। অসিগুম্বা মতম অসিদনি ভগবান্না বামনগী মশক লৌদুনা অবতার তৌখিবদু। করিগী ? অফবা মীবু কনবিনবা, ফত্তবা মীবু মাঙহন্নবা অমসুং ধর্মবু অমুক লিংননবা।

নর্মদা তুরেল মপান্দা লৈবা ভৃগুকচ্ছ হায়না কৌবা মফমদুদা

বলিনা অশ্বমেধ যজ্ঞ (horse-sacrifice; ceremony attended with the sacrifice of a horse) অমা লিংখৎখি। মদুদা লাকপা মীশিংদা বলিনা অন্নদান (free distribution of rice; giving away of food), ঘিদান, ভূমিদান (grant of land), গোদান (gift of cows) নচিংবা তৌবগা লোয়ননা সনা-লুপানচিংবা কয়াসু দান তৌখি। বলি অসি দান তৌবদা কল্পতরু (wish-yielding tree; very generous person)ওইরে। মসিদা অমুক্তা হেন্না মীগী নাপল কাখি। মসিনা মরম ওইদুনা মানা কনা অমত্তবু উশিংখিদে। তাঞ্জা অসিদনি থীকনেম্বা বামন্না অঙাং ওইবা ব্রহ্মণ অমগী শক্তম লৌরদুনা বলিগী মনাক্তা লাক্কুনা খোঙথাঙ অহুমগী খোঙদাক্ষ নিখিবদু। করিসু লৈতবা য়াম্না পীকপা, ইচম চম্বা পোৎশক অমবু দান ওইনা নিরবা অদুদা মফমদুদা তিল্লম্বশিংদু ফাক ফাক নোকখি অদুগা বলিনসু মতীক চাবা দান নিদে হায়দুনা মথৱায় নুংঙাইখিদে। বলিনা পামজরিবদি পীরিবা দান অদুনা ফংলিবা মী অদুনা নুংঙাইজবদু নত্তে, মহাক দান চাউনা পীবা ঙম্মী হায়বদু উৎনীংবা অসিনি। মসিসু হিংচাবগী লীচৎনি। নিররিবা দান অসিগী মরম খঙলবা গুরু শুক্রচার্য্যনদি নিরিবা দান অদু পীবা য়াদে হায়না কন্না থিংখি। গুরুগী য়াথং অদু বলিনা থওইখিদে। মসিদা মাগী গুরুনা শাউরদুনা মহাক থুনা লৈখা তানবা শাপ তৌখি। খুদক্তা বামন খঙচাউ চাউরক্কুনা খোঙ্গম অমনা মর্ত্য পৃত্থগী মথক্তা নেৎখি। অদুগা খোঙ্গম অমনা স্বর্গদা থাংখি। অহুমসুবা খোঙদাক্ষ লৈত্রবদা বামন্না বলিগী মকোক্তা নেত্তুনা বলিবু পাতালদা নমথখি।

ৱারীদি চমজরবসু বামন জন্মগী নুংগী ওইবা ফজরবা ৱাফম কয়ামরুম লৈ। মপুংদি অফবা থবক তৌরবসু নাপল কাবা তৌরোইদবনি হায়বসিনি। দান য়াম্না তৌবগীদমক বলিবু নমথবা তারগদি কনানা দান তৌনীংগনি ? দান তৌবদা নুংঙাইজবা অমা ৱাখলদা ঋওদুনা নাপল কারোইদববু কনানো ? অদুবু বলিদি মাগী লৈজবা, ধর্মগী মতুং ইন্না তাঞ্জবা লন্না দান তৌবদগী হেন্দোক্কুনা অধর্মগী পাম্বৈনা ফংবা লন্না দান

তৌরগা নাপল কাবসু য়াওরি। বলি অমসুং বামনগী মওং য়েংলগা বামন জন্মগী নুংগী ভাব অসুম্না য়েংবা য়াই। ১। অফ বা থবক্তি, দান তৌবদা হালেংদ্রবনি, মপা লৈত্রবনি হায় হায়দুনসু নাপল কারবা, ঐনা মহেল্লবনি হায়বগী মদনা থুমহৎলবদি মদুনা মীয়ামগী ফত্তবা ওইরকই, মদুবু নমথবা তাবনি; ২। গুরুগী য়াথংবু হেক্তা হিক্তোকপা, থৌওইদবা, নাথৈদুনা চৎলবা, ঐনা তৌরিবসিনা মচুম্মবনি খন্দুনা থবক তৌরবদি অব্বাবা দশা তাই হায়বা তাকই; ৩। ধর্মগী থবক তৌবগী মিংদা দাননচিংবা তৌবা অমরোমদনা ওইদবা পাম্বৈনা শেল অমসুং লন-থুম তানশিনবা অসি অধর্মগী থবক্তি হিংচাবগী লীচৎনি ; ৪। মীনা মরৌ লৈনা চম্না হায়রকপা ব্রাফ ম কয়া লায়না খল্লবদি মদুগী মহয়না খুদোংথীবা ওইবা য়াবা কয়া লৈ হায়বা তাকই; ৫। অঙাংনি হায় হায়দুনসু অঙাং অমনা হায়রকপা অদু অফ- ফত্তা করিগুম্বা খরদি লৈরম্বা য়াই খন্দদুনা হেক্তা তরাই তরাই লৌবা য়াদে, অঙাংনা মৈ থাবা য়ূম মৈ চাক্লোইদবগী মরম লৈতে, অঙাংসু তৌবা গুম্বা থবক কয়া লৈ, থৌরম কয়া পাঙথোকপা গুম্মী। অসিনচিংবা কয়া অসি বামন জন্মগী নুংগী ওইবা ভাবনি।

কলি যুগ অসিদা মীশা চাদবা হিংচাবা য়াম্না লৈরে। অধর্মগী পাম্বৈনা শেল অমদি লন-থুম ময়াম অমা তানশিন্নরি। মীগী হুমাংমন কয়া মত্তুনা নুংঙাইনা লৈথোক্লি। অফবা শাদুনা মশাগী কান্নবা য়েংলগা দানগী মিংদা কখোকশিন্নবসু য়াওরি। অফবা থবক তৌরিবনি হায়দুনা নাপলসু কারি। মাগী মীনা ফত্তবা তৌবা কয়া উশিন্নদে, খঙশিন্নদে, তাশিন্নদে অহোয়নদুম মতেং পাংনরি। মাগী মী নত্তে হায়দুনা অতোপ্পবু ওৎপা য়াবা ওৎনরি। মফম অয়াম্বদা বলিগী বলি ঙাক্তা ঙাইবগুম তৌরি। মপাম্লোংদদি অফবা মাল্লগা মনুংদনা মী ওৎনবা, লৈবাক ব্রানবা অধর্মগী থবক কয়া তৌরি। পূম্নমক অসিবু নমথনবা বামনগী খোঙকম তঙাইফদবা ওইরক্লি। ফত্তবা তৌরিবশিংনা (বলি শারিবশিংনা) বামন অমা লাকপা তারে, লাক্লিঙৈদা অধর্মগী থবকসি থাদোক্লসি ধর্মরোমদা চঙশিল্লসি হায়বগী ব্রাখল খনফ

ম ওইরে। মরম অদুনা কলি যুগতা বামন জন্মবু নীংশিংবগা লোয়ননা অথমগী থবক থাদোক্লুনা মীয়ামগীদমক খন্দুনা থবক পায়খৎপা তঙাইফদ্রে।

*******

# কলি যুগতা জন্মাষ্টমী

*যদা যদা হি ধর্মস্য গ্লানির্ভবতি ভারত।*
*অভ্যুত্থানমধর্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহম॥*

*পরিত্রাণায় সাধূনাং বিনাসায় চ দুষ্কৃতাম।*
*ধর্মসংস্থাপনার্থায় সংভবামি যুগে যুগে॥*

অসুম্মা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী সখা (intimate friend; bosom friend; close associate; boon companion) অর্জুনদা " হে অর্জুন ! ধর্মনা মরায় চায়থরকপা অদুগা অধর্মনা মরায় হায়গৎলকপা মতম অদুদা মফম অদুদা ঐ ইশামক নোংগুম্মী। সাধূশিংবু ঙাক-শেননবগীদমক, ফত্তবা থবক তৌবশিংবু মাঙহন্নবা, ধর্মবু অমুক লিংখৎনবগীদমক ঐনা যুগ যুগ খুদিংদা নোংগুম্মী (অবতার তৌই)।" হায়না তাকপীখিবা শ্রীমদ্ভগবদ গীতাগী মরিগুবা অধ্যায়গী ৭ অমসুং ৮ শুবা শ্লোক্তা ইরিবা অসি য়েংলগা শ্রীকৃষ্ণ অবতারগী নুংগী ওইবা অর্থ খঙবা ঙমনৈ।

দ্বাপর যুগকী মমৈ, থবানগী নিন্দুং (শিথরকপা) ২৩নি পানবা রোহিনী নক্ষত্রদা থানা লৈবা মতম, অহিং নোংয়াইগী মতমদা দেবকীগী গর্ভদগী শ্রীকৃষ্ণ আবির্ভূত (appeared; become manifest; manifested; take birth; descended) ওইখি (ফোঙদোকখি)। শ্রীকৃষ্ণবু লাইনি হায়বগী ভাব থাদোক্লগা শকনাইরবা কনাগুম্বা মহাপুরুষ ওইনা লৌরসি। মহাক্না মীওৎ-মীনৈ কয়াদগী মীওইবা কয়াবু কনবীখি। মীওৎপদা মমিং চৎলবা মথুরাগী কংশ, মগধগী জরাসন্ধ, চেদিগী শিশুপাল, প্রাগয্যোতিসপুরগী নরকাশুর, হস্তিনাপুরগী দুর্য্যোধননচিংবা কয়াবু শ্রীকৃষ্ণমক্না মায়থীবা পীবা নৎত্রগা মায়থীবা পীনবা পোরম শীনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। য়াদবা মতাঙদদি মতম মতমগী ওইবা লানগী পোরমদা মীনম্বা অরানবা কয়াসু শীজিন্নখি। দ্রোণ হাৎনবা যুধিষ্ঠরবু অশ্বত্থামা শিরে হায়জিনহনবা, দুর্য্যোধন শারগা ভীষ্মদগী

পাণ্ডব মশা হাংনবা খুংলায় লৌথোকহনবা, জয়দ্রথ হাংনবা যোগ মায়া (the illusion of the world; the creative power of God; godess Durga) শীজিন্নদুনা নুমিৎ তাবা মালহনবা, আধামরা (আধা - half, মরা - dead; defunct; withered; আধামরা -henpecked husband- মতুনা ওম্বা নুপা) ফদুনা লম্বীদা হকচাং তম্থায় ফুমজিলহনবা পুম্নমক মতম মতমগী ওইবা লানগী পোরমনি, অফবু ওইরবসু ফত্তবু ওইরবসু হেনফদবদগী তৌদবা য়াদবা ওইনা তৌখিবনি। রাশিয়াদা জারগী অওৎ-অনৈদগী কন্ননবা ভি আই লেনিনগী লমজিং মখাদা হৌখিবা ঈহৌনা অওনবা পুরকখিবা, জননেতা ইরাবতনা মণিপুরদা অওৎ-অনৈগী মায়য়োক্তা লেপখিবা, মহাপুরুষ কয়ানা মালেমসিদা অওৎ-অনৈ কয়াবু থেংনখিবা খ্বাইনা খঙনরবনি। অসিগুম্না শ্রীকৃষ্ণসু অওৎ-অনৈ কয়া থেংনখিবনি। লাই থাজবা মীনা মাবু লাইনি হায়না লৌবা য়াই। লাই থাজদবা মীনা মাবু লাইনি হায়না লৌদ্রগসু সমাজ সংস্কার তৌখিবা অওৎ-অনৈ কয়াদগী মীওইবা জাতিবু কনখিবা মহাপুরুষ অমনি হায়না লৌবা য়াই।

ফনা চাউবা তৌবা ওম্বা মীশক অমা ওইজরবসু অথোইবা মহাপুরুষ কয়াদি মশাগী মরাল মশানা য়াজে, ওম্মী হায়দুনা মীওাম্দা মরাল থৈজিদে। শ্রীকৃষ্ণসু মশাগী মরাল মশানা য়াজবা কয়া য়াওখি। ভৃগুমুনিনা মথবক্তা কাওবদা কাওফম থোকপনি হায়দুনা হরাও হরাও নোকচখি। থবাক্তা ভৃগুগী পাদচিহ্ন (foot mark; foot print) থমখি। মচাশিং কায়নরবী, লুখ্রা ওইরবী মমৌশিংগী অল্বাবা উবদা ব্রাজরবী গন্ধারীনা "যদু বংশ তুম্মো, যদুগী মৌশিং লুখ্রাবী ওইরো, দ্বারকা সমুদ্র ঈরোন্নুংদা লূপলো" হায়না অভিশাপ তৌবদা শ্রীকৃষ্ণনা মথবায় শোক্লবী ব্রাজরবী গন্ধারীবু মথবায় নুংঙাইজনবা, মবূক ফাখজনবা অভিশাপ অদু শোয়দবা ওইরসনু হায়না হরাও হরাও য়াজখি। তিন্নরকপা মরূপ মপাঙবু হম্বুনা য়েংদবা, চাউরবনি হায়দুনা মচাবু (হম্বুবা মীবু) উশিংতবগী ব্রাহ্ম লৈতবা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনি হায়বদু মহাক্তা মাগী মরূপ সুদামদা উৎখিবা

থৌওং অদুদগী খঙবা ঙম্মী।

মাগী ভক্তনি হায় হায়দুনসু থৌদোক খুদিংমক্তা চুম্মী লাল্লি য়েংদনা হেক্তা মতেং পাঙবা মীসু নত্তে শ্রীকৃষ্ণদি। নাপল কারক্লবা মতমদদি নাপল অদুবু য়েথেক্লবা হোৎনৈ। দ্রৌপদীবু সভা মাঙদা দুঃশাসন্না ফি মুনবদগী অমসুং দুর্বাসা মুনিদগী কনবীখি হায় হয়দুনসু থৌদোক খুদিংমক্তা দ্রৌপদীবু মতেং পাংদে। দ্রৌপদীগী নাপল থুদোক্ল বা মহাভারতকী বনপর্বদা হৈনৌ পানহনদবগী মতাঙ য়াওরি। লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রবু নাপন থুদেকপগী মতাঙসু লৈরি। সত্যভামানা নাপল কারক্লবা মতমদা মাগী সনা লুপা মণিনচিংবা লৈতেংগী পোৎলমশিংদগীদি শ্রীকৃষ্ণনা হেনবা অদুগা শ্রীকৃষ্ণদগীসু কৃষ্ণনামনা হেল্লি হায়বদু তাক্লবা তুলসী পত্রনা শ্রীকৃষ্ণ মশামক্তগীসু লুম্বা হেনহলদুনা সত্যভামাগী নাপল য়েথেকখি,মাগী ভক্ত উদ্ধবকী মগুণ ৱাংখৎহনখি। মহাক্কী ৱারীদা মপালথোংগী মীৎয়েংগা নুংগী ভাবকা মান্নদবা কয়াসু লৈ। রাস লীলাগী মতাঙ খন্নবা য়াই। মৰা-মপুরোয়বা লৈবী নুপী-নহাশিংগা অহিংদা রাস লীলা শান্নবা অসি পানগী শক্তমদা প্রেম লীলা ওইনা চম্না উহনবতনি, মসি খঙদবা মীনা মাবু থীনা ঙাঙনৈ তুক্কচনৈ। নুংগী ভাবতদি জীবাত্মাগা পরমাত্মাগী লৈনবা মরীনি হায়বদু ভক্তশিংনা খঙই পানগী ওইবা অকাম অপেৎকী ওইনা উবা শক্তম অসি নুংগী ভাবতদি জীবাত্মানা পরমাত্মাদা চঙজবগী ফজত্রবা লুত্রবা অমসুং লুত্রবা ভাবনি। শ্রীকৃষ্ণদি বিষয়ী নত্তে। মঙোন্দা বিষয়ভোগকী ৱাফম লৈতে। শ্রীকৃষ্ণগী মতীক মগুণ থাদুনা লোইবা ঙম্বা নত্তে।

ঐনা মহেল্লে হায়বগী নাপল অসি শ্রীকৃষ্ণনা য়ানীংখিদে। রুক্মিণী,সত্যভামানচিংবা দ্বারকাগী লৈমশিংনা মখোয়দি কৃষ্ণবু নীংজবদা মখোয়না মহেল্লে হায়না নাপল তৌজে। শ্রীকৃষ্ণনা চানবীবসু মখোয়দনা মহেল্লি খঞ্জে। অসিগুম্বা অহংভাব অসিবু মাঙহননবা অমসুং দ্বারকাগী লৈমশিং মখোয়গী নাপল খঙজনবা শ্রীকৃষ্ণনা নাশিন্নদুনা মখোয়গী খোঙজুম (চরণামৃত) থক্লগা ফগনি হায়রকপদা লৈমশিংনা পীবা ঙমখিদবা, মশাগী ওইজবা থীদবা শ্রীকৃষ্ণবু য়াম্না নীংজবী রাধানদি পীবা

ওমখিবা য়াম্না ফজবা, অর্থ য়াম্না ফজবা মতাওনি।

জন্মাষ্টমীগী নুংগী ওইবা ফ জবা কয়ামরুম লৈ। লাই থাজবা থাজদবা অনীমক্না জন্মাষ্টমীগী মরম মুন্না খঙফম থোকই। কৈশুমশঙদা, নোংয়াইদা, নোং তাবা অহিংদা, তুরেলদা ঈহৌবা নুমিংতা পোকখিবা শ্রীকৃষ্ণ, পোকপদগী হৌনা খুদোংচাদবা খুদোংথীবা কয়ামরুম মায়োক্ন খি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা য়েক্নবা কয়াগা থেংনবা হৌরকখি। মীওইনবু পোক্নবদি য়েক্নবা খুদোংথীবা কয়াগা মায়োক্নবা তাই, থেংনবা তাই হায়বা অসিসু জন্মাষ্টমীগী নুংগী ওইবা ভাবনি। কলি যুগঅসিদা ফত্তবা মীগী মশীং অসি অসুক্কী মতীক হেনগৎলক্লি, মীওই কয়াবু মীওই খৃজোক খরনা ওৎলি, অশোনবা, মশীং য়ামজদ্রবা কয়াবু মশীং য়ান্নবা অকনবশিংনা ওৎলি, খৃৎলাই পায়দবা কয়াবু অপায়বনা ওৎলি। মীওৎপা মশীং হেনগৎলক্লি। মখোয়বু নমথনবা কৃষ্ণ অমা তঙাইফদ্রে। শ্রীকৃষ্ণ মীশক ওইনা লাক্লবসু মহাক মিং ওইনদি লৈরে। মহাক্তি পরমব্রহ্মনি মহাক্কী নামগা মশাগা খেননবা লৈতে। "হরে কৃষ্ণ" হায়বসিমক শ্রীকৃষ্ণমক্লি। নাম অসি শোন্দুনা মীওৎ-মীনৈদগী নানথোক্লবা হোৎনবা মথৌ তারক্লি। কলি যুগ অসিদা জন্মাষ্টমীগী থাক ৱাংনা থাংগৎফম থোকই।

হরিওম তৎ সৎ

*******

# জগৎকী মপু জগন্নাথ, জগৎকী মরূপ জগবন্ধু

জগন্নাথ জগৎকী মবুংঙোনি,মপুনি; জগবন্ধু জগৎকী জীব পূম্ন মক্কী মরূপ্নি। অশেংবা মবুংঙোনি, মপুনি, অশেংবা মরূপ্নি। অশেংবা মপু অমনা, অশেংবা মবুংঙো অমনা মাগী ভক্তশিংদা অচান-মীরায় নাইদে, চপ মান্নবা মীৎয়েংদা য়েংই। মসিনা অচৌবনি, মসিনা হন্থবা জাৎনি হায়বগী খেন্নবা থমদে। অশেংবা মরূপসু অসি মগুায়। অশেংবা মরূপ অমনা অশেংবা মরূপ অমগী মফমদা অশেংবা থম্মোয় থম্মী, লাম্থোকই। মপুনিদি হায়রগা মনাইশিংবু (ভক্তশিংবু) শেংই মাংই, অচৌবনি, মচানি খায়দোক্লবদি অশেংবা মপু ওইফম থোক্তে। মতৌ অসুম্না মরূপনিদি হায়রগা শোক্ল-পন্না য়াই য়াদে, মাংই শেংই হায়বগী বাফম পুশিল্লক্লবদি অশেংবা মরূপ নত্তে। অচৌবনি মচানি, জাৎ অদুনা শেংই, জাৎ অদুনা মাংই, শোক্ল-পন্না য়াই য়াদে হায়বা বাফম অসি জগন্নাথ (জগবন্ধু) কী মফমদা লৈতে। ইবুংঙো মাদি জগৎ জীবগী অশেংবা মপুনি, অশেংবা মরূপ্নি।

রথ যাত্রাদা শ্রীক্ষেত্রদা ইঙেলগী নীনি পানবদা তোঙান তোঙানবা রথ অহুমদা জগন্নাথ, বলভদ্র অমসুং সুভদ্রাগী মূর্তি অহুম মাগী মাগী রথতা লেঙশিন্দুনা রথ যাত্রাগী থৌরম (মণিপুরদা কাং চিংবা হায়না খঙনবা) অসি পাঙথোকই। মফমসিদা পাঙথোকপগী মতৌ তমদুনা মালেমগী মফম কয়াদা পাঙথোক্লরক্লি। মণিপুরদা কাংচিংবা হায়না রথ যাত্রাগী থৌরম পাঙথোক্লিবা অসি জগন্নাথ পুরী (ক্ষেত্র) দগী মতৌ তম্বনি। মসি বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী য়াম্না চাউরবা ধর্মগা মরী লৈনবা থৌরম অমনি। মূর্তিশিং অসিনা লেঙশিল্লিবা রথকী অপূনবা শক্তম অসি মালেমগী জড়জীব (জড় - lifeless; inanimate; জীব - life; creature; organism; soul) পূম্নমক্কী হকচাংনি হায়না লৌই। জাৎ-বিজাৎ, ধর্ম-বিধর্ম হায়বা লৈতনা রথতা লেঙশিল্লিবা মূর্তিশিং অমদি রথশিং অসি কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমনা খূৎনা শোকপা য়াই। মসিনা শ্রীজগবন্ধু (জগন্নাথ) কী মফ মদদি

শোক্ল-পন্না য়াদবগী চৎনবী লৈতে হায়বা তাকই। মূর্তিগী ৱাফমদদা নত্তে, মন্দিরগী মতাঙ্গদসুনি। জগন্নথকী মন্দিরদা শোক্ল-পন্না য়াদবগী থাজনবী লৈতে।

রথ যাত্রাদা পুরীদা জগন্নাথনা লেঙবসি নীলাচলদগী গুণ্ডিচা মন্দির ফাওবনি। পুরী থামদা শ্রীজগন্নাথ দেবগী মন্দির লৈরিবা মফম অদুবু নীলাচল হায়না খঙনৈ। অদুগা জগন্নাথগী রথ থুংফম মফম অদুবু সুন্দারচল কৌই। মফমদুদা ইবুংঙোনা লেঙশিনফম অদুবুনি গুণ্ডিচা মন্দির হায়রিবসি। ইবুঙোনা লেঙবসিদা ময়ামবুং বলভদ্র অমসুং মচল ইবেম্মা সুভদ্রা লোয়নৈ। শ্রীলক্ষ্মী দেবীদি গোপীশিংগী মফমদা নপচ-তাংজবা পাম্বা লৈতে খঙবদগী শ্রীজগন্নাথনা রথ যাত্রা লেঙবদা পুদে। য়াম্না থুনা হল্লক্কনি হায়না থেমজিনদুনা থনল্লগা লেঙই। হন্দক ইবুংঙোনা লেঙলিবসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন্দা লেঙবনি। বৃন্দাবন হায়বা মফম অসিদি মাধুর্য্য (mild-ness; sweetness; gracefuless) গী মফমনি। ইবেম্মা লক্ষ্মীদি ঐশ্বর্য্য (wealth; riches; pomp; authority;supremacy; opulence) গী শক্তমনি। মরম অদুনা ভগবান্না লক্ষ্মীবু হুন্দোকপীরম্বনি। অদুবু লক্ষ্মী দেবীদি মরোল অহুমগী লন-থুমগী মবেম্মনি। মহাকপু মীরায়রবদি অৱাবা ফংগদৌরিবনি। অদুনা ইবেম্মা মাবুসু তাইবঙ মীওইবনা পূজা তৌনরিবনি। শগোলসেন নুমিৎতা লক্ষ্মীবু পূজা তৌজরবদি ইবেম্মনা পেনবী,থৌজালবী হায়না থাজনৈ। নুমিৎ অসিদা নোংমা মাবু পূজা তৌজবী, শোক্ল-পন্না য়াদবী নুপী অমগী মখূৎ লক্ষ্মী দেবীনা চারুবগীদমক মতৈ ইবুংঙো বলভদ্রনা য়াম্না শাউখি। ইম্বোক্তুনা ইবেম্মগী খূৎ চাখিদে। অমরোমদনা ইবেম্মা লুহোংলকপা মতমদা, কনাগুম্বনা শগোলসেন নুমিৎতা ইবেম্মবু পূজা তৌরবদি ইবেম্মনা লৌবদা বেরা বেরী লৈনদবা হায়বা ৱাফম অমা শ্রীজগন্নাথনা য়াখি। অদুনা লক্ষ্মীনা নুমিৎ অদুদা মাবু পূজা তৌজবী অদুগী খূৎ চাখিবনি। বলভদ্রনা শাউবদুদা ইবেম্মনা ৱারৌদুনা চৎখ্রে। মহাক চৎখিবদগী জগন্নাথ, বলভদ্র চানীংঙাই থকনীংঙাই লৈশিল্লক্রে। মমৈথংদা মশাগী মরাল খঙলক্তুনা বলভদ্রনা ইবেম্মগী খূৎ চাখি। মদুদগী

ওইরবা মতুংদা মহাক্কী হকচাং অদু সংস্কারগীদমক পাণ্ডবশিংগা শাবর (জরাগী শাগে) শিংগা মুন্নখি। অর্জুনগা জরাগনা খৎনবদু তাইশিন্নবা থাপলবা নোংপোক্কী সমুদ্র খোঙবান্দা পুদুনা পোৎলোইখি। শাবরশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী পোশাক্কী নৈতেং ওইরিবা ইন্দ্রনীলমণি অদু পায়শিনখি। মখোয়না মণি অসিবু নীলমাধব হায়না থোন্দুনা মবুংঙোমক্কি খন্দুনা যাম্না কুইনা পূজা তৌর্জখি। চৈথক অসিদা মৈদ তুন্ম্ন হানবা যাদ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং অদু দেবসভাগী আকাশ বাণীগী মতুংইন্না সমুদ্রদা থাদবদা দারু ওইনা সমুদ্রদা কোইতাও তাউদুনা লৈখি। জবা শবরগী লচান্নপা বিশ্ববসুনা মপা লৈরবদসু আদিবাসীগী হৌচম চন্না মঙংদা লৈরোমনা ফংজবা দারুবু পূজা তৌজখি। মমৈথংদা নিংথৌ ইন্দ্রদ্যুম্ননা দারু অসিবু ফংজদুনা বিশ্বকর্মগী মতেংনা জগন্নাথ, বলভদ্র অমসুং সুভদ্রাগী মূর্তিশিং শাখি (শাবা লোইদ্রবগুদা নিংথৌনা যেৎপুবদগী মূর্তিশিং অসি লোইশিন্দবা ওইনা লৈবনি)। দারু (wood, timber) বু কৃষ্ণগী অংখাং চান্নবা দেহ অদুনি অদুগা দ্বাপরগী শ্রীকৃষ্ণ অদুমক কলিযুগকী জগন্নাথ আসমকনি লৌনৈ।

জগবন্ধু, বলভদ্র অমসুং সুভদ্রাগী ওইথিবা শক্তম শকওং অসিগী মতাংদা মমাওবৈগী ব্রাবী অমা নার্শিংবা যাই। নোংমা নন্দগী শঙগাগী মনুং ইচন চনবা কাদা বৃন্দানা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী থৃপলবা নুংগী নানবা, ফজখ্রবা অমসুং লুববা লীলাগী ব্রাবী কয়া লীবর্মী। লীলাগী ব্রাবী তারিবাশিংনা নুপী ভাক্তনি নুপ অমত্তা পাওদে কনাগুম্বা নুপা অমত্তা চঙহল্লকপা যাদে হাযদুনা সুভদ্রাবু থোঙ শঙহল্লে। ব্রাবী অসুম অসুম লীবকপদা বৃন্দাবনগী লীলা অমসুং গোপীশিংগী মতীক মগুণ কথামুক লৈবগে হায়বগী মতাং যৌরকই। অসিগুম্বা মতাং যৌরকপা অসিদা বলরাম অমসুং শ্রীকৃষ্ণ মফমদুদা থুংলবে। মখোয়না ইমুং চঙগে তৌবদা সুভদ্রানা থিংখি। ইমুংদা লীনবিবা ব্রাবী অদুদি মপান্দা তাথ। ব্রাবীগী মতাংনা মহাভাব অমসুং স্বাত্ত্বিক বিকারগী মখল ৮ যৌবকপা অদুব্রাইনি। মনুংদা ঙাঙন শক্ল রিবা অমদি লীরিবা ব্রাবী অদু তাবদা মপান্দা সুভদ্রা অমসুং মবুং অনী: বলরাম অমসুং কৃষ্ণ মখোয় অহুম পূমশুম শুমহৎখ্রে। মখোয় অহুমগী

শকওং শাদাদা অহোংবা কয়া লাকখ্রে। ৱারী তানা তানা মখোয়গী মখোঙ মখূৎ অসুম অসুম পিকশিল্লকখি। ভক্তিগী ওইবা ৱাকম কয়ামকুম তাবদদি ওকখিবনা মখোয়গী মমীৎশিং অদু অসুম অসুম লাওখোরক্লে। মখা তানা নাবী তাবকপদা নাধাগী মহিমাগী মতাং তাবা মতমদদি মখোয়গী শকওং শাদাদা অবযব্ (limb; body; form; figure: image) - মূর্তিদা অহোংবা লাকপগী পচ্ছো যৌখি। অতকপগী মশক ওইখি। মমাংবা থাক্কী ওবনা লাকহৎত্তুনা মখোয়গী মমীৎ লেপ্তখোবকপা অমসুং মখোঙ মখূৎকী মওং কানবকপা, সুভদ্রানা মথাদদা নাক লেৎতা কৃষ্ণ অমসুং বলরামনা লৈবা মতাং অদুদা নাবদা মূনি যৌবকখি: নাবদগী মমীৎতা অসি গুন্দা শকল মসি উবদা মহাক্কী থম্মোয শুমহৎখি। অসি গুম্বা মূর্তিশিং অসি কলি যুগতা মাযামদা উহনবা ফংবা শীনবীনবা মখোয অহুমগী মফমদা নাবদনা থক্কমজদুনা নিঙখি। নাবদনা হাযজবা অসি তাবীবদুনা অমসুং হবাও হবাও ওীনদুনা কলি যুগতা নীলাচল (পুরী) দা ওইনবা মূর্তিগী শকওং অহুম অসি মাযাম্না উবা ফংগানি হাযনা তাকপীখি। অতোপ্পা অমনা লোংমা শ্রীকৃষ্ণ, বলবাম অমসুং সুভদ্রা মীযামগা লোযননা প্রভাসতা ব্রজবাসিশিং উনবা চৎলে। শ্রীমতী রাধিকা অমসুং অতে গোপ গোপীশিংগী হকচিনবা প্রেম ভক্তি উদাদা শুম্মৎখিবদগা মখোযগী থম্মোয খুদুম চনখি, তু চুংখ, হুংখংনখি, হকচাং পঙথাখি। মখোযগী খোঙ খূৎ থেঙ্গুগুম চিংশিনখি, মীৎ লাওথোবকখি। কৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গ, বলবাম অমসুং সুভদ্রাগী দেহ অংকপা বিকাব লাকখি। জগবন্ধু, বলভদ্রা অমসুং সুভদ্রাগী শগুম অসি মসুম্না ওইখি।

জগৎকী মপু জগন্নাথ, জগৎকী মরূপ জগবন্ধুগী মফমদা জাতি বিজাতি, আর্য অনার্য, ধর্ম বিধর্মগী খেন্নবা ফবিসু লৈতে সমুদ্রদা তাউদুনা লৈবা দাক লৌখৎপগী (চিংখৎপগী) মতাংদসু অমুক য়েংশিনবা যাই। জরা (শাদানবা) গী তেন্না পাল্লবা শ্রীকৃষ্ণগী দেহ অদুগী মৈনা লোইনা চাকপা ওমদ্রিবা তুমহৌদ্রবা শ্রীদেহ অদু দারু ওইনা সমদ্রদা কোইতাউ তাউরম্মী। মতুং কায়নথংদা সমদ্রদগী মীয়াম হৌদুনা লৌখৎপা ওমদ্রবদা শ্রীকৃষ্ণমক্কী

জোহনগী শবরগী দারু অদু লৌখৎনবা শ্রীকৃষ্ণনা ইন্দ্রদ্যুম্ন নিংথৌগী মমাঙদা জন্না শবরগা বাসু ব্রাহ্মণগা অনী পূন্না থাদুনা লৌখৎনবা তাকপিখি। মতুংতা অসি ইন্দ্রদ্যুম্ন নিংথৌনা জন্না অমসুং বাসু অনীদা লৌখৎনবা য়াথং পীখি। মখোয় অনীনা দারু অদু সমুদ্রদগী লৌখৎপা ঙমখি। মী লিশীং লিশীং হৌদুনা চিংখৎপা ঙমদ্রবা দারু অদু সত্যতা য়ায়বা মীওই অনী হায়বদি আর্য্য অমসুং অনার্য্যগী মীওই অনীখক্তনা ইরায় লায়না ঙমখিবসি য়াম্না ফজনীংঙাইহনি। মসিনা তাকপদি জগন্নাথ (জগবন্ধু) গী মফমদা আর্য্য অনার্য্য হায়বা কাওলুপ খেন্নবগী বাকম লৈতে, পূম্নমক অমত্তনি হায়বসিনি।

শাবরশিংনা পুরীগী মন্দিরগী মনুংদা লৈবা মূর্তিশিং অসিবু পূজা তৌবগী অচৌবা থৌদাং অমা য়াই। পুরীগী মন্দির অসি আর্য্য অমসুং অনার্য্য অনী তিনশিন্নবগী য়াম্না ফজন্নবা খুদমনি। আর্য্যশিংনা মখোয়না মহেক্লে চাউথোকচবা, অনার্য্যশিংনা মখোয় তোঙ্বা কাওলূপনি খনবা অদু থাদোক্লদুনা অমত্তা ওইনা মান্নবা, পূম্নমক মরূপ-মপাং ওইমিন্নবনি।

অদুঙৈ শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদা লৈরিঙৈদা নোংমা ইবুংঙো মহাক ময়াম্বুং বলরাম অমসুং মচল সুভদ্রাগা লোয়ননা দ্বারকাদগী তীর্থস্থান লেঙই। মসিগী উদ্দেশ্যদি মপাম্বোংদা মতম কুইনা কায়নরবা ইবুংঙোগী মাধুর্য্য লীলা শান্নফম বৃন্দাবনগী পাপ চেন্দ্রবা গোপ-গোপীশিংবু উননবগী খুদোংচাবা পীনবীবনি। রথ যাত্রাদসু জগবন্ধু নীলাচলদগী সুন্দরাচল তাম্না লেঙই। *নীলাচলনা শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্য লীলা শান্নফম ফারকা অমনি। সুন্দরাচলনা মাধুর্য্য লীলা শান্নফম বৃন্দাবনগী মশক্তি। ব্রজ গোপীশিংনা পামজবদি শ্রীকৃষ্ণ মবুংঙোবু বৃন্দাবন্দা পুন্নদা হান্নগী মতৌওম্না ইবুংঙোগা লোয়ননা মাধুর্য্য লীলা শান্নজবনি।* অদুনা নীলাচলগী শ্রীরথ যাত্রা শ্রীকৃষ্ণবু বৃন্দাবন্দা পুদুনা চৎপগী কুম্মে উৎপনি। জগন্নাথ জগৎকী মবুংঙোনি, মপুনি; জগবন্ধু জগৎকী জীব পূম্নমক্কী মরূপনি। চিংবনি ইবুংঙো মাবু মাগী ভক্তশিংগী প্রেমগী থৌরীনা। য়েংবীবনি জগৎ পূম্নবু মাগী কোইরাওনয়বা মীৎসনা থম্বাললা।

# মতেক মতেক থুদেকপা মাদবা রাধাগী প্রেম

শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা রাধাগী প্রেমগী মহিমা খোইদোক হেন্নে দাকই, চাংদম্লনীংঙাই লৈতে। রাধাগী অশ্লোবা প্রেমগী খুদম মতেক মতেক নত্তে হায়বসি শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজলীলাদা মুরলী হরণগী মতাংদা খঙবা ঙম্মী। মুরলী হরণগী মতাঙ পারগা তারগা থন্ন-লৈনরগা শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীগী মতীক মগুণ খঙবা ঙম্বগা লোয়ননা রাধাগী প্রেমসু মতেক মতেক ওইবা য়াবা নত্তবা মপূম্বি হায়বা নুংগী ভাব খঙবা ঙমনৈ। শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগী মফমদা মাগী বাঁশীদুগী মহিমা খঙহল্লি। বাঁশীদু খোংদুনা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজগী ষণবী মন্নাউ পূম্বা খোমজীল্লি। বাঁশীদুগী মিরবা খোঞ্জেল্না গোপীশিংগী থম্মোয়দা নুংশিবা অমসুং নুংঙাইবা ফাওহল্লি। অদুগা লৈরিবা থৱায় পানবা পান্দবা জীব পূম্নমক্কী পূক্লিংবুসু পেনহল্লিবনি। বাঁশীগী খোঞ্জেন অদুনা ব্রজগোপীশিংগুম্না থম্মোয় শেংলবা ভক্তশিংগী মফমদা মখোয়গী অথুম্না থম্মোয়দা আত্মাগা মরী লৈনবা ঈশে ওইনা তাহল্লি, নুংঙাইবা ফংহল্লি। খঙবা ঙাংলবা ভক্ত কয়াবু বাঁশী খোংদুনা ষণ খোম্বগুম শ্রীকৃষ্ণনা বাঁশী খোঞ্জেন তাহন্দুনা খোমজিল্লি। ভক্ত কয়াগী থম্মোয়বু শেংদোকপীরবা তুংদা মাইনা ঙক্না লৌনরিবা সাকার নংত্রগা নিরাকার ব্রহ্মদা চঙশিলহল্লি। থম্মোয় কল্লবা তামষিক পূকচেল চেনবা আত্মাগী মপূক্লিংদু শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীগী ঈশৈ, নাম, গুণ অমসুং লীলা তারগসু মপূক্লিং শেংহল্লি থম্মোয় নৌহল্লি। কনাগুম্বা ভক্ত অমনা শ্রীকৃষ্ণগী চীন্দগী থোরকপা থুম্লবা অমৃতবু থকচনীংলবদি (মহাও খঙনীংলবদি) মী অদুগী থম্মোয়দা মশাদা অহঙ্কারগী মরীক অমত্তা লৈহন্দনা পূমহাঙ হাঙনা লৈগদবনি। বাঁশীগী মশাগী মনুং ইহাঙ হাঙবগুম ভক্তদুগী থম্মোয়দু হাঙলবদি শ্রীকৃষ্ণগী চীনবান মনাক্তা থমদুনা খোংলিবা বাঁশীগী ঈশৈনা হাঙলিবা থম্মোয়দু থলহল্লি। বাঁশী খোঞ্জেনগী সুরগা ভগবানগা অমত্তা ওইনা তিল্লবা মতমদা দৃঢ়ভাব মাঙলকই। পরাভক্তিগী থাক য়ৌরক্নুনা ভক্ত মশামক ঈশ্বরগা অমত্তনি হায়বগী

য়াথলগী থাক য়ৌরকই। বাঁশীগী মতীক মগুণ হায়বগা লোয়ননা ভক্ত অদুবুসু মশাদা অহঙ্কারগী মরীক অমত্তা লৈহল্লোইদবনি হায়বা য়াথম অসি শ্রীকৃষ্ণনা রাধাদা হায়বীখি। শ্রীকৃষ্ণগী চীন্দগী থোরকপা অমৃতবু থকচনীংবা মহাও খঙনীংবা অমদি মশাদা অহঙ্কারগী মরীক অমত্তা য়াওদবা ভক্ত অদুদি রাধানি। অদুনা রাধাগী প্রেম মতেক মতেক থুদেকপা য়াবা নত্তে। মসিগী লারবা খূদম মুরলী হরণদগী খঙবা ঙম্মী।

রাধাগী প্রেমদি খণ্ড-শঃ (in pieces; piecemeal; piece by piece) হায়বদি মতেক মতেক ওইহনবা য়াবা নত্তে, অখণ্ড (unbroken; entire; whole; integral; undisputed) নি হায়বদি মতেক মতেক থুদেকপা য়াদবা মপূম্নি। অতৈ অতৈগী প্রেমদগী রাধাগী প্রেম্না থোইদোক হেন্দোকই, অথোইবনি। ব্রজগোপীশিং লোইনমক শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা প্রেম লৈ। অদুম ওইনমক মথোয়গী প্রেমগা রাধাগীগা লান্না পানবদি য়াবা নত্তে। অতৈ অতৈ সখীশিংগী প্রেমদি সখণ্ডনি অদুগা রাধাগী পেম্না অখণ্ড প্রেমনি হায়বদি পূর্ণপ্রেমনি। শ্রীকৃষ্ণগী রাসলীলাদা মুরলী হরণ (মুরলী-flute; হরণ- stealing; theft; robbing) গী মতাঙদা রাধাগী প্রেম্না হেঞ্জিনমনখিবনা মাগী (রাধাগী) খৃৎতা তারুরবা বাঁশী মতেক ঋাওবা মতেক ওইনা লৈবা য়াখিদে, মপূম ওইখি। মতেক মতেক থুদেকখ্রবা মখূল অমত্তা ঙাইরবা বাঁশীগী মতেক অদুনা রাধাগী খৃৎতা হেক য়ৌবদা বাঁশী অদু হান্নগী মওংদা (রুদ্রতরুক্কী মপৃংঋবা মওংদা) ওস্লোকখি। মুরলী হরণ (বাঁশী হূরানবা) গী ৠারীদগী শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীগী মতীক মগুণ অমসুং রাধাগী প্রেমগী মহিমা খঙবা ঙম্মী।

বাঁশী অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী খ্বাইদগী হেন্না পামজবা যন্ত্রনি। রাসলীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী বাঁশীগা শাগোম্নদুনতা লৈ। বাঁশীগী থোঞ্জেন তাবদা ব্রজগোপীশিং, ষণবী-ষন্নাওশিং মথোয়গী দেহ-জ্ঞান (মশাগী জ্ঞান) হেক হেক মাঙই। মথোয়না মথোয়গী মশাদু দেহ-ধারী ( having a body; corpored; bodied) নি হায়বা ঋাওবা কাউই। বাঁশী থোঞ্জেন তম্না চেনশিল্লি। যমুনা মপান্দা ব্রজগোপীশিংবু শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন

(ভজবা) হৃৎনবগীদমক মখোয়গী থম্মোয়বু য়োংচাবীনা য়োং চিংবগুম চিংবদু বাঁশীগী মিরবা খোঞ্জেন অসিননি। শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীগী মিরবা দিব্যসুর (divine musical voice, note and tone) অদুদি থোইদোক হেন্দোক্লবা মিত্রংগুল্লবা থম্মোয় শুমহৎনবগী মশক্তি। বাঁশী অসিগী য়াম্ন া ওক্লবা শক্তি লৈ। বাঁশীগী নুংশিরবা খোঞ্জেন তাবদা ব্রজগোপীশিং হেক্তা থম্মোয় শুষ্কৎলি। ভূৎনা পুবগুম হেক্তা ঙাওই। বাঁশীগী খোঞ্জেন তম্না চেনশিল্লি। তাইবঙগা মখোয়গা লৈনবা মরী পূমকাউ কাউই; মখোয় মশানা মশাবু কাউই। মখোয়গী থম্মোয় শুদ্ধ প্রেম্না পূমথল থল্লি, নুংঙাইবা হরাওবগী ঈথক-ঈপোম্না পূমঙাও ঙাওই। পূমনৌ নৌবা তাইবঙগী ৱাংমদা লৈবা নুংঙাইবগী পুন্সি অমদা চঙলকপগুম খঞ্জে।

বাঁশী খোঞ্জেন তাবদা গোপীশিং খাঙদুনা লৈবা ঙমদে। তাইবঙপান অসি মখোয়দা করিসু ওইদবা ওইনা খল্লকই। বাঁশীগী ঈশৈনা মখোয়গী থম্মোয়বু ওৎলরবদা মশানা মশাবু পূমকাউ কাউই। ময়ূম থাদোকতুনা বাঁশী খোঞ্জেন তান্না চেল্লি মদুদা ইকায়বা লৈতে, অকিবা ঋাওদে। কয়াদা কনশ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীগী মগুণনো ! চীংদগী চেম্বুরকপা ঈচেল কনানা থিংবীগনি ? অসুম্না শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীগী খোঞ্জেন্না ব্রজগোপীশিংবু থোইদোক হেন্দোক্না রাধাবু " রাধা রাধা " হায়না খৌরকপদা ব্রজগোপীশিং অমদি রাধানা করম্না খাঙদুনা লৈবা ঙমগনি ব্রজগোপীশিংদি লায়রদনা কোয়চৎ চৎলম্বা অমদি শজিক চারম্বা ষণবী-যন্নাওশিং, অতিয়াদা পাইরম্বা উচেকশিং ফাওবা বাঁশী খোঞ্জেন তাবদা পূক্লিং শুষ্কৎখিদুনা মশানা মশাবু কাউদুনা বাঁশী খোঞ্জেন তান্না চেনশিল্লিবনি। বাঁশীগী মরীদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হেক হেক " ঐগী দেহগা থরায়গা কায়নবা য়াই তৌইগুম্বসুং বাঁশীগা কায়নবদি ঙমলোই " হায়বা মতাঙ য়াওরিবনি। শ্রীকৃষ্ণনা ৱাফ মসি হায়বদা ঙক্লীংঙাই লৈতে।

শ্রীকৃষ্ণনা বাঁশীবু অসুক্কী মতীক লুনা নীংই, অসুক্কী মতীক চেকশিন্না থম্মী। মদু উবদা রাধা অমসুং ব্রজ গোপীশিংনা বাঁশীদু হূরানসি

অদুগা মতেক মতেক খুদেক্সি লেপ্লখি। মখোয় পুম্নমকপু ঙাওহল্লিবা, খস্মোয় শুপ্পৎহল্লিবা অদু বাঁশীদুননি। বাঁশীদু মরায়বক ফ মনখিবনা শ্রীকৃষ্ণগী মুখ (চীনবান) বু তত্তনা শোকচবা ফংই, মখোয়দি (গোপীশিংদি) বাঁশীনা ফংবদু ফংজবা ঙমদে হায়না খনখি। অসুম্না বাঁশীগী মরায়বকপু কল্লকপদগী মখোয়না বাঁশীদুবু হূরানসি হায়না চপ যুংনা লেপ্লখি।

মহৌশাগুম নোংমা শ্রীকৃষ্ণ গোপীশিংগা রাসলীলা শান্নে। মদুদা শ্রীকৃষ্ণ ব্রাবদুনা মশা ইচোক চোকথবগুম উখি। গোপীশিংনা মবুংঙোদা ঙাইহাকতং পোথাবীয়ু হায়জখি। ফি থাদুনা লৈগী শয্যা শেন্নগা শ্রীকৃষ্ণবু পোথাহনখি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি অর্ন্তযামী ( one who is competent to know other's mind; God who knows all that passes in our mind ) নিনা গোপীশিংনা খল্লিবা ব্রাখলদু উবা ঙম্মী খঙই। অদুবু ভগবান মহাকসু কুমহে য়েংনীংদুনা নুংঙাইনা তূমখুল হন্দুনা তূমশিন্নখি। ললিতা, বিশাখা, নির্মালানচিংবা সখীশিংগী মতেং লৌদুনা রাধানা তূপ্লিবা শ্রীকৃষ্ণগী মখুৎতগী বাঁশী অদু লোম্না তপ্না চঙদুনা লৌথোক্লগা উখা অমদা লোৎতুনা থমখি। গোপীশিং জগোই শাদুনা ঈশৈ শক্তুনা ইবাঙ লাঙশিন্নদুনা লৈখি। রাধাদি মফম অদু থাদোক্তুনা চৎখি। ঙাইহাক লৈরগা শ্রীকৃষ্ণ মিকপ থোরকলে। হাকম চল্ল-চল্লদুনা অমদি মমীৎ নোইর-নোইরদুনা হৈগৎলকখি। অদুবু মাগী বাঁশীদি লৈরমদ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা গোপী খুদিংমক্তা মাগী বাঁশীদু উব্রা খঙব্রা হংবদা কনা অমত্তনা খঙই উই হায়না খুমখিদে। ললিতাদা হংলুবদা " ইবুংঙো ! ঐ খঙজদে, ঐনা বাঁশীদুবু কদায়দা লৈবগে খঙলবদবু ইবুংঙোদা করিগী তাকথোকলোইদগে " হায়খি। বিশাখাদা হংলুবদনা মাদি সস্ত্রি নত্তে, বাঁশীগী মবমদা করিসু খঙদে, মঙোন্দা শিন্নবস্বসু নত্তনা হংবীরিবদুবু কবিগীনো নোকতুম নোকচনীংস্রে হায়না খুমখি। নির্মালাদা হংবদদি মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ চাননা ঙাওন্নে, ঙসাই বাঁশী পুরকপা উদে, খুৎশা ইহাঙ হাঙনা লাকপা মহাক তশেংনা উহৌই হায়বগা লোয়ননা তূম্নুবা অদুদা মঙদা বাঁশী উরম্না ওইরমগনি হায়খি।

অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা গোপী খুদিংদা হংবদা কনা অমত্তনা খঙই উই হায়খিদে।

মতমদুদা মক্কদুদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধা উবা ফংখিদে। গোপীশিংদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধা কদায়দা চৎব্রে হংবদা নির্মালানা " ঐখোয়গা খঙজলাকচদে, রাধাদি ঙসি লাক্তমাল্লে " হায়বগা লোয়ননা " ইবেম্মা রাধাদি ইবুংঙোগা অসুক্কী মতীক নকশিন্নবনি, মশা অমত্তনি হায়নরিবনি, সুকথা থাদোক্লদবনি, রাধা কদায়দা চৎপ্রবগে হায়বদুদি ইবুংঙো নহাক্তনা খঙ্ক ম থোকই " হায়খি। শ্রীকৃষ্ণনা ঈশৈ শক্লা শক্লা রাধাবু থিরকপদা রাধানা লৈ-শু অমদি উরী-বারীনা য়োমশিল্লবা উপাল্বী অমগী মখাদা লৈরম্লদু থেংনখি। রাধাগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা মাবু থিরকপা অমসুং বাঁশীগী বা হংবদা রাধানা করি অমত্তা নাচুংদনা বা মতেক অদু লৌরগা করি কান্নগদৌরিবনো খুম্নকখি। মদুদা শ্রীকৃষ্ণনা " রাধে নঙসে ঐগী থবায়নি, ঐগী বাঁশীদো অচম্বা বা মতেক নত্তে ঐগী থম্মায়মক্তা মান্ননা নুংশিজবনি বাঁশী য়াওব্রবদি ঐগী পূক্লিংসে শান্তি লৈতে " হায়রকপদা রাধানা বাঁশীদুবু অদুক য়াম্না নুংশিরবদি ঙাকশেন্দুনা থমফম থোকত্রা নংত্রগা মঙোন্দা বাঁশীদু শেন্নদুনা লৈয়ু হায়ফম থোকত্রা হায়না খুমখি। শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগী মফমদা বাঁশীগী মতীক মগুণ তাকপগালোয়ননা " বাঁশীগী মশাগী মনুং হাঙবগুম ভক্তগী থম্মোয়দু হাঙলবদি ঐগী চীনবান মনাক্তা থমদুনা খোংলিবা বাঁশীগী ঈশৈনা হাঙলিবা থম্মোয়দু থলহনগনি " হায়খি। শ্রীকৃষ্ণনা মখা তানা রাধাদা মাগী বাঁশীদো পীবীরো হায়বদা রাধানা খঙই কৌবদা মহায়দ্রবদা মখোয় (ব্রজ গোপীশিং) নীংঙমদবা লাক্তনি হায়রম্লগা শ্রীকৃষ্ণ ঈশৈ শক্লা শক্লা রাধাবু থাদোকলমদুনা চৎখি।

শ্রীকৃষ্ণ চৎপ্রবদা রাধানা মাগী সখীশিং অমদি গোপীশিংগা লোয়ননা ময়াম চঙদুনা বাঁশীদু থুদেকখি। মখোয়না বাঁশীদুনা মখোয়গী থম্মোয়বু ইঙাও ঙাওহল্লি, পূমগুম শুক্কাৎলি হেক্তা থুদেক্লগা লোইরে খনখি। অদুবু অঙকপদি মখোয়না বাঁশীদুবু মতেক মতেক থুদেকপদা মতেক খুদিংমক্তা ফন ফন চোংদুনা জগোই শাখি, ঈশৈ শকখি। বাঁশী মতেকশিং অদুগী শান্নফম লৈকোল অমা লৈখি। মদুদা মফম খুদিং

বাঁশীগী বাঁশী ওাক্রা ওায়খি। তৌরিবা মওং অদু উবদা রাধা অমসুং গোপীশিং লোইনমক ওক্লখি। অকিবা ঋওনখি। মখোয় মশেল অমগা অমগা য়েংনদুনা ইঙ্গিত তৌনরগা জগোই শাবিবা ঈশৈ শকলিবা বাঁশী মতেকশিং অদু ফ ানবা হোৎনখি। ফননবা হোৎনবদা ব্রাজরবী গোপীশিংনা মমৈথংদা তৌফম খওলকত্রবদা মখোয়গী মতেং পাংবীনবা শ্রীকৃষ্ণবু কৌজরকখি। শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংদা বাঁশীদু লোৎশিল্লগা করিগী থুদেকলিবনো হংবদা মখোয়না পওবদগী তৌকবা থবক অমদি বাঁশীদুবু কল্লক মিহৌরুবদগী থুদেকপনি হায়বগা লোয়ননা মখোয়গী মরাল ওাকপিনবা হায়জখি শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়বু ওাকপিরবা তুংদা রাধাদা "রাধে ! নহাক্কী খূৎতা পায়রিবা বাঁশী মতেক অদু ঐঙোন্দা পীরো " হায়খি। রাধাগী খূৎতা লৈবা বাঁশী মতেক অদু শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা পীবদা মতেক ওইরম্বা অদু শ্রীকৃষ্ণগী খূৎতা হেক য়ৌবগা হান্নগী বাঁশীগী শক্তমদু ওইখি, অদুগা অতৈ মতেকশিং অদু লোইনা মাওখি। অসুম্না রাধাগী খূৎতা লৈবা মতেক অদু কুইনা মতেক ওইনা লৈবা য়াদবনা খুদক্তা মপূম ওইখি। মাগী প্রেম অখণ্ড প্রেম হায়বদি পূর্ণপ্রেম ওইখি।

*******

# শ্রীকৃষ্ণনা রাধাবু ব্রজেশ্বরী হাপ্পা

"রাধে ! করি অমত্তা কিরুনু কৃষ্ণগী মনাক্তা চৎপদা,
নন্দগী মচা ইবুংঙোদুদি নহাক্না হায়বদা য়াবনি"

তেনবা অমগী মরোলনি, শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা প্রেম লৈজবী চন্দ্রাবলীগী চান্নবী মরূপ পদ্মানা তম্বীবনি। মবেন্মা চন্দ্রাগী বাখলদা মরোল অসি তেনবাদা তম্বীবনি। রাধা কৃষ্ণগী মরীদা অকায়বা পীনবা তম্বীবনি। অদুবু অকায়বা পীবদি লায়রদনা অহোইনদুম মসিদা রাধা কৃষ্ণগী মরী চেৎশিন্নবা মরম ওইখি। আয়ানদা লুহোংলবা মতুংদা থা অহুম ওন্ন-ওন্ননা বাধা পতিগৃহ (house of husband) দসু মপামদসু লৈ। বাকচিং, ফাইরেল, লমদা থা অহুম অসিনা বরশালদা (মপামদা); শজিবু, কালেন, ইঙা থা অহুম অসিনা যাবটতা (পতিগৃহদা); ইঙেন, থবান, লাংবন থা অহুম অসিনা অমুক মপামদা; মেরা, হিয়াঙ্গৈ, পোইনু থা অহুম অসিনা অমুক যাবটতা লৈ। মপামদা লৈরিঙৈদা রাধা শ্রীকৃষ্ণগা হেক হেক উনৈ। সুর্য্য পূজা তৌবা হেক হেক চৎলি। মধুমঙ্গলগা শ্রীকৃষ্ণগা হেক হেক লোয়নৈ। করিগুম্বা মতমদনা অভিসার তৌই বন্দা শ্রীমতী বাধানা, করিগুম্বা মতমদনা শ্রীকৃষ্ণনা অভিসার তৌই রাধাগী শঙ্গায়দা লোন্না। অসুম তৌনা নোংমা নোংমা হৌখিদুনা থা অহুম অমুক মপুং ফাজিল্লক্লে রাধানা মপামদা লৈবা। পুরা মপুং ফাগদৌবা কুইরকত্রে, মপামদা লৈবা মতম লোইগদৌরে। মতমসিদা নোংমা রাধাগী শঙ্গায়দগী শ্রীকৃষ্ণগা মধুমঙ্গলগা লোন্না হল্লকপদা বৃষভানুগী থোঙ্গাল ময়াদা চন্দ্রাবলীগী মতারোই পদ্মা কৌবী সখীগা মখোয় অনীগা উনখি। রাধাগা শ্রীকৃষ্ণগা প্রেমগী মরী লৈনৈ হায়বসি মীনা কানা-কানি ঙাঙনবা পদ্মানা হান্না তারবনি। অদুনা পদ্মানা শ্রীকৃষ্ণবু হায়নীংঙাই লৈতনা খমথেংনা চিংনখি। চিংনবনি হায়বা খঙহন্দনা শ্রীকৃষ্ণদা সুক থেঙনা নোংঙাল্লমদাই য়ৌরক্লবা মতমসিদা হল্লকলিবসিবু কদায়দা চৎলুবগে হংবদা শ্রীকৃষ্ণনা

খণবী অমা খিবা য়াম্না লাগ্না চৎলুবনি খুন্নকপদা পন্নানা অমুক ওনখৎতুনা করিগী মহেক ওন্নিবনো, চান্নবীবু খণবী হায়না করিগী ওহোকলিবনো, নুংশা হাক্না খীবীক্নু চন্দ্রাদা তম্বীয়োইদা হায়রকপদা শ্রীকৃষ্ণনা মধুমঙ্গলদা লাকও লাকও সখা খন্নাউ য়াম্না খোংলন্নগনি অমুক্তা খিক্সি হায়দুনা তৃমীন তৃমীন নোক্নুনা পরূপ পরূপ চৎখি।

শ্রীকৃষ্ণ অমসুং মধুমঙ্গলগী কাইদা অদুদা পন্নানা মহাক্না চিংনরিবা অদু শোয়দনা চুন্নে হায়না খনখি। অমা ওইগে ওইগ্নু অতোন্না অমা ওইগে ওইগ্নু খুগায়দবা শুকয়া য়াদে, রাধাসি মাগী চান্নবী চন্দ্রাগী য়েক্নবীনি, করিগুম্বা রাধানা মুনখিবা তারবনি চন্দ্রাদি করি ওইহৌনি খনখি। "করিনো পন্না ঐনা হৌজিক তৌগদবা" অসি খন্দুনা মমূমদা হন্নকখি। মুন্না খন্নবা মতুংদা তেনবা অমা য়েক্নগা তম্বীবা হৌবনি মখাগী মরোল অসি

"রাধে ! করি অমত্তা কিরুনু কৃষ্ণগী মনাক্তা চৎপদা,
নন্দগী মচা ইবুংঙোদুদি নহাক্না হায়বদা য়াবনি"

হন্না হন্না মরোল অসি তম্বীবদা তেনবা অদু মজনা লোনবা (ওাওবা) ওমলে,মীয়োল খোক্লে। মতম খরা লৈরগা নোংমা পন্নানা ব্যাধ (শাদানবা/উচেক মবা মী) গী লোয়নবী ব্যাধিনীদা তেনবাদু পীরগা কুটিলাগী মমমদা য়োনবা চৎলু, অপীবা মমল খরা লৌরকউ, বন্দগী মবনি মরোল য়াম্না খোকই হায়য়ু,অপীবা খরা হেক্তা মরৌলকউ, করিগুম্বা মমল পীরকত্রবসু পীদ্রবসু য়াই হায়য়ু, অরামন কোন্না পীগনি হায়দুনা শিন্নখি। ব্যাধিনীনা তেনবাদু পুরগা কুটিলাগী মনাক্তা হরাও হরাও চৎখি। লৌবীবা য়াগনি, পীনীংবা মমল খরা হেক্তা পীবীন্নু হায়বদা কুটিলানা করি করি মরোল খোকপনো অমুক্তা হান্না তাখিগে হায়হল্লু হায়রকখি। ব্যাধিনীনা হায়হনবদা পন্নানা তম্বীবা মরোল মখে শেংনা তেনবাদুনা লোন্নকপদা পাম্মনখিবদগী কুটিলানা

তেনবাদু লৌহৌই। অপীবা মমল লৌদুনা ব্যাথিনী পম্নাগী নাক্তা হল্লক্কুনা বারোল পূম্বা তমখি। কনাদসু হায়দোক্কনু হায়না পাওমেল্লগা পম্নানা ব্যাথিনী অদুদা মানসু অমুক্তা মনা পীখি।

ব্যাথিনী হনগ্রবা মতুংদা কুটিলানা হায়হনবদা তেনবাদুনা অপনবা লৈতনা "রাধে ! করি অমত্তা কিরুনু কৃষ্ণগী মনাক্তা চৎপদা, নন্দগী মচা ইবুংঙোদুদি নহাক্না হায়বদা য়াবনি" হায়বা মরোল অসি জর জর লোল্লকখি। য়াম্না শাউনা কুটিলানা মমা জটিলাগী নাক্তা চৎতুনা বন্দা লৈবা উচেক যাওবনা রাধাগী মরমদা লোল্লিবসে তাও হায়না তেনবা মরোল লোলহল্লি। তেনবাগী মরোল তাবদা জটিলাসু হায়নীংঙাই লৈতনা রাধাবু শাউখি। মথবাকতা খুদুম্না হন্না হন্না শুদুনা মচানুপা আয়ানবু মী থাদুনা কৌহনখি। আয়ান লাক্লবদা মাবুসু তেনবাগী মরোলদু তাহল্লি। মচাদা উচেকমক্না অসি য়ৌনা ময়েক শেংনা হায়রবসিদবু করি চিংনদনীংঙাই লৈরি, থুনমক চৎতুনা রাধাবু মপামদগী পুরকউ হায়না চৈবও লাউবও হায়রকপদা নুংঙাইতবগা অশাউবগা লোয়ননা আয়ান্না " ঙসিমক চৎতুনা লৌকুগে রাধাবু ইমা খোযরাং খোয়শাউবিরনু, নুংঙাইনা লৈবীযু যূমদগী মপাল থোকহল্লোই, সুর্য্য পূজা তৌবা চৎহল্লোই " হায়রল্লগা রাধা লৌবা চৎখি। অহিং অমা বৃষভানুনা হায়বা মতুংইন্না বরশান্দা লেক্লগা নোংঙাল্লগা বাধা পুদুনা আয়ান্না যাবটতা হল্লকখি। ললিতা, বিশাখানচিংবা মাগী সখীশিংসু লোয়নরবকখি। যাবটতা য়ৌরকপদা জটিলা থোরক্কুনা রাধাবু সখীশিংগা লোয়ননা পুশিনখি। মপূক্লিংদা নুংঙাইত্রবসু মচীন্দদি করিসু ঙাঙদে। মতম অসিদা তেনবা পুদুনা কুটিলা পরপ পরপ রাধিকাগী মনাকতান্না লাক্লগা রাধাগী মাঙদা তেনবাদু মরোল লোলহল্লি। তেনবাগী মরোল তাবদা রাধানা " তেনবাসি কদায়দগী ফংলুরিবনো, তেনবাগী মরোল তাবদগী মহে মহে শাউনদুনা ঐবু কৌররিবনি" খনখি। চীনফেন ফবী ললিতানা " কয়া কুইরে তেনবাসি মরোল তম্বীবা " হায়রকপদা কুটিলাগা ঙাইহাক চীনগী অবাই অখুম তৌনখি। ললিতানা " মীবু মাঙনবা শীনবনা কয়া কুইনা লৈগনি মতম খরা লৈরগা অওইবা খঙনরক্কনি "

হায়বদা কুটিল্যানা "ফৈ ফৈ য়েংনসি" হায়রম্লগা যী যী কাম্না তেনবা পুদুনা হনখি।

কুটিলা চৎখ্রবদা সখীশিংদা ললিতানা থোকলিবা থৌদোক অসি কনাগুম্বা অমনা থৌওইনা তম্বীদুনা রাধাবু পাউথোকহনগে হায়বগীদমক শীল্লকপা ওইরমগনি, কনানা তৌবনো হায়বদু খিদবা য়াদে, মগোন্দা মতীক চাবা লমন খুমদবা য়াদে হায়খি। অসুম তৌনরিঙৈদা পৌর্ণমাসী লাকখি। মগোন্দা তেনবাগী বারোল অদু তম্বদা মহাক্না থৌওইনা খল্লুনু কনাগুম্বনা কল্লকুনা তৌবা ওইরমগনি হায়বগা লোয়ননা পদ্মাগা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং মধুমঙ্গলগা উনবগী পাউ মধুমঙ্গলনা নহাল মগোন্দা তম্মী হায়নসু মখা তানা হায়খি। পদ্মানা শীন্দুনা তৌবা ওইরমগনি, সুর্য্যগী কৃপানা শীল্লিবা খৌরাং খোং খোংপা অয়েম্বা তাহনগনি, মতম খরা তৃমীন লৈয়ু অবাবা খাওজু, মহাক জাটিলা উনরুগে মবুক ফথরুগে, মানা শীল্লগা ইফ ফগনি হায়রম্লগা চৎখি।

পৌর্ণমাসীগা জতিলাগা উন্নরে। রাধাগী মরমদা বারী শাই। তেনবাগী মরোল জটিলানা খঙহল্লি। " কল্লকপশিংনা শীনবা ওইরমগনি, অদুক হাক্না মদুদা থাজরুনু, সুর্য্য পূজা তৌজরিবী রাধানি, নুপাগা শোক্ল-পন্নবা শূকয়া য়াদবনি, করি অমুক হায়রুগনি মপুরোইবা ফাওবনা পূজা লোইদ্রিফাওবা মমীৎনা য়েংবা য়াদে, বাফম অসি নচানুপাদসু খঙহল্লু, মতীক লৈবা নত্তে কৃষ্ণনা রাধাগী মশা শোকপা, মীনা ঙাঙবা থাজরুনু, পূজা মপুং ফাহল্লু " হায়রম্লগা পূর্ণিমা আশ্রমদা হনখি। পৌর্ণমাসীগা বা তাবদা জটিলা চিংনবা খরা ফখি। মচা আয়ানদসু রাধাগী মশা শোকপা য়াদে হায়খি। পাউ অসি তাবদা রাধাসু অবাবা খরা কোকচখি। অসুম্না নুমিৎ হুমনি মরীনি লেল্লবা তুংদা মঙানি শুবা নোংমাইজিং থোকপা নুমিৎতা সুর্য্য পূজা চৎনবা শেম শাখি। অদুবু জটিলানা সুর্য্য কুণ্ডদা চৎতুনা পূজা তৌবদি য়াখিদে মধুমঙ্গলবু জটিলাগী য়াথং মতুং ইন্না কৌহল্লুরগা রাধাগী শঙ্গায়দা সুর্য্য পূজা পাঙথোকহনখি। মধুমঙ্গলগী মফমদা রাধানা শ্রীকৃষ্ণগী পাউ হংজখি, শ্রীকৃষ্ণগী পাউ তাজবা ফংখি। অসুম্না মধুমঙ্গল বটু (Young

Brahman lad) না রাধাগী সূর্য্য পূজা পাঙথোকখি।

রাধা কৃষ্ণ অনী মতৌ অসুম তৌনা মতম খরা দর্শন ফংনদদুনা (উনদনা) লৈখি। রাধাবু সূর্য্যকুণ্ড তান্না চংপা জটিলানা খিংখি। বটুবু কৌরগা যুমদা পূজা তৌহনবনি। পৌর্ণমাসী দেবীনা ব্রাফম অসি নোংমা লাক্কুনা কৃষ্ণদা হায়রে। মতুং নোংমা কোনবদা নোংমাইজিং নুমিৎ থোক্লদুনা শ্রীকৃষ্ণনা জগৎতা মপা লৈতনা ফজরবী নুপী অমগী শক্তম লৌরদুনা "জটিলা জটিলা " হায়না খোঞ্জেল ব্রাংনা কৌরদুনা জটিলাগী থোঙ্গালদা লাকই। জটিলানা থোঙ্গালদা থোরক্কুনা মখূৎ অনী লোম্নদুনা কনানো হংজে। নুপীগী খোঞ্জেলদা কৃষ্ণনা " লাইগী মচানুপীনি মিংনা সুমতি কৌই, ইয়ুম ইকে পানদ্রি, পাল্লরোই খল্লি, নুমিৎকি মচানুপী যমুনাগা মান্না চাগ্রে, অয়াম্বা মতমদা মাগা লৈমিয়্রে, ঙসি অয়ুক ঙনতা লাক্কুনা সূর্য্যনা ঐঙোন্দা য়াম্না হৱাওনা ব্রাফম অমা হায়রে মদু তমগে লাকপনি, নচা নমৌ শাগে নাতে লোইনা কৌ, নুপাদি লাকপা য়ারোই অদুবু নচানুপাদি য়াগনি, মসি নচানুপাগী মরাইবক ফবনি, নমৌ রাধা মাগী সখীশিং লোইনা য়াওহল্লু, পৌর্ণমাসী বৃন্দা দেবী অনীমক কৌরুচৌ, অফবা থবক তৌবদা মতম মাঙহনগনু " হায়খি। হৱাও মথোই কারবী জটিলানা য়াথং পীদুনা কৌহনবদগী ময়াম থুংলরে। পৌর্ণমাসী বৃন্দাসু থুংলরে। সুমতিনা পৌর্ণমাসীদা খুরুম্মী। পৌর্ণমাসীনা সুমতিদা " কৃষ্ণদা নত্তনা নয়ূম পাল্লরোই ব্রাশকপদি শোয়দনা থুংলগনি নীংবু নীংলবদি " হায়বগা লোয়ননা ময়ামবু করিগীনো কৌবীবদি হংজবদা সুমতিনা " সূর্য্যগী করিগুম্বা য়াথং অমা পুদুনা লাকচবনি, ময়াম মাঙদা হায়যু তাকপীরকপা মরম্না জটিলাদা হায়জদুনা ময়ামবু কৌহনজবনি " হায়খি। সূর্য্যদেবনা হায়রকপা ব্রাফ মদি অসিনি - "রাধানা মাবু (সূর্য্যদেববু) পূজা তৌবীবা অসিদগী লাইশিংগী খ্বাইদগী হেনবা সম্মান ফংজরে অদুবু মাগী খুবম লৈনা লৈনা য়েক্লবা কাংবুনা থাকপা লাংদা থাজদুনা জটিলানা মমৌ রাধাবু বন্দা পূজা তৌবা চংহন্দে দ্র, গৃহ লক্ষ্মীবু চিংনরবদি করম্না যুমগী চাওখৎপা ওইগনি, মচাগী

(আয়ানগী) মরল মথুম মিংচৎ পামলবদি সূর্য্যকুণ্ডদা পূজা তৌবা চংহল্লু, মাবু (রাধাবু) মশা শোকপা গুমগদবা মরোল অহুমদা কনানো, মমৌ ইবেম্মা রাধাসি গুসিদগী ব্রজেশ্বরী হাপলবনি, সুমতিবু অভিষেক তৌহল্লু, চগুগদবা পোৎলম পূম্বা মাবু শীলহল্লু, রাধাগী অভিষেক হেক পাঙথোকপগা লন-থুম, মিংচৎ সনমান চাওখৎকনি"।

অসুম্না সুমতিনা ময়ামগী মাঙদা সূর্য্যদেব লেঙলক্তুনা রাধাসি মঙোল্দা হায়রম্মী মদু তমগে লাকপনি হায়খি। তৌগে তৌরোই হায়বদি ননীংনি হায়না মখা তানা সুমতিনা হায়খি। মখা তানা অমুক সুমতিনা মশাগী ওইনা জটিলাদা রাধাসি মহা সতীনি ; মাগী পদধূলি লৌবদা পাপ কোকলিবীনি; মাবু নচানা ভার্য্য (Wife) ওইনা ফংজবসি মপোক কয়াগী তপকী মহৈনি; মাগী (রাধাগী) মফমদা চিংনগনু; তেনবাগী মরোল থাজরুগনু য়েক্লবনা তম্বীবনি; তেনবাদু পুথোরকউ থাদোক্তুনা য়েংসি, বন্দগী মবা ওইরগনা বনলোমদা পাইখিনি, অয়োকপা ওইরগনা যূমলক্তনা পাইদুনা লৈগনি হায়খি। কুটিলানা তেনবাদু লৌরুরগা থাদোক্তুনা য়েংবদা বনলোমদা পাইয়ু য়াদ্রে মনাক অদুবাইদা অদুম লৈশীন্দুনা লৈরে। তেনবাদু বন্দদগী নত্তে অয়োকপনি হায়বা ভাব তাবদা রাধাবু চিংনবা কোকখি। সূর্য্যদেবগী য়াথং লৈবাক তাহনবা য়াদে হায়দুনা রাধাগী অভিষেক সুমতিবু তৌহনখি। অভিষেক তৌবগা লোয়ননা নুমিৎ অদুদগী রাধানা ব্রজেশ্বরী হায়বা মিংথোল অসি ফংখি। মমৈথংদা সুমতি অসি অতে কনা নত্তে শ্রীকৃষ্ণ মশামক্লি হায়বা রাধানা খগুজখি। শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা রাধাগী প্রেমগী মহিমা অসিনা মরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণনা রাধাদা ব্রজেশ্বরী হায়বা মিংথোল অসি পীনবীবনি। কয়াদা মতীং লৈপ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা রাধাগী প্রেমগী মহিমা।

(নীংশিংজবা :- মথক্কী বারেং অসি শ্রীরঘুনন্দন গোস্বামীনা লেংবীরম্বা "রাধা মাধবোদ্বয়" কৌবা লাইরিক্তগী মৈতৈলোন্দা শ্রীইরেংবম গুলামজাৎ সিংহনা হন্দোকপা "রাধা কৃষ্ণ প্রেমকেলি" অহানবা খগু হায়বা লাইরিক্তা য়াওবা *শ্রীরাধাবু ব্রজেশ্বরী হাপ্পা* মতাং অমসুং ঐবু পোকপীবা বাবানা মতাংসিগী মরমদা লীবীরম্বা বারী শমজিন্না ইজবনি)

# হকচাংগী, পূক্লিংগী, অচুম-অরানগী মীৎ তাঙলবা ধৃতরাষ্ট্র

মহাভারতকী ধৃতরাষ্ট্র কৌরব মচীন-মনাও চামগী অপোকপনি। মহাকপু পোকপী মমানা অম্বিকানি। সত্যবতী অমদি ভীষ্মনা শীনবদগী ব্যাস মুনিগী মযমদগী অম্বিকানা মচা ধৃতরাষ্ট্র ফংজখিবনি। ব্যাস মুনিগী অকিবগী শকক্ষম উবদা কিজবদগী অম্বিকানা মমীৎ উইশিনখি। মসিনা মরম ওইদুনা অম্বিকানা ফংজবা মচা ধৃতরাষ্ট্র পোকপদগী হৌনা মমীৎ তাঙখি। অসুন্না মমীৎ তাঙনা পোক্লকপা ধৃতরাষ্ট্রনা চাউরক্লবা মতমদা গান্ধার লৈবাক্কী রাজকন্যা গান্ধারী লুহোংদুনা দুর্য্যোধননচিংবা মচা চামা অমসুং মচানুপী দুশলা ফংজখি।

ধৃতরাষ্ট্র পোকপদগী হৌনা মীৎ তাঙলকপনি - হকচাংগী ফিবমদা মীৎ তাঙলবনি। হকচাংগী ওইনা (physically) মীৎ তাঙবদা নত্তনা পূক্লিং - ব্রাখলগী ওইনসু (mentally) মীৎ তাঙখি। লোযননা অফ-ফত্ত অচুম-অরানগী ওইনসু (morally) মীৎ তাঙখি। পোকপদগী মীৎ তাঙলকপা মবায়বক্কীনি, মানা তাঙনীংদুনা তাঙবা নত্তে। অদুবু পূক্লিং-ব্রাখল অমদি অচুম-অরান্দা মীৎ তাঙবদি মচা নুংশিবদগীনি। অফবদা নুংশিবা নত্তে, মচাগী ফত্তবা থবক্তা নুংশিবনি। মচা হাকন্নবদা নুংশিবা, মচানা হায়বদা য়াবা অদুনা ফত্তবা মহে ওইনবগী মরম ওইখি। মচা নুংশিবদা হাকমনখিবনা অফ-ফত্তগী খ্রা কয়া মাগী থম্মোয়দা ফাওবা ঙমখিদবা মতাঙ কয়া য়াওখি। মচাবু শেরান্ননা অচুম্বা অফবা খঙদনা নুংশিবা (blind love) অদুনা মচা চামা লোইনা মাঙনবা শিনবগী মরম ওইখি। মুয়া খম্বুবা অমদি কৃপথনা য়েংবা তারবদি নুংদদি মসি মচাগী মরায়বক থীনবা মচাবু মাঙনবা শীনবদা শরুক য়াবনি মচাগী য়েক্লবনি হায়বা য়াই। মচাবু নুংশিবা হেন্নমনখিবা অসিনা মহাকপুসু পূকচেল ফত্তবা মী অমা ওইনা লৌনে। মচাগী মরাল খঙনা খঙনা

খুঙশিন্নদবা, মচানা তৌবা ফত্তবা অশোয়বা থবক তানা তানা তাশিন্নদবা কয়ানা মহাভারতকী লান (কুরুক্ষেত্রগী লানফম) থোকপগী অমসুং মচা চামমক লোইনা শিখিবগী মরম অমসু ওইখি। দুর্যোধননা মানা তৌজবা থবক্কী মহে ফংবা ওইজরবসু মদুদা মহাকসু মত্তেং পাংবা মীশক অমা ওইনা লৈখি।

মপা অমা ওইনা পাক হেক পাঙথোকপা ওমজোইদবা মতাঙসু লৈখিদবা নত্তে। দুর্যোধন পোকপা মতমদা অমঙ্গল (evil omen; mis-fortune; disaster; calamity; ill-luck; harm; damage) গী খুদম কয়া উবা ফংখি। হুই লমহুইনা শঙ্গু শঙ্গু পুল্লপ খোংখি, ক্বাকশিংনা মফম খুদিং য়াক্লা খোংখি, লাঙজা মপৈ মপৈ পাইখি, অশাবা নুংশিং শীংখি, কোরৌ মমি শামখি, ঈগী নোং চুখি,চীংসু ওম্না নীংখায়খি। পূম্নমকসি ফত্তবা খুদমনি হায়বা ধৃতরাষ্ট্র খঙখিবনি। ভীষ্ম, বিদুরনচিংবা অখঙ-অহৈ কৌদুনা ব্রাতানখিবনি। বিদুরনা অমঙ্গল কয়া উবসি অফবা নত্তে মসিবু প্রায়শ্চিত তৌবা, কোক্রবা তৌবা, তীনকোক-লাইকোক্রবা তৌবা (to atone, to expiate) ওন্নোই, মহাকথক্তগী শাগৈ তাক্কনি, মাবু হুন্‌ দাকপিয়ু, ফগদবা লৈরবদি মচা চামগী মনুংদা অমদি মাঙফৈ, খুঙ্গং অমা কন্নবা শাগৈ অমা মাঙফৈ, লৈবাক অমা কন্নবা খুঙ্গং অমা মাঙফৈ হায়জবদা ধৃতরাষ্ট্রনা য়াখিদে। মতাঙ অসি য়াম্না লুবা তানক্মনি। মপা অমা ওইনা করম্না থবকসি পাঙথোক্কনি মচাবু নুংশিদবা মমা-মপা কনা লৈবগে ? ফত্তবা অমা য়াওরবদি অতৈ ময়াম চেম্নরক্কদৌরিবনি। ময়ামগীদমক ফত্তবা অমা মাঙহনবা তঙাই ফদবনি। কিদন্নিদা লৈবা নুংনা হকচাং পূম্বা মাঙহনগদবা ব্রাহনগদবা লৈরবদি নুংদু লৌথোকপা তাবনি, মাঙহনবা তাবনি। অচীকপা য়া অমনা হকচাং পূম্বা পোত্থাফম খঙহন্দ্রিবনি। ফত্তবা মী অমনা লৈকায় অমা খুঙ্গং অমা চেম্থরিবনি। ফত্তবসিবু লৌথোক্কপা মাঙহনবা তঙাই ফদবনি। অদুবু মসি পূম্নমক খঙনা খঙনা মচাগী মফমদদি মপা অমনা মচাবু হেক্তা মাঙহনবা তারব্রা ? মচ ময়াম অমা লৈরি হায়দুনসু ধৃতরাষ্ট্রনা মচা অহলবু হেক্তা মাঙহনগদ্রা

? খনবদা য়াম্না লুবা মতাওনি। মচাবু নুংশিবনা মরম ওইদুনা বিদুরগী পাউত্তাক ধৃতরাষ্ট্রনা লৌখিদে।

কল্লক মিহৌচাউবা দুর্য্যোধন্নি। পাণ্ডবশিংনা ফিবম ফগৎলকপা, খুৎকন-পাঙ্গল্লকপা মহাক্না খাওঙমখিদে। হস্তিনাপুরগী সিংহাসন্দা যুধিষ্ঠিরনা লৈবা মহাক্না শৃকপাম পামখিদে। মীৎ তাঙবা মরম্না লৈবাক্কী শাসন পুবা ওল্লোইদবনিনা ধৃতরাষ্ট্রগী মহুৎতা পাণ্ডুনা শাসন তৌবনি। পাণ্ডুনা ওন্তা শিখিবদা মচীন-মনাও চামা-মঙাগী খ্বাইগী অহল যুধিষ্ঠিরনা নিংথৌ ওইবা দুর্য্যোধন্না য়ানীংখিদে। অদুনা পাণ্ডবশিংগী মাঙনবা শীনবা দুর্য্যোধনগী মথৌ ওইখি। পাঙ্গলদা, বিদ্যাদা লাম্না পাবা ব্রাগদবা মরম্না ফত্ত লৌশিং কয়া পায়খৎখি। মহাক্না পান্না খুদিংমক, মহাক্না তৌ হায়বা খুদিংমক, ধৃতরাষ্ট্রনা করিমতা ফৈফত্তে খন্দনা, করিসু খওদনা, খঙলবসু খঙশিন্নদনা, তারবসু তাশিন্নদনা হেক্তা য়াখি। মপাবুংগী মীৎ তাঙবগী খুদোংচাবা কয়া লৌদুনা দুর্য্যোধন্না ফত্তবা থবক কয়া তৌখিবনি। খঙদবদা খঙদবা ওইরবসু অখঙবা কয়াদা মচাগী মায়কৈদা লেপখি। মসিনি মাগী থবক্তা অশোয়বা। দুর্য্যোধন পোকপদগী হৌনা অমঙ্গল লোয়নরকখিবনি। মাগী থবক থৌশিল কয়া মাঙ-তাক্লবগী মশক্কি হায়বা বিদুর মুন্না খঙই। ধৃতরাষ্ট্রদা পাউত্তাক তোয়না পীজবনি। অদুবু করিদি উপায় লৈ ? মচা নুংশিবনা হেনমনবনা বিদুরগী পাউত্তাক কয়া মনাদা হাপখিদে। ওন্থোকপা মরায়বক হায়বদুনি ধৃতরাষ্ট্র। মমীৎ তাঙনা পোক্লকলে, ফত্তবা মচা অহলগী দোরিদগী মহাকপুসু চেন্নরে। মচাগী অনীংবা মতুংইন্না ধৃতরাষ্ট্রনা পাণ্ডবশিংবু বারনাবততা লৈননবা শীনখি। ধৃতরাষ্ট্র খঙদবা নত্তে, মচাগী খুজিল থৌরাংদা করিগুম্বা ফত্তবা য়াওরমগনি হায়বদু। অদুম ওইনমক মচানা হায়বা য়াখি। দুর্য্যোধনগী থৌরাংদি পাণ্ডব মচীন মনাওশিংবু মফ মদুদা লৈহল্লগা চা-শঙ মৈ থাদুনা হাৎপনি। চা-শঙ মৈ থারবসু পাণ্ডবপু হাৎপদি ঙমখিদে, নাথৈদুনা চেনখি। দ্রৌপদী লুহোংলবা তুংদা পাণ্ডবশিংনা হস্তিনাপুরদা হল্লক্লবদা মচানা হায়জবা মতুংইন্না মচানা পেননবা ইন্দ্রপ্রস্থদা লৈহন্নবা শীনখি। দুর্য্যোধন্না পাণ্ডবপু কল্লকপা মিহৌবা

ভুক্কচবসি লোইবা নাইবা নত্তে। ফত্তবা থৌরাং অমদগী ফত্তবা থৌরাং অমা হেক্তা পাঙথোক্লবা শীল্লি। থৌরাং কয়াদা মায়থীরবসু হনবা তৌদে, অতোপ্পা থৌরাং অমা হেক্তা পায়থংলি। করিগুম্বদনা পাণ্ডবকী ফত্তনবা শীল্লুবা অদু পাণ্ডবকী ফাংনবা ওইবসু য়াওখি। মতেক মতেঙ্কী ওইনা করিগুম্বা মতাঙদা মায়পাকপসু য়াওখি। মপাবুংদা তক্লদুনা যুধিষ্ঠিরগা চৌবর শান্নবা শীনহল্লি। চৌবর শান্নবগী মরমদি পাণ্ডবশিংবু ফত্তবা পাম্বেনা মাঙহন্নবনি। মাগী মামা শকুনীগী মতেংদগী চৌবরদা মায় পাকখি। চৌবরদা থাবা খুদিংমক যুধিষ্ঠির মাঙখি। লনথুম, লৈবাক, মচীন-মনাও, লোয়নবী দ্ৰৌপদী লোইনা চৌবরদা মাঙখি। দুৰ্য্যোধন্না মনাও দুঃশাসনদা দ্ৰৌপদী পুরক্লগা মশাদা শগোন্নরিবা ফিরোল মুন্দুনা লৌথোক্লবা য়াথং শীখি। থৌরাং অসি ধৃতরাষ্ট্ৰগী মমাঙদা শীল্লকপনি। দ্ৰৌপদী ধৃতরাষ্ট্ৰগী শাগৈগী মমৌনি, ধৃতরাষ্ট্ৰ দ্ৰৌপদীগী মকুবোক্লি। মমাঙমক্তা থৌদোক্তু থোকপদা মহাক্লা থিংবা ঙমখিদে। ধৃতরাষ্ট্ৰ ইফমক ফন্দববুদি নত্তে। মচাগী ফৎত্ৰবা পাপকী থবক্তুগীদমক যুধিরষ্ঠিরদা চৌবরদা থাদোকতুনা মাঙলবা মাগী লৈবাক অমদি লনথুম হঞ্জিনবীখি। অদুবু মচানা হায়জবদগী অমুক্কা হন্না চৌবর শান্নবা যুধিষ্ঠিরদা বাৰ্তন তৌখি। মদু য়ারোই তৌগনু হায়না থিংবগী থবক তৌখিদে। চৌবর শান্নবদা ফত্তবা, লৌনম পাম্বে শীজিন্নবদু মহাক খঙলম্বা য়াই খঙলমদবা য়াই। অদুবু তৌরুনু হায়না থিংবদি তৌখিদে। চুম্না নুংঙাইনবা শান্নবা নত্তে, মাঙননবা শীনবা খুৎশান্ননি হায়বা খঙফম থোকপনি। মচাগী দোরিদগী অমুক হন্না চৌবর শান্নবদা মহাকসু য়াখি। ফত্তবা পাম্বেনা লৌনম লাং থাক্তুনা শান্নবা মরমনা অমুক্কা হন্না যুধিষ্ঠির মায়থীখি। হায়নবা মতুংইন্না যুধিষ্ঠির মচীন মনাওশিং অমদি দ্ৰৌপদীগা লোয়নন চহী ১২ মরৈবাক থাদোক্তুনা চৎখি অদুগা চহী অমনা বন্দা চৎলবা তুংদা লোৎপা তাখি।

চহী ১২ বনগী পুন্সিদা লেল্লগা চহী অমনা লোৎলবা তুংদা মতম শুরদুনা অমদি হায়নবা মতুংইন্না থিবদা ফংদ্ৰবনিনা মতম চানা পাণ্ডবশিং

শাকে ঙাঙকখি। হায়নখিবা ঙাঙনখিবা মতুংইন্না পাণ্ডবশিং মরৈবাক অমুক হন্না ফংবা য়াররবনি। অদুবু দুর্য্যোধনদি হায়নখিবা য়াকম ঙাক্কে খনখিদে ঙাকসু ঙাকখিদে। পাণ্ডবকী অপূনবা লম লোইনমক নত্তবীদা শূপ্পগী খুজং মঙাদং পীনবা শ্রীকৃষ্ণ য়াওনা ময়াম্না হায়বা পূম্না দুর্য্যোধন্না শূকয়া য়াখিদে, শিখাঙ খাঙখি। মসিগী মতঅঙদসু ধৃতরাষ্ট্র মচাগী থবক্তা থিংবা ঙমখিদে। ধৃতরাষ্ট্রগী মশাগী অশোয়বা নৈজবা অমদি শোঙবনা মচা চামা শিনবগী মরম ওইরকখি। লান শোক্লদবা য়াদবা মতাঙ লাকখি, দুর্য্যোধন্না পামজবসু মদুমক্কি। অদুবু লান্দা দুর্য্যোধন মচীন মনাও লোইনমক্কা লোয়ননা শিখি। লান্দা মচীন মনাও চামা অমত্তা খাকতবমখৈ পাণ্ডবগী ভীমনা হাৎখিবনি।

লান লোইরবদা পাণ্ডবশিংনা ধৃতরাষ্ট্রগী নাক্তা চৎতুনা ইকায়খুম্ন বা উৎচখি। ধৃতরাষ্ট্রগী থম্মোয়দা ফত্তবা অমদি অদুম ইরোই লোয়নরম্মী। মচাশিং লোইনা ভীমনা হাৎখিবনি হায়বদু সঞ্জয়গী মচীন্দগী তাখি। অদুনা ভীস্মু লমন খুমগে খনখি। মচাগী মরানগীনি হায়বা থোইনা খন্দবগুম তৌখি। মচা নুংশিবনা হেনমনখিবনা খোয়শাউনরবা ধৃতরাষ্ট্রনা ভীস্মু চপখায়রগা শরদ্ম-শয়াং থুদেক্তুনা হাৎকে খনখি। অনীংবা অসি পাঙথোক্লীংবদগী ভীস্মু নুংশিনা কোনবীগে হায়রকখি। মাগী ফত্তবা ৱাখলদু শ্রীকৃষ্ণনা খঙবদগী য়োৎনা শাবা ভীমগী মূর্তিনা ভীমগী মহুৎ শিনহনখি। ধৃতরাষ্ট্রনা মমীৎ উদবদগী য়োৎনা শাবা মূর্তিদু ভীমমক্কি খন্দুনা চপখায়দুনা মচেৎ মচেৎ তাহনখি। মাগী থম্মোয়দা য়েংথীবা ৱাখলসি লৈবনা ভীস্মু মচাশিং হাৎখিবগী লমন খুমগে খনখিবনি। ধৃতরাষ্ট্রগী থম্মোয় ফত্তবা থম্মোয়, মাগী পূকচেল ফত্তবা পূকচেল ওইখি। তৌবগীবুদি পূম্নমকসি মাগী মচা দুর্য্যোধনগী মরমদগীনি। মদুদা মহাক মৈচেন্নবনি ফত্তবা থৌদোক হৌদোকলিবা অমদি থৌজিল্লিবনা (instigater, initiator) দুর্য্যোধননি, অদুবু ফত্তবদুবু য়োকখৎলিবা চাউখৎহল্লিবা (cultivator) মীশকতি ধৃতরাষ্ট্রনি

মহাভারতকী কুরুক্ষেত্রগী লান লোইরে, ভীমনা দুর্য্যোধন

হাৎখ্রে, লান মতুংদা চহী খরগী মতুংদা ধৃতরাষ্ট্র লৈখিখ্রে। অদুবু হৌজিক্কী মতমদা দুর্যোধনগুম্বা মী য়াম্না লৈরি, ধৃতরাষ্ট্রগুম্বা কয়া লৈরি। অদুঙৈগী ধৃতরাষ্ট্র মমীৎ তাঙনা তাঙনা মমীৎ তাঙখি। হৌজিক্কী ধৃতরাষ্ট্রদি মমীৎ উনা উনা তাঙবনি। মচাবু নুংশিবদগী মচাগী মরাল খঙনা খঙনা খঙশিন্নদবা, উনা উনা উশিন্নদবা, তানা তানা তাশিন্নদবা ধৃতরাষ্ট্র কয়ামরুম ঐখোয়গী ইরক্তা লৈরি। অচৌ অশাং অঙম অথৌ কয়াগী মচা দুর্যোধন কয়ানা তৌরিবা থবক খ্বাইনা খঙনরিবনি। অদুবু মখোয়না মচাশিংবু কনখৎতুনা থম্বা কয়া য়াওরি। অচৌ-অশাং, অঙম-অথৌ নত্তবা অতৈ মীওই কয়া অমসু ধৃতরাষ্ট্র ওইবা য়াওরি। মপালথোংদা অসিগুম্বা মচা নুংশিরিবা কয়াসি মুন্না কৃপ্না য়েংবা তারবদি মচা নুংশিবা নত্তে, মচা মাঙহনবনি, মচাগী য়েক্লবনি। মচাবু নুংশিবদগী মচাগী মরাল কৃপশিনবা, উৎনা-ম্রাইনা কৃপ্তুনা মী খঙদনবা হোৎনবা, মচাবু কনখৎতুনা থম্বা, মচাগী মরাল লৈতে হায়নীংবা হায়সু হায়বা, মচানা তৌরিবা থবক চুম্মী হায়না লৌবা, করিগুম্বদনা মচাগী মরাল খঙনা খঙনা মীঙোন্দা মরাল থঙজিনবা কয়া য়াওরি। মচানা তৌরিবা কয়া করি অমত্তা খন্থবা তৌদনা ফৈহায়না লৌবা কয়া অমসু লৈরি। অসিগুম্বা মতমগী ধৃতরাষ্ট্রশিং মচাগী য়েক্লবনি, লৈবাক মাঙনবনি। মতমগী ধৃতরাষ্ট্র অমসুং অদুঙৈগী ধৃতরাষ্ট্রগী লমচৎ খঙজিনবা তঙায় ফদবা ওইরক্লি। ধৃতরাষ্ট্রগুম্বা মপাদা নত্তনা মচাবু কনখৎপী, মচাবু হাকন্নবী মচাবু ফত্তে হায়নীংদবী, অফ - ফত্ত য়েংদনা মচানা তৌরিবা থবক খুদিংদা য়ানীংবী, মীনা মচাগী ফত্তবা হায়রকপদা শাউনীংবী মপা ওইবা কয়ানা মচাবু ফহন্নীংবদগী মচাগী অশোয়বা চুমথোক্লবা হোৎনবদা মচা নুশিংমনবনা মচাবু কনখৎতুনা মবা-মপুরোইবগী ম্রা তানীংদবী, মচাবু শেরান্ননা নুংশিজবী মমা ওইবী কয়াসু লৈরি। নুপী ওইরবসু অসিগুম্বী নুপীদি অদুঙৈগী ধৃতরাষ্ট্রগুম্বনি। অফবী মমানা অফবা মচা শেম্বগী মহৎতা মচাবু অফ - ফত্ত খঙদনানুংশিরিবনি হায়দুনা মচাবু কনখৎলম্নদি অসিগুম্বা খুৎনুংশি অসিদি মচাবু নুংশিবা নত্তে, মচা মাঙনবা নুংশিবনি, মচাগী

যেক্লবনি। মমা মপা ওইরশিংনা মচাবু অকবরোমদা পুরকুবা অদুগী ধৃতরাষ্ট্রগী পূকচেল, থম্মোয়, মানা তৌখিবা থবক মুম্না খঙবা তঙায়বদে।মচাবু অকবা লমদা পুশিনবদা মমা মপাগী দায়িত্ব য়াম্না চাউই।

পূক্লিংগী মীৎতাঙবনা হকচাংগী মীৎতাঙবদগী হেন্না মাঙনীংঙাই ওই। ধৃতরাষ্ট্র হকচাংগী মীৎতাঙবগী চৈনা ফংবতা নত্তনা পূক্লিংগী অমসুং অফ - ফত্ত অচুম-চুমদগী মীৎতাঙলুবনা মদুগী চৈনাসু ফঙখি।

মহাক্না মচা দুর্য্যোধনবু কৈ ফত্তে খঙদনা নুংশিবা অদুনা মাগী কৌরব শাগেগী অয়ৌবী থাজ্ঞা মাঙতাক্লবা থোক্লবগী মরম ওই, মঙোন্দা অফবা রাখল থম্মোয় অফবা পূকচেল লৈবা মতমদসু দুর্য্যোধনগী থম্মোয় অমদি ওক কনবনা পূম্নমক অরেম্বদা মাঙহল্লি।

অফবা লমচৎতা মচাবু নিংথীনা লমজিংবা হায়বসি মপা অমা ওইনা মাগী ধর্মগী ওইবা মথৌনি। মচাগী লমজিংবা অমসুং ঙাকশেনবীবা মীশক ওইবা হায়বসি মপাগী অথোইবা মথৌনি।

মপানা হায়বা মচানা ইনমনদ্রবসু করিদি উপায় লৈ। অদুবু উপায় লৈতে হায়দুনসু ইনশিনবদি চুমদে। মচানা ফত্তবা তৌরক্লবদি থিংফমদি থোকপনি। খঙনা খঙনা থিংহৌদবদগী অমসুং থিংবা ঙমদবদগী কৌরবকী লাইবক থীনীংঙাই ওইখি। ধৃতরাষ্ট্রগী থম্মোয়দা ৱাৎলিবা অমনা ভগবানগী প্রেম ভক্তি অসিনি। শ্রীকৃষ্ণবু পেন্নবা ভক্তিগী মহুত্তা অরং- অরাক, অথুম- অহাও উৎপা অমসুং কৎপনা হেন্না মরু ওই খনখি। লান থোক্তনবা শ্রীকৃষ্ণনা হস্তিনাপুরদা লাকপদা শ্রীকৃষ্ণবু অরং অরাক্না মমীৎ থক্লবা হোৎনখি। মদুদা বিদুরনা শ্রীকৃষ্ণদি করি অমত্তা থোয়দারোই হায়খি। অচুম্বমকনি বিদুরনা হায়খিবা। শ্রীকৃষ্ণনা মীৎচিনা ফাওবা অরং- অরাকী লৈতেংশিং য়েংখিদে।

শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিগী "শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা" গী অহানবা অধ্যায়গী অহানবা শ্লোকী "অথূপ্পা রা" দা শ্রীস্বামীজীনা ধৃতরাষ্ট্রগী মরমদা অসুম্না ইরি : *অতোপ্পগী লৈবাক মুন্দুনা লৌরগা মদুদা*

*লৈবা মীশিংবু ধৃতরাষ্ট্র কৌই, অদুগা অতোপ্পনা মখোয়দগী যুদ্ধুনা লৈবাক লৌখ্রবা মীশিংবু ধৃতরাষ্ট্র কৌই। মখোয়সি যুধিষ্ঠিরনচিংবনি। অদুগা দুর্য্যোধনমচিংবসিদি ধৃতরাষ্ট্রনি। কাণ্ডবু অনীসি লৈবাক্কীদমক কুরুক্ষেত্রদা লান শোক্লগদৌরিবনি। মরুওইনা দুর্য্যোধনমচিংবগী মপাবু ধৃতরাষ্ট্র কৌবগী মরমদি অহানবদগী হৌদুনা মহাক্না মনাও পাণ্ডুগী লৈবাকপু খুদুম চপ্দুনা থম্লকই। মহাক অসি পোকপদগী হৌদুনা মমীৎ অনীমক তাণ্ডুনা লৈ, মপাম্বোংগী পোং অমত্তা উবা ফংঙমদে। মহাক মপাম্বোংগী মীৎ অনী তাণ্ডবদা নত্তনা মচাশিংগীদমক লৈবাক পাম্বনা শুঙ্খংতুনা নুংগী লৌশিং ওইবা মীৎসু তাণ্ডুনা লৈ ...। মসিদগী খ্বাইনা ধৃতরাষ্ট্র কনানো করম্বা* মখলগী মীনো হায়বদু খঙবা ঙম্মী। অসিগুম্বা মীদা ঈশ্বরগী মফমদা ভক্তি প্রেম ৱাংলি।

*********

# শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা রাধাগী প্রেমগী মহিমা - ৩

নীংহৈদবা নীংবদে, হায়হৈদবা হায়বদে, নিহৈদবা নিবদে নপুংশক (eunuch; castrated male) ওইখি আয়ান। নীংহৈদবা নীংঙ্গবসু, হায়হৈদবা হায়রবসু, নিহৈদবা নিরবসু নীংজমনগী মহয় ওই, হোৎনজমনগী অৱাযন ফংখি আয়ান্না রাধাবু। জগৎ মপু হরিনা, গেন্ননবা ভক্তগী, পীখিবনি রাধাবু আয়ান্দা। পরকীয়াগী প্রেম রসপু চৃপচন্নীংবা শ্রীকৃষ্ণনা পীখিবনি রাধাবু। শকওং-শাদা ফজবী, রাসি-গুণ চঙখোল্লবী, কুচু-কুমেন নিংথীবী বৃষভানু অমসুং কিতিদাগী মচানুপী রাধাবু থাজখিবনি আয়ান গোপদা। পানদা ওইবততনি রাধা আয়ানগী ভার্য্যা (wife)। নুংদদি ওইবা নত্তে রাধা আয়ানগী ভার্য্যা। কৃষ্ণ প্রেমদা ঙাওদুনতা লৈজবীনি রাধাদি মতম চৃন্নদা। পানদা গণিকা (harlot; whore; prostitude) মানজরবসু সতী ওইবী রাধানি নুংদদি। আয়ানদা থাজব্রবা তুংদা লৈখি রাধা থা অহুম অহুম ওন্ন-ওন্ননা (কান্ন-কান্ননা) পতিগৃহ (house of husband) অমদি মপামদা। ৱাকচিং, ফাইরেল, লমদা থা অহুম অসিনা বরশাল (মপাম) দা; শজিবু, কালেন, ইঙা থা অহুম অসিনা যাবট(পতিগৃহ)দা; ইঙেন, থবান, লাংবন থা অহুম অসিনা অমুক মপামদা; মেরা, হিয়াঙ্গে, পোইনু থা অহুম অসিনা অমুক যাবটতা লৈ।

নোংমা রাধানা পতিগৃহদা লৈরিঙৈদা খৃৎতা অথোমচৈ পায়দুনা শঙ্গায়গী দলান থক্তা ফি বৃল থোম্বী শান্নরিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণনা কদম পাম্বীদা ঙারগা খোংলকপা বাঁশীগী খোঞ্জেল তাখি। খোঞ্জেন্দু তাবদা রাধা অমৃত থকপগুম থম্মোয়দা নুংঙাইবা ফাওখি। প্রেমগী য়েন্নাং হনখি। প্রেমগী ঈথক ঈপোম্না হৱাও মথোই কাখি। * স্বাত্ত্বিক বিকার (স্বাত্ত্বিক - pious; sin-

---

**স্বাত্ত্বিক ভাব - ১। নুংবংনবা (ঙকচানবা) ২। হমাং কাংবা, ৩। তুচুংবা, ৪। স্বর কায়বা, ৫। হকচাং নীকপা, ৬। পি তাবা, ৭। কুচু ওনবা অমসুং ৮। কোক ঙাওবা রাক্সুবা নিপাল অসি মথং মথং ওইরকপবু স্বাত্ত্বিক ভাব কৌই।*

cere; honest; true; not actuated by desire; proceeding from the quality of goodness বিকার - change of form or nature; changed or altered form; alternation or deviation from the natural state সাত্ত্বিক ভাব- pious feelings; pure thoughts) না মাগী হকচাং চুংশি, নুংবংনদুনা অপায়বা চৈ তাশিবা খণ্ডশিদে, হংনা শাবা লাইগুম তূমীন লেপ্পুনা লৈশি। সংসারগী মাথল পূমকাউ কাউশি। কয়াদা কনপ্পবা বাশীগী শক্তি, কয়াদা থাক মাংপ্পবা রাধাগী প্রেমগী মহিমা।

রাধানা পতিগৃহদা লৈরিঙৈদা মনেম জটিলানা মাবু সুমতিগী পাউতাক মতুং ইন্না নোংমাইজিং খূদিংগী সূর্য্যকুণ্ডদা সখীশিংগা লোয়নহন্দুনা সূর্য্যপূজা তৌবা চংহল্লি। মতমসিদা শ্রীকৃষ্ণসু সুবলনচিংবা সখাশিংগা লোয়নননা গোবর্দ্ধন্দা মণশেনবা চংলি। শ্রীকৃষ্ণনসু রাধা উবদা রাধানসু শ্রীকৃষ্ণ উবদা মখোয়গী থম্মোয়দা কাম (Cupid; the God of love) গী তেন্না পানবগুম তৌশি। ললিতানা রাধাবু খূদাং শায়দুনা সূর্য্যকুণ্ড তান্না চিংদুনা সূর্য্যপূজাগী মতম নাম্বোকশিদনবা পুরকশি। চংনা চংনা রাধানা তুং হন্না হন্না শ্রীকৃষ্ণবু চিংনা চিংনা য়েংই। মতৌদু উবদা ললিতানা " করিনো তুংহন্না য়েংলীববু, বনগী লম্বীনি তিথ্থং তুম্মৌ ঙাক্তনি যূরগা করি থোক্কনি" হায়রকপদা বিশাখানা "রাধানা য়েংবা চুম্মী লৈহৌবনি তুংদা য়েংনীংবা পোৎতি, শ্যামগী লাং থদৎতুনা শজী অমোম্মা করম্না ইরায় লায়না চেনবা ঙমগনি" হায়দুনা মগী তৌই। মরী শানা শানা লাক্তুনা সূর্য্য মন্দির তান্না চৎতুনা সূর্য্য পূজা তৌনবা হোৎনশি। তাঞ্জা অদুদা মধুমঙ্গল বিটু (young Brahman lad) থুংলশি। মধুমঙ্গলবু পূজাগী থোরম শীনহন্দুনা পূজা পাঙথোকহল্লি। মাম্না হৈশিংনা মধুমঙ্গলনা সূর্য্যপূজাদা রাধাদা "পূজা কচ্চরি হে মিত্র ! লৌবীমু নহাক্ত ।, মাইক - নুংঙাই পীনৌ, হরি নঙনা চানবীদুনা" হায়হল্লগা লৈগুনচিংবা কংহল্লি। লাইশোন মরোল তাবদা নোক্লীংলদুনা বিশাখানা ললিতাগী নাকোংদা লোল্লা "লাইশোনসিবু ললিতা ! ' সূর্য্যদেবদা

কংপগীয়া, হুরি, মিত্র হায়রিবসিবু নন্দগী মচাদু নংত্রা" হায়খি। লাইশোলসি শোনখদা রাধাগী মায়থোঙ মকা লায়খি। শ্রীঅঙ্গদা স্বাত্ত্বিকী ভাব পোক্লকখি। পূজাগী থৌরম লোইরগা মধুমঙ্গল হল্লক্লগা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং সুবলদা থোকখিবা থৌদোক্কী ৱারী শাখি। রাধাসু ললিতা বিশাখাগা লোয়নন্না লাক্কুনা লোল্লা ৱারী শানরম্বা অদু তারবা মতুংদা মখোয় অমুক পূম্না উনখি। মধুমঙ্গলনা "পূজাগী মহয়দি নোংগুম্না চুবা হৌরগনি, রাধাগী অপাম্বা মখে থুংলগনি" হায়রল্লগা ষণ শেনফমদা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং সুবলগা লোয়নন্না চংখি। রাধাসু ললিতা বিশাখাগা লোয়নন্না শঙ্গায়দা হল্লকখি।

যুমদা হল্লক্লবা তুংদা রাধাগী ফিভমদা অহোংবা লাকখি। মতম চুপ্পদা শ্রীকৃষ্ণগী ৱাখলদা লূপ্তুনা লৈখি। মতমসিদা কামদেবনা কদন্ত লীরুং পায়দুনা তত্তনা কাপ্লকপা থৌর-থৌরবা * লৈগী তেল্লা রাধাগী থম্মোয়দা থূম্না শানখি। কামদেবগী তেল্লা পাল্লবা রাধা, শ্রীকৃষ্ণগী ৱাখল খল্লগতা নুংঙাইজে, কপ্লগতা পোত্থাজে। মায়কৈ অনীদা লাং, মাঙদনা লম্মৈ, তুংদনা ব্যাধ (hunter) গী তেন, ময়ায়দা উপায় লৈত্রবী শজী অমোম্না ৱানা খাঙবা অদুগী পাংথক ওইখি। সতী ধর্ম, মীগী মীনোক, লাইগুরু অমদি নুপাগী চৈরাক, থম্মোয়দনা কামদেবগী তেন অসিনি রাধাগী মফমদা ঙাইরিবা যিথম, পরকীয়া রসগী খমথেংবা মতাঙ। মসিনি লাইনীং লম্বীদা পরকীয়া রসকী থাক, ভগবান যংজনবগী লম্বীদা। কৃষ্ণ প্রেমল্লা ঙাওরবী রাধা থল্লকখি কনাবু কিখিগনি হৌজিক। থাদোক্কে খনখি

---

*কামদেবগী লৈগী তেন : ১। অরবিন্দ (থম্বাল অঙাংবা), ২। নীলোৎপল (থম্বাল অশংবা), ৩। শিরীষকুসুম, ৪। অশোক (থারম লৈশোক), ৫। আম্র (হৈনৌ য়েন্নীং)

কামগী তেন মঙা : ১। শক (রূপ), ২। শোক্লবা (স্পর্শ), ৩। মনম (গন্ধ), ৪। মহাও (রস), ৫। তাবা (শ্রোত)।

ধর্ম ধর্মীগী বাখল, কয়াদা ময়ায় কনম্রবা রাধাগী "অনুরাগ (devotion; affection; love; attachment; passion; inclination)!

কৃষ্ণ-প্রেমগী মৈচাক্লা ঙাওরবী রাধাদা ললিতা বিশাখানচিংবা সখীশিংনা মানা খল্লিবা বাখলদু থাদোকউ মিংচৎ থীগনি হায়রম্লওবদা মদুগুম্না বাদু পনবীরক্নু মনাকোংদা চঙদ্রে হায়না মাখিদে। পাল্লগী মীৎয়েংদা কয়াদা যজখিদ্রবা রাধাগী বাখল। নুংগী মীৎয়েংদা কয়াদা থাক বাংশ্রবা রাধাগী প্রেম! আত্মানা মাগী হৌরকফম পরমাত্মাবু ফংজনীংবগী ঈথৌলাংবগী অয়েৌবী থাক্তি। পান্দা তুক্কচনীংঙাই ওইবা রাধাগী বাখল মোংলবা থম্মোয় নুংদা কয়াদা শুদ্ধপ্রেমগী মশক ওইরিবা। ভগবানবু ফংনীংবগী শেংলবা থম্মোয়না কৃষ্ণপ্রেমগী ময়ায়না মমৈদা জ্ঞান মাঙদুনা চোইরোল লোল্লি। চিক্লবা অহিংদা থাবু য়েংদুনা হায়জে : "কদায় হে থাজও! জগৎনা নঙবু ঈংই ফজে অমৃত পুই হায়, অদুবু থম্বাল কৌবী লৈরাংদি নঙগী মঙাল (মৈশা) ফংবদা লোৎলি মমায় ফিরুক খুমদুনা; নহাক্লা হায়বা য়াই থরোনা লৈকা ফম্না শাৎলিবসিদি। অদুবু হায়ফিগে তাজ্ঞৌ মদুগী মরম-মৈবু (অগ্নিদেববু)শাই হায়বা খঙঙিনি নহাকসু, অদুবু মাগী ভার্য্যা স্বাহানদি শাই হায়দে মৈবু, নঙগী চান্নবী ওইবনা থরোনা নঙগী মৈশা খঙদবনি। থাজ নঙগী থাবলনা চাকহল্লি রাধাগী থম্মোয়"। মালংবা নুংশিৎপু চৈদুনা অমুকসু হায় রাধানা "হে মালংবা ! ঈংই হায়নৈ নহাকপু অদুবু ওম্থোক্লা ওলাংশ্রে রাধাগী মফমদদি, মলয়াচীংদদা লৈবা লীননা কামথোরকপা হুবু পুদুনা লাকপ্রনে নহাক্লা ? খঙই, ঐহাক খঙই, নহাক মৈগী মরূপনি, নহাক্কী উপায় নত্তনবু চাকপা ঙম্বা হৌনদে মৈনা। নহাক্কী শউম ফংবদা থোইনা চাকলে রাধাগী থম্মোয়। ঐগী থম্মোয়দা চাকলিবা মৈরিসে হেন্না মৈচাক ফহল্লে নহাক্ল

---

*অনুরাগ : মপা, মমা, নুপী, মচা, মরূপ-মপাঙ, মপুরোইবা, মরৈবাক , ঈশ্বরনচিংবগী মফমদা নুংশিববু প্রেম কৌই। প্রেমগী অথোই অহেনগী চাং খেন্নবা মতুংইমা মখল কয়ামরুম শায়রি। মতম লৈকখিবিতা ইলৌতা নৌদুনতা লৈবা প্রেম মখল অদুবু "অনুরাগ" কৌই।*

।। য়েক্লবগী মরূপ ওইবা নহাক্না লাক্লি মতেং পাংগে হায়না য়েক্লববু ঐগী মৈচাক হেন্নবা, চৎলো চৎলো হে মালংবা শোক্লকনু ঐঙোন্দা"। অমুকসু হায় শাউনা কর্ন্দপ (কামদেব)গী মফমদা - "তাজৌ হায় হে কর্ন্দপ ! হে ইকায় খঙদবা লাই ! লৌনম চাউবা নহাক্না রাধা ঐতবু ৱাহনগে হায়দুনা লীরুং তেন পায়রিবা ! নঙগী তেনবু কনানা লৈগী তেন্নি হায়নৈ, অদুবু তোল্লবী রাধাগী মফমদদি বজ্রদগী হেন্না চৈনা কল্লিদো,কালকুট (deadly poison; venum) কৌবা হু মচীন্দা থোংলদুনা কায়না মৈশা ফংলবী নুংশি ঈখৌলাংবীশিংদা তত্তনা লাক্ল বিরী থম্মোয়দা থাবিদুনা। কাউরব্রা নহাকপু শিব মহাদেবদা কাপ্লুবদা উৎ ওইনা তুম্বদো। নঙবু ঙম্বগী খূৎতা মায়থীরগা তোল্লবী রাধাদা নপাঙ্গল ফূদোকপা কনানা নঙবু কল্লি হায়বীনি। নতোমতা লান চৎপা কিদুনা লোয়নরিবা নৎত্রা বসন্তবু সেনাপতি হাপ্পুনা ? উরী-ৱারী হৈ-লৈ ময়াম্বু ওইহনবা নৎত্রা খোঙমী-লাম্মী। কোকিলগী শুমহৎলবা খোঞ্জেলবু দুং দুভি পূংজাও ওইহল্লগা হয়িংখোই ময়াম্মা ঙংববুনা লীবি খোঞ্জেল ওইহল্লগা লাঞ্জংলকপা নৎত্রা ? কাপ্লু নহাক্কী তেন মঙাদো তোল্লবী রাধাদা"। অসুম হায়না হায়না শোল্লবা তুংদা মমৈদা জ্ঞান মাঙদুনা ৱাম্বদুনা তাখি লৈমায়থক্তা। রাধাগী মতৌ উবদা সখীশিংনা "হা কৃষ্ণ গোবিন্দ, গিরিধারি মধুসুদন ! মতম ওইরে ইবুংঙো পীনবীরো দর্শন করিগী ঈরাক্লহনবীরি বাধাবু নহাক্কী প্রেম ঈপাক্তা, তোল্লবী সখী ঐখোয়না করি উপায় তৌগনি" হায়না কৃষ্ণ কৌদুনা কপ্পরক্লবদা কৃষ্ণ নাম হেক তাবদা জ্ঞান লাক্লবা রাধানা "কদায় কৃষ্ণদি, কদায় কৃষ্ণদি" হায়দুনা ফুক হৌগৎলকই। কোয়না য়েংবদা কৃষ্ণ উবা ফংদ্রবদা সখীশিংদা ওনশিন্দুনা করিগী মীনম্বা হায়বি হায়না হংজখি। সখীশিংনা কৃষ্ণগী চিত্রপট (picture; painting) পুরক্লগা বিশাখানা "লেপলিবা নবুংঙোসি পেন্না মীৎয়েং তাবীরো" হায়না থম্মোয়বু থেমজিনজখি। ললিতানা ফগীওই করিওই "খিৎসু হাকমনৱ্রেদা, ইকায়জরে অউবনা, নুপানা য়াবীনি য়াবীরোই খঙদ্রিঙৈদা কপ্পগা লাউবগা ৱাম্ববগা নুপীনা

তৌরিবসিবু করিনো, খূবাক নামতা খূবা মখোল হৌবা হৌনদে, অনী নীংমিন্নদনা নুংশিনবা য়াবা হৌনদে,মাগী পূক্লিং হান্না খঙদোকখিসি ” হায়খি। নিংথীজনা চিঠি অমা ইরসি নোংঙাল্লগা মহাক মশামক্তা চিঠিদু শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা পীরুগে ইবেম্মগী মওংসি অমত্তা চিংখদনা তন্নুগে, দূতী ( match maker; famale messenger; go-between -নুপা নুপীগী ব্রা পুবা মী) গী থবক্তা য়াম্না হৈবী ললিতা পংব্রাসু ব্রাবীখিনু তন্বা অমা লাকখিনি হায়খি। ললিতাগী ব্রা তাবদা রাধা পূক্লিং পেঞ্জখি। কয়াদা ময়ায় কনপ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা রাধাগী প্রেম।

(নীংশিংজবা :- ঐনা অঙাং ওইরিঙেদা মথক্কী ব্রারী অসি ঐবু পোকপীবা বাবানা পীবীখি। কোন্না অমুক শ্রীইরেংবম গুলামজাৎ সিংহগী “রাধা কৃষ্ণ প্রেম কেলি” হায়বা লাইরিক অমা থেংনজে, মদুদা হায়রিবা ব্রারীসি য়াওরম্মী। ঐগী থম্মোয়দা ফাওরকপা ঈথিল অদু য়াম্না শম্না ইজবনি।)

# দ্রৌপদীগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণগী মীৎয়েং

মাগী ভক্ত কয়াগী অৱাবা অমদি খুদোংথীবা কয়া থোরকপদা থম্মোয় শেংনা অমদি অখাকপা য়াওদনা মাবু নীংজরবদা মাগী ভক্ত অদুবু অৱাফমদগী কনবীখিবা শ্রীকৃষ্ণগী ৱারী কয়ামরুম লৈ। অদুবু অমুক মনাইনি ভক্তনি হায় হায়দুনসু মনাই অদুনা ভক্ত অদুনা নাপলবু কারবা অদুগুম্বা মতাংদদি মনাই অদুগী ভক্ত অদুগী নাপল য়েথেকপা অমদি মীমাঙদা মরায় হাইগৎতনবা পায়া তম্বীবা অদুগুম্বা ৱারী কয়া অমসু লৈ। মাগী ভক্ত অদুদা মনাই অদুদা থৌজাল পীবী হায় হায়দুনসু অখাকপা য়াওনা পূর্ণ সমর্পণ তৌদনা চঙজরবদি থৌজাল পীবীদবা, পূর্ণ সমর্পণ তৌরবতদা থৌজালবীবা ৱারী কয়া অমসু লৈ। পূর্ণ সমর্পণ (complete surrender; full dedication) তৌদুনা অখাকপা য়াওদনা চঙজরবদি শোয়দনা ভগবানগী থৌজাল ফংবগী ৱারী কয়া অমসু লৈ। শ্রীকৃষ্ণনা চানবীবদা নুংশিবদা মানা মহেল্লে হায়না নাপল তৌনা মশাগী ওইজবা থিনা দান তৌবদা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী লোয়নবী পাটেশ্বরীশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবী সত্যভামাগী নাপল য়েথেকপা খ্বাইনা খঙনরি। মাগী ভক্ত উদ্ধবনা নাপল ঈরিক অমত্তা য়াওদনা থম্মোয় শেংনা পূর্ণ সমর্পণ তৌনা তুলসী পত্রদা "হরে কৃষ্ণ" হায়বা কৃষ্ণ নাম শোন্দুনা চঙজবদা শ্রীকৃষ্ণনা থৌজালবীদুনা শ্রীকৃষ্ণ মশাদগীসু কৃষ্ণ নামনা হকপা (লুম্বা) হেল্লি হায়বদু তশেং তশেং উৎপীখি। পাণ্ডব মচীন- মনাও মঙাগী লোয়নবী যাজ্ঞসেনী দ্রৌপদীবু থেংখাঙ কয়াদা অৱ বা তারবদা শ্রীকৃষ্ণনা কনবীবা অদুগা নাপল কারকপা মতাংদনা নাপল য়েথেকপগী ৱারী মহাভারতকী সভা পর্ব অমসুং বন পর্বদা য়াওরি।

ইকায়বদগী মখূৎ নামনা চরৈ ফিবু পায়, মখূৎ নামনা ৱাংনা থাঙ্গৎ "হা কৃষ্ণ থৌজাল হৈবা প্রভু ! ননাই তোল্লবীবু কনবীয়ু" হায়না দ্রৌপদীনা কৌরব সভা মমাঙদা ইকায়বদগী কনবীনবা শ্রীকৃষ্ণবু কৌজে অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা খুদক্তা কনবীখিদে। হন্না হন্না কৌজে অদুগী অদু মঙায়। দু:শাসননা চবৈ ফি চিংথোকপদি লেপ্পা লৈতে। কলথৌরবা মপুরোইবা মঙা করিসু তৌবা

ঙমখিদে। কৌরবকী মায়কৈদগীসু কনা অমত্তা দ্রৌপদীবু কন্নবা চোংথোরকখিদে। বিকর্ণনা ফনা কন্না য়ানীংদবগী খোল্লাউ লাউজন্নবসু কান্নবা মহয় ফংখিদে। উপায় লৈত্রবী দ্রৌপদী অমুক্লা চরৈ ফি য়ান্দুনা পায়, অমুক্লা মখূৎ নামনা থবাক্তা থম ৱানা খাঙজৈ। শ্রীকৃষ্ণ কৌজবদি লেপ্পে। অৱাবা খুদোংথীবা নংলবা মাগী ভক্তবু হেক হেক কনবীবা শ্রীকৃষ্ণ করি তৌগ্রবা ? লেপ্পা লৈতনা, পোখাদনা, হনবা তৌদনা দু:শাসননা দ্রৌপদীগী চরৈ ফি মাগী অঙম্বা পাঙ্গল ফূদোক্তুনা চিংলক্লবদা দ্রৌপদী মমৈদদি ইকায় ইকায় ইকি থাদোক্তুনা থম্মোয় শেংনা অখাকপা য়াওদনা মখূৎ অনীমক থাঙ্গৎতুনা ভগবানদা পূর্ণ সমর্পণ তৌনা "হা কৃষ্ণ থৌজাল হৈবা হে প্রভু ! ননাই তোল্লবীবু কনবীয়ু" হায়জরক্লবা মতম অদুদদি খাঙদুনা লৈবা ঙল্লকত্রবা শ্রীহরিনা দ্রৌপদীবু খূদক্তা কনবীখি। মাগী মনাই ভক্তনা অখাকপা লৈতনা ইকায় ইকিগী ৱাখল পূমথা থাদোক্তুনা পূর্ণ সমর্পণ ওইনা চঙজবকপা অদু অন্তর্যামী ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা খূদক্তা খঙবীদুনা দ্রৌপদীনা মখূৎ অনীমক থাঙ্গৎকে তৌরম তৌফাৎত্রিঙৈদা চরৈফিবু চিংথোকপদা লোইবা নাইরোইদবা মওংদা পীবীদুনা সভা মাঙদা ইকায়বা নংগদবা অদুদগী কনবীখি। দু:শাসননা চিংথোকলিবমখৈ লোইবা নাইদ্রবা দৌপদীগী চরৈ ফি চিংথোবকখি। চিংথোকপদা ৱামনবদগী চোকথরক্লবা দু:শাসন মমৈথংদদি ৱান্থদুনা তুখি।

দ্রৌপদীনা অহানবদা ফনা য়াম্না কপচৈ লাউজৈ, শ্রীকৃষ্ণবু হন্না হন্না কৌজৈ। অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা মনাই ভক্তনা কপচ- লাউজবা অমদি কৌজবা তাবীখিদে। খুদোংথীবা থোক্কদৌরে, ইকায়বা নংগদৌরে খঙনা খঙনা দ্রৌপদী শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা অখাকপা য়াওদনা চঙজখিদে, মখূৎ অনীমক থাঙ্গৎতুনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌজদুনা কনবীনবা হায়জখিদে, অখাকপা অমা য়াওনা হায়জবনি, পূর্ণ সমর্পণ ওইনা চঙজদুনা কনবীনবা হাযজখিদে,মখূৎ নামনা চরৈ ফি য়ান্দুনা (পায়দুনা), অমুক্লা খূৎ নামা থবাক্তা থমদুনা ইকায়বা ঙাক্লবা হোৎনখি। ইকায় ইকি পূমথা থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণদা চঙজখিদে। লেপ্পা লৈতনা দু:শাসননা মাগী চরৈ ফি চিংথোরকপা অদুদদি মমৈদদি

দ্রৌপদী ভগবানগী মফমদা পূর্ণ সমর্পণ ওইনা চঙজখি। অসিগুম্বা মনাই ভক্তগী অসিগুম্বা থম্মোয়গী ফিবম অসিদনি ভগবাননা মনাই ভক্তদা কৃপা পীনবীবা। কয়াদা নুংশিবা, কয়াদা ফজব্রবা, কয়াদা হকশ্রবা, কয়াদা মতীং লৈব্রবা, কয়াদা য়ৌশিনব্রবা ভগবানগী প্রেম, ভগবানগী কৃপা।

অসুম্না ভগবানদা অখাকপা য়াওদনা, স্বার্থ থমদনা পূর্ণ সমর্পণ তৌনা চঙজরবদি ভগবাননা মাগী ভক্ত অদুবু কৃপা পীবী। অদুবু কনানা পূর্ণ সমর্পণ তৌনা ভগবানদা চঙজবগে ? চুম্নতা ভগবানগী মফমদা তৌদবা য়াদবা ওইনা চঙজবতনি, অখাকপা য়াওদনা মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা ভগবানগী মফমদা চঙজবা কনাসু য়াওদে। অখন্নবা ভক্ত খরতনি। পূর্ণ সমর্পণ তৌদনা ভগবানদা চঙজরিবনি হায়দুনা অখাকপা য়াওনা চঙজবা খুৎ- চঙজা অসিদা ভগবান্না থৌজালবীদে, কৃপা পীনবীদে হায়দুনা ভগবানদা মরাল পীশীনবা তারবদি মরাল অদু ভগবানগী নত্তে, ভক্ত শাবা ভক্তদি নৎতবা ঐখোয়গীনি। অসিগুম্বা ভক্ত শাবশিং ঐখোয়না ভগবান ফংবগী ব্রাদি লায়রদনা ভগবানগী থৌজাল মীয়েং মরীক অমা ফাওবা ফংবগী ব্রা লৈতে। মখোঙদা গুন্তীরনা উমখিবদগী কংফালদা কাখৎপা ওমদ্রবা গজেন্দ্র শামুনা ভগবান বিষ্ণুগী মফমদা অহানবদা অখাকপা য়াওনা থৌজালবীনবা হায়জখি। মাগী থম্মোয়দা চুম্নতা ভগবানগী মফমদা চঙজবনি, য়ারব্রদি মাগী পাঙ্গলনা কংফালদা কাখৎকে নীংখি। মদুদা ভগবানগী থৌজাল ফংখিদে। গুন্তীরনা লেপ্পা লৈতনা ঈশিংদা চিংথবা মাগী পাঙ্গলনা ময়েং তারক্লবা, অতৈ উপায় লৈরকত্রবদা ভগবানগী মফমদা অখাকপা য়াওদনা পূর্ণ সমর্পণ ওইনা চঙজদুনা মনাক্তা ফংবা থম্বাল মনাতোন্না হেকচদুনা মসিনা পেন্নবীবা ওইয়ু হায়না কৎচদুনা ভগবানগী থৌজাল নিজরবা অদুগুম্বা মতমদা ভগবাননা খাঙদুনা লৈবা ওম্লকত্রদুনা গরুড় তোংদুনা খুদক্তা লেঙবীরকতুনা গুন্তীরবু হাৎতুনা মনাই ভক্ত গজেন্দ্রবু কনবীখি। খুদোংথীবা কয়াদগী ধ্রুব, প্রহ্লাদনচিংবা ভক্ত কয়াবু ভগবাননা কনবীখিবগী ব্রারী কয়া লৈরি। মিং খরা পঙ্গবতনি। ভগবানগী থৌজাল ফংখিবা অয়াম্বা ভগবান্দা পূর্ণ সমর্পণ তৌরবা ভক্তশিংনা অয়াম্বনি।

সভা মাঙদা দ্রৌপদীবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা কনবীখিবগুম্ম বনদা পাণ্ডব মচীন- মনাও মণ্ডা অমসুং দ্রৌপদীনা পুক্নি লেপ্লিঙৈদা মখোয়বু নোংমা শ্রীকৃষ্ণনা দুর্বাসা মুনিদগী অৱাবা কনবীখিবা ৱারীসু লৈ। মফম অমদগী মফম অমদা,বন অমদগী বন অমদা, আশ্রম অমদগী আশ্রম অমদা অসুম অসুম লাকপনা মতম খরা মখোয় কাম্যক বনদা লৈখি। মতম অসিদা নোংমা দুর্বাসা মুনি মাগী শিষ্য লীশিং তরাগা লোয়ননা হস্তিনাপুরদা থুংলখি। দুর্যোধননা পীজ- পীথক তৌদুনা মখোয়বু সেবা তৌখি। দুর্বাসা মুনি য়াম্ন া শাউগনবা, মানা হায়বা য়াদ্রবা নৎত্রগা মাগা য়ানদ্রবা নৎত্রগা মাগী মায়োক্তা লৈরবা নৎত্রগা মাগী নীংবা থুংদ্রবা নৎত্রগা মঙোন্দা অপনবা অথিংবা পীরবা অদুগুম্বা মীদা হেক্তা শাউবা, চুম্না শাউরগতা তোক্তবা হেক্তা শাপ তৌবা মুনিনি। মাগী শাপকী চৈরাক ফংদুনা অৱাবা তাগ্রবা মীওই মশীং য়ামগ্রে। দুর্বাসা করম্বা মখলগী মুনিনো হায়বা খ্বাইনা খঙই। কৌরবনসু খঙই, পাণ্ডবনসু খঙই। অদুননি দুর্যোধন্না মহাক অমসুং মহাক্কী শিষ্যশিংবু লুনা তৌখিবা, মখোয়বু সেবা তৌখিবা। নৎত্রবদি মাগী শাপকী চৈরাক। পাণ্ডব মচীন- মনাও মণ্ডাবু মাঙহন্নবা হোৎনবা দুর্যোধনগী লাইনীংনি। মখোয়বু মাঙহন্নবা মহাক্না লেপ্পা লৈতনা জাৎ জাৎকী থৌরাং তৌদুনা লাক্লিবনি, তৌরিবনি। দুর্বাসা মুনি মাগীদা লাকপসিদা খুদোংচাবা অমা মহাক্না লৌনীংখি। অদুনা মহাক্না দুর্বাসা মুনি অমসুং শিষ্য লীশিং তরা অদু পাণ্ডবশিংনা লৈরিবা কাম্যক বনদা চৎননবা শীনখি। মাগী থৌরাংদি দুর্বাসাগী শাপ্না পাণ্ডবশিংবু মাঙহনবা অসিনি। থবক অসি পাঙথোক্লবা মহাক্না দুর্বসা মুনি কাম্যক বনদা অহিংদা থুংলুনবা হায়জখি। করিগুম্বা অহিংদা থুংলুবা তারগদি মুনি অমসুং শিষ্যশিং অদুগী চান- থক্ল বা শীনবা ঙম্লরোই, শোয়দনা দুর্বাসা শাউগনি অদুগা পাণ্ডবতা মাঙনবা শাপ তৌগনি হায়বগী ৱাখলসিদা অমসুং পান্দম অসিদা দুর্যোধননা শীনবনি। অসুম্না অতিথীশিংগী চানবা থক্লবা শীনবা মতম চাররোইদবা পুংফমদা পাণ্ডবকী নাক্তা থুংলুনবা শীনবনি। দুর্যোধনগী থৌরাং মতুংইন্না দুর্বাসা অহিংদা মাগী খোঙবুগা লোয়ননা মীয়াম্না নুমিদাংগী চান- থক্লবা

লোইনরবা মতমদা পাণ্ডবকী নাক্তা থুংলে। দুর্বাসাবু মুন্না খণ্ডবা পাণ্ডবনি। খজিক্কীদি মরালদা হৌনা শাউবনি, হেক্তা শাপ তৌবনি। অহিংদা থুংলবা অদুদা যুধিষ্ঠির অবা- লৈচিন কাখি, ঈশ্বরনা তম্বা হায়বদুনি হায়দুনা ওইরকপা য়াবা পূমবা ঈশ্বরদা ইহোকই। ইবুংঙো মাগী নোংদম্বু কনানা ককপা ঙমগনি খন্দুনা লাইবক্তা পূম্নমক লাইগী নোংদমনি হায়বসিদা পুক্নিং ফাজিঞ্জখি। তরাম তরাম্না ওক্লবা তুংদা মুনিদা মফম অদুদা লাকপগী অমসুং অতে কয়াগী মরম হংজবদা দুর্বাসানা মখোয় হস্তিনাপুরদা চৎলুই, দুর্যোধননা সেবা নিংথীনা তৌরকই, পীজ- পীথক ফজে, মফমসিদসু লাক্লিংবদগী লাকপনি, মঙোন্দা কুরু- পাণ্ডব খেন্নবা লৈতে অন্দ্রানি হায়বগা লোয়ননা লম্বী লমশাং লাকপদা অরাম খৌরাংবনা ঙৌরক্লে, প্রভাসতা সন্ধ্যাগী হল্লকত্রিঙৈ অরাম্বা কোক্লবা থৌরাং পূম্বা লোইহল্লম্মু, মখোয় থুনা লাক্কনি হায়খি। যুধিষ্ঠির চীন্দদি লাইবক ফবনি খুমখি অদুবু থম্মোয়দদি নুংবংনবা ফাওখি। দুর্বাসা মুনি শিষ্যশিংগা লোয়ননা সন্ধ্যাগীদমক প্রভাসকী খোংথাংদা চৎখি। যাজ্ঞসেনী দ্রৌপদীগা তানবদা করম্না সেবা তৌগনি খনবদা ৱাজখি। অহিংগী মতম্মি, চান থক্লবা লোইরবনি, করিগুম্বা অমত্তা থৌরাং তৌনীংঙাই লৈত্রবনি, লৈফম্না নারকনি মোংশোংনি, হংফম লৈতবনি, নুংথিলগী মতম ওইবা তারগদি অফংবা উহে- ৱাহে, মনা- মশীং থিরুবা য়াবনি। জগৎকী মপু শ্রীকৃষ্ণদা চঙজবা নত্তনা অতে উপায় লৈখিদ্রে। মতম অসিদা দ্বারকাদা শ্রীহরি রুক্মিণীগী সঙ্গায়দা অৱা'পূম্বা কাউনা নুংঙাইনা চেপ্পি। অমকপা থম্মোয় মচেৎ অমত্তা য়াওদনা হন্না হন্না শ্রীকৃষ্ণবু কৌজরকপদা শ্রীকৃষ্ণ খাণ্ডদুনা লৈথোকপা ঙমখিদ্রে। কষ্মিণীনা করি মতৌনো হংজবদা "ঐগী ইনাই ভক্তনা অৱাবা ফংদুনা ঐবু কৌরক্লবদা করম্না খাণ্ডদুনা লৈগনি" হায়না খুন্নদুনা মহাক খুদক্তা কাম্যক বনদা চৎলগনি খুমখি। গরুড়বু নীংশিংবদা খগেন্দ্র খদক্তা থুংলে। মীৎকুপ খবগী মনুংদা শ্রীকৃষ্ণ কাম্যক বনদা থুংলখি। অদুগা দুর্বাসাগী অপামবা অদুগী মরম মুন্না খণ্ডখি। দুর্বাসাগী শাপ্তগী নাহোক্লবা উপায় তৌবীয়ু তোল্লবা পাণ্ডবশিংবু কনবীয়ু হায়জবদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্রৌপদীদা অতে লায়রি কোন্না খন্নসি "চাক

লাম্বনা থম্মোয়সি পুবা ঙমদ্রে, থীল্লগনু হে কৃষ্ণা ঐগী চাকপু পীরোদা" হায়খি। দুর্বাসানা চাক্কী বা হায়রম্বদা খমথেংনা বারিঙৈ মতমসিদা কৃষ্ণনসু অমুক খূদক্তা চাক্কী বা হায়রকপদা দ্রৌপদী তৌফম খঙখিদে। "উপায় লৈত্রবী ননাইনা করি তৌজগনি" হায়না দ্রৌপদীনা হায়জরকপদা শ্রীকৃষ্ণনা "লাম্বনা চাক্লেনে হৌগৎলোনে হে কৃষ্ণা থীল্লগনু বারেনে, লাম্লবনি তশেংনা, হায়শীন্নবা নত্তেনে, পাত্রদা য়াওরিবদু পুথোকলোনে, চানীংবনা খাঙবা ঙমদ্রে" হায়রকখি। দুর্বাসা লাকই "লাম্বনা ঙৌরেনে", কনবীগদ্রা খঞ্জরুবা শ্রীকৃষ্ণ থুংলে "লাম্বনা চাক্লেনে" হায়রকপদা দ্রৌপদী মঙলা তাইবঙলা মফম খঙখিদ্রে। "মতম অসিদবু ঐখোয়বু লক্লবা চুম্বরনে হে যদুমণি ! দেব ঋষি কয়াবু পীজ- পীথক লোইরবদা অরেম্বদু ননাইনা ফংজরবা তুংদদি পাত্র অসিদা করি অমত্তা য়াওদ্রে থাজবীয়ু" হায়জখি। "নুংথিলসু নত্তে নোংয়াই চবূক লোল্লক্লবা মতম্লি, অরৈবা থিগদবসু হে প্রভু নহাক্লা খঙবীরিবদুনি মফম অসি নারক্লি, মোংশোংনি, বননি"। "পাত্রদা মুন্না অমুক্তা য়েংউ অরেম্বা খজিক্তুংদসু লৈরমগনি, মদু চারগা অরাম খৌরাং কোকচগে, তল্লগনু হে কৃষ্ণা ! লক্লবা নত্তে, চানীংবনা থম্মোয় ব্রং ব্রং চাক্লবনি" হায়না শ্রীকৃষ্ণ গৃ গৃ তকশীল্লক্লবদা দ্রৌপদীনা "থাজদ্রগা য়েংবীয়ু" হায়না থোং- থাক্লবা পাত্রশিংদু য়েংহনবদা চাক মরু খরগা মনা মশীং অমা অনীগা পক্লমবদু থেংনখি। থম্মোয় শেংনা মদু দ্রৌপদীনা শ্রীকৃষ্ণদা কৎচখি। শ্রীকৃষ্ণনা হরাও হরাও চাক মরু খরা অমসুং মনা- মশীং অমা অনীদু চারবা তুংদা "ওষ্ঠোক্লা হাউখ্রেদা , পূক অসি পীক হেক থল্লে, অরাম খৌরাং পূমকোক কোকলে, য়ামনা চামনগ্রমাল্লে পূক থগেরে" হায়দুনা শ্রীহস্তনা পূক্তু সর সর হেক নাল্লি। অঙকপনি ভগবানগী লীলা। সোমদা শ্রীকৃষ্ণনা "পূক অসি পীক হেক থল্লে, ... থগেরে" হায়দুনা পূক নানবগা লোয়ননা মতম চপ মান্ননা অসোমদসু প্রভাস খোংবান্দা দুর্বাসা অমসুং মাগী শিষ্য লীশিং তরা অদুসু "পূক অসি পীক থল্লে, ... থগেরে" হায়দুনা লোইনা মবুক নাল্লি। করি অমত্তা চাদনা পূক পীক থনবা অদুদা করম তৌরিবনো হায়বা অনুমান লৈতে হায়দুনা ঙক্লখি। থনমনখিবনা

পূক চেকখায়দৌরে হায়নবসু য়াওই। "কাম্যক বনগী আশ্রমদা চৎলগা যুধিষ্ঠিরনা লাওলমগদবদু অমুক্তা চাশীল্লবদি ঐখোয় শিবা তারে করম তৌসিগে" হায়নরকখি। "চৎলনুসি, চৎলনুসি, নোঙাল্লগা চৎতুনা থোকপা থোকপা ঙাওনবা হায়বদুনি" হায়নবসু য়াওই। খন্নবা য়াবা খন্নরবা তুংদা অহিং অদুমা মখোয় প্রভাস খোংবানদা লেকপা নোংঙাল্লগা যুধিষ্ঠিরগী নাক্তা স্নান লোইরগা চৎপা হায়না লেপ্লখি। পূম্নমকপু খঙলবা অর্ন্তযামী শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরদা "দুর্বাসা অমসুং মাগী শিষ্যশিং অহিংদু লাক্লরোই, করি অমত্তা চিংনরুবগনু, হয়েং নোংঙাল্লগা স্নান- দান লোইরগা লাক্লনি" হায়বা খঙহনবীখি। অসুম্না শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা পূর্ণ সমর্পণ তৌনা চঙজবদগী শ্রীকৃষ্ণনা মাগী ভক্ত পাণ্ডবশিং অমসুং যাজ্ঞসেনী দ্রৌপদীদা থৌজাল পীনবীদুনা অন্নাবা খুদোংথীবা তাংকম অসিদগী মপূংফানা কনবীখি।

অন্নাবা খুদোংথীবা কয়াদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্রৌপদীবু কনবীরবসু নাপল কারক্লবা মতমদদি নাপলদু য়ৈথেকই। পাণ্ডবকী লোয়নবী দ্রৌপদীনি। মপুরোইবা মঙাবু ঈশ্বরমক্লি খঞবী যাজ্ঞসেনীনি, চৌবর শান্নবদা দুর্য্যোধনগী মখূৎতা মায়থীবা ফংলবা যুধিষ্ঠির মনাওশিং অমদি লোয়নবী পঞ্চালীগা লোয়ননা হায়নখিবা মতুং ইন্না চহী ১২ বন চৎপা তাখি অদুগা চহী অমনা মশক খঙহন্দনা থিবা ফংহন্দনা লোৎপা তাখি। মথং মথং বনদা লৈরকপদা মমৈদা কাম্যক বনদা লৈখি। লোৎকদবা মতম নকশিল্লকপগা লোয়ননা মখোয় কাম্যক বন থাদোক্তুনা মফম অমদা চৎপা তাখি। কাম্যক্ক বন থাদোক্লমলগা অসুম লাকপনা হুমনি শুবা নুমিৎকী নুমিদাংবাইরমদা কাম্য সরোবরদা থুংখি। মফম অদুদা নুমিৎ হুমনি চুপ্পা মতম লেনখি। বনগী পুন্সি অসিদা মুনি ঋষি কয়া লাক্তুনা মখোয়গী অন্না কোক্লবা মখোয়গুম রাখিবা, মখোয়দগী হেন্না রাখিবা মমাঙৈগী রারী কয়া লীবীখি। মুনি ঋষি কয়ানা দ্রৌপদীবু হন্না হন্না থাগৎপিখি। মাগী লিচৎ, লমচৎ শাজৎ, মপুরোইবা নীংবা কয়াবু শকখঙবীদুনা নুংশি রাহে কয়া হায়বীখি। মপুরোইবা নীংবী অমা ওইনা মুনি ঋষিশিং অদুনা দ্রৌপদীবু অন্নাংবা থাক্তা থমদুনা থাগৎপিরম্মী, বর কয়া পীবীরম্মী। মসিনা মরম ওইদুনা নাপলগী মমি অমা

দ্রৌপদীগী থম্মোয়দা ময়েক শেংনা তারকখি। খঙখি মহাত্মা "দ্রৌপদি পতিব্রতানি, ইপুরোইবা নীংবীনি, মরোল অহুমদা মমিং চংলবী সতীনি, ইপুরোইবশিংগা বারে ব্রামীন্নবীনি, ইপুরোইবা নীংবগীদমক্তা মুনিশিংনা থাগৎপিরবীনি, পোকপগী মহয় য়াল্লবীনি, জগৎ মপুনা নুংশিবীরবীনি, ঐগুম্বী সতী তাইবঙদা অতাঙবীনি"। অচুম্বমক্কি দ্রৌপদীনা খল্লিবসি। অব্রাবা খুদোংথীবা কয়াদা শ্রীকৃষ্ণনা থৌজালবীখ্রে, মুনি ঋষি কয়ানা থাগৎপিরমলে, মপুরোইবশিংগা ব্রামীন্নবা কয়া ব্রামীন্নবে। সতীদা সতী হায়বীদুনি দ্রৌপদী। অদুবু পূম্নমক অসিনা মঙোল্দা নাপল অমা ফাওরক্লে হায়বসি অর্ন্তযামী ভগবান শ্রীকৃষ্ণনদি ময়েক শেংনা উবি। নাপল অসি য়েথেক্কে খল্লকলে শ্রীকৃষ্ণনা। কাম্য সরোবরদগী মখোয়না লাকপদা নিংথীরবা আশ্রম অমা উরক্লে। আশ্রম অদুদা লাক্লগা মখোয় ঙাইহাক পোখাবগা স্নান তৌরবা তুংদা উহৈ ব্রাহৈ থিবা চংনবা য়াও, ইষ্ট পূজাগীদমক লৈবাং থিবা যাও চংথোক্লখি। মতম অসিদা মতম চাদনা হৈনৌ পাম্বী অমদা হৈনৌ অমা পানবা দ্রৌপদীনা উখি। দ্রৌপদীনা হায়জবদগী অর্জুননা হৈনৌদু তেন কাপ্তুনা হেক্লগা দ্রৌপদীদা পীবীখি। দ্রৌপদীগী নাপল থুদেক্লগে থৌবাংলিবা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা কবি মতৌনো তৌবিবসি, কবিগী মতম চাদনা পানবা হৈনৌদু হেক্লুবিবনো মসিনা অফবা ফল ওইরকলোই, ফত্তবা মাঙতাক্লবা থোক্লক্কনি হাযখি। পাখৎলবা যুধিষ্ঠিবনা মবম হংজবদা শ্রীকৃষ্ণনা হৈনৌ অসিদি অঙকপনি, নুমিৎ খুদিংগী অমমম পানবনি, সাপ দীপন মুনিনা তপস্যা তৌবা চংলুবদগী সন্ধ্যা যাচঙলকপদা হল্লকপদা উপালদগী হৈনৌসি হেক হেক চাবনি, হৈনৌ অসি মুনিগী ঙক্লবা তপস্যাগী পাঙ্গলনা পানবনি, মুনিনা হল্লকপদা হৈনৌ পাল্লমদবা উবদা শাউবনা মৈদা ঘী হৈরনি, মুনিগী অশাউবদগী ময়ামগী মাঙনবা ওইবগনি, পার্থ অমসুং দ্রৌপদীগী কর্মগী ফল ওইনা পূম্নমক উৎ ওল্লগনি হাযখি। করম তৌরগা অব্রাবসি কোক্কনি হংজবদা হৈনৌ অসি হান্নগুম পানহনবা ঙম্লবদি মুনিগী শাপ্তুগী কোক্কনি, মুনিনা শাপ তৌরোই খুমখি। ওইথোক্লবোইদবা থবকসি করম্না ওইথোক্কনি করম্না হৈনৌসি অমুক

হান্নগুম পানহনবা ঙমগনি হায়জবদা শ্রীকৃষ্ণনা মদুগী উপায় লৈ, উপায় অদুদি পাণ্ডব মঙা অমসুং যাজ্ঞসেনীনা মাগী মাগী থম্মোয়দা লৈবা অচুম্বা অনীংবা অদু শেংনা ফোঙদোকপা অসিনি। অসুম তৌরবতদা হৈনৌ অসি হান্নগী মফমদা পানগনি। হরাওবগা লোয়নননা যুধিষ্ঠিরনা মমাঙগী সম্পদপুদি ফংলবা ব্রহ্মভোজন যজ্ঞ তত্তনা তৌগনি হায়রকপদা হৈনৌদু খরা কাখৎলকই (ব্রাংলকই)। বৃকোদর ভীম্না কৌরব পুম্বা খোঙপাক্লা কাওদুনা হাৎকনি, দু:শাসনগী মথবাক শেগায়দুনা মাগী ঈ থক্কনি, দু:শাসনগী ঈনা দ্রৌপদীগী শমবুনবা থোকহনগনি, দুর্য্যোধনগী ম- খুউদো গদানা য়ৈথায়দুনা থুদেক্কনি, মসিনি নীংজরিবা হায়রকপদা হৈনৌদু খরা ব্র াংবা হেনগৎলি। দুর্য্যোধনবু তেংবাংলিবা কর্ণবু তেন্না কাপ্পুনা হাৎপা অসি অচেৎপা লাইনীংনি হায়না অর্জুন্না হায়রকপদা হৈনৌদু খরা অমুক ব্রাংবা হেনগৎলি। ধর্ম্মনা অমুক নিংথৌ ওইরবা কান্দা হান্নগুম যুবরাজ ওইদুনা অরাক অরাকপা নিংথৌশিং ধর্মদবু থাজিনগনি, অচুম চুমদা বিচার তৌগনি হায়না নোকুলনা মাগী থম্মোয়গী অশেংবা ব্রাফম হায়রকপদা হৈনৌদু হেন্না ব্রাংবা হেনগৎলি। ময়াম্বুংনবু নিংথৌ অমুক ওইরবদি ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব সেবা তৌগনি, কাংহাই চামর থৌগলগনি,মদুনা পেঞ্জগনি, ইমাগী সেবাদা মতম চুপ্পা লেনগনি হায়না সহদেবনা হায়রকপদা হৈনৌদু হান্নগী পানফম মনাক য়ৌনা ব্রাংখৎলি। মঙোন্দা অব্রাবা পীখিবা পাপীশিংদু ভীমার্জুন্না হাৎকনি, মদুদা মখোয়গী নুপীশিং কপ্পগনি, মখোয়গী মতৌ উবদা খাক্লা নোক্কনি, নিতিগী যজ্ঞ উৎসোব তৌগনি, মরূপ মপাং কয়াগা নুংঙাইনা পানগনি, মসি মাগী নীংজবনি হায়না দ্রৌপদীনা হায়রকপদা হৈনৌদু লৈবাক্তা পোপ তারকখি। হৈনৌ হান্নগী মফমদা পানগদৌরে, সান্দীপন মুনিগী শাপ ফংলরোই হরাওনরম্বদু হৈনৌদুনা লৈবাক্তা তারকপদা থোইনা হেন্না ব্র ানখি। ব্রাবনা কিরবা যুধিষ্ঠিরনা করিগীদমক হৈনৌ তারকলিবনো যদুবীর ! হায়না হংজবদা গোবিন্দনা হৈনৌ তারকপগী মরমদি দ্রৌপদীনা মীনম্বা ঙাঙবদগীনি খুমখি। যুধিষ্ঠিরনা দ্রৌপদীদা "করিগীনো ইবেম্মা নঙনা মীনম্বা ঙাঙবদি, অশেংবা হায়য়ু" হায়রক্লবদা দ্রৌপদীনা অচুম্বা হায়দবা

য়াদবা মতাং লাকখি। অদুবু মহাক হায়দোকপা ওমদনা তূমিন্না লৈখি। "অশেংবা হায়য়ু হায়দ্রবদি নঙক কক্কনি" হায়না অর্জুন্না শাউনা হায়রকপদা ইকাযবা থাদোক্তুনা দ্রৌপদীনা অশেংবা হায়দোকখি। যজ্ঞগী মতমদা কর্ণবীর লাকখি, মহাকপু উবদা মহাক অদু কুন্তীগী মপারীবু ওইদুনা মখোয় তরুক্কী সেবা ফংজববদিকো নীংজরুই হায়না দ্রৌপদীনা হায়রকপদা থীনবা তৌদনা হৈনৌদু ব্রাংখৎলক্তুনা হান্নগী মফমদা পানখি। ময়াম হিংবা তারে হায়বগী ব্রাখলদা যুধিষ্ঠিব হবাওজখি। অদুবু বৃকোদর ভীমনদি দ্রৌপদীদা "লমচৎ নাইদবী, অমত্তা নত্তনা মঙাবু নপুরোইবা ওইনা ফংজরবমক্তদা সুত মচা অমবুসু পাম্মুবি" হায়দুনা "পাপী নহাক্তবু লোইশিল্লগে" হায়দুনা চোংশিনখি। মোমোন নোক্রদুনা গোবিন্দনা ভীমদা "দ্রৌপদীদা নিন্দা তৌফম থোক্তে, সাগুন্দী সতী লৈতে, মহাক্কী মরাল লৈতে, হায়দোক্কপা য়াবা মতাং নৎত্রি কোন্না হায়গে" হায়দুনা খামজিনখি। ময়ামগী অশাউবা নেমথববসু দ্রৌপদী ইকায়বনা মমায় মকখি কাহৎনা। অঙকপনি কৃষ্ণগী লীলা, খঙঙমদবনি মাগী মায়া। দ্রৌপদীগী নাপল য়েথেক্লবা চুম্নদবু লাওবনি, পানহনবনি হৈনৌ মতম চাদনা মাযা তৌদুনা। কয়াদা ওকখ্রবা দ্রৌপদীগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণগী মীৎয়েং: অব্রাবা তারবদা কনবীবা, নাপল কাবকপা মতমদা নাপল য়েথেকপা।

*******

# কৃষ্ণদগী হেনবা কৃষ্ণনামগী মহিমা

"হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ" কৃষ্ণ নামনি। অগুকপনি কৃষ্ণনামগী মহিমাদি। লুপ্পা হেল্লি কৃষ্ণদগী কৃষ্ণ নামনা। পুবদা লূমন্ত্রবা শোনবদা হাত্রবা নাম অসি শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা শোঞ্জদুনা ভক্ত- বৈষ্ণবশিংনা থম্মোয় শেংনা লৈননবা পান্দমদা মীৎয়েং থমলি। কৃষ্ণদগী কৃষ্ণনামনা লুপ্পা হেল্লি হায়বসি মহাভারতকী আদি পর্বগী মতাং অমদগী খণ্ডবা গুম্মী। পারিজাত হরণ (হূবা) অমসুং মসিগী মখা তাবা থৌদোক তারগা পারগা কৃষ্ণনামগী মহিমাদি অসি ওইরেকো হায়বা নীংশিংহল্লি।

মতম 'মদা শ্রীকৃষ্ণ শান্নগেবু হায়দুনা রৈবতগী চীংথক্তা কাখৎখি নুংঙাইহনা। মতমদুদা থুংলখি নারদ ঋষি পারিজাত পরেং অমা মাগী বীণাদা পুল্লদুনা। শ্রীকৃষ্ণগী ঙকশমদা লৈরাং পরেং অদু নারদনা হূকচখি। লৈরাং পরেং অদু লৌথোক্লগা শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিণীদা নুংশিনা হূকপীখি। ঙাইহাক ব রী শানরবা মতুংদা বিদায় লৌদুনা নারদ হনখি। মী খৎনহনবদা নুংঙাইজবা নারদনি, খৎননবা শীনবদা থৱায় লূপচবনি, খৎনবা খামদোকপদসু হৈশিংবা নারদনি। লম্বীদা অসুম লাকপদা মণ্ডন মণ্ডন খনখি। লৈপরেং অদুগী ৱারী সত্যভামাগী মফমদা পাউদল্লবদি সত্রাজিৎকী মমোমদো শোয়দনা খোয়দৌ থীৎকনি খনখি। খৎনহনবা তাঞ্জা অমা লৈরে হায়বা ৱাখলসিদা নারদ সত্যভামাগী নাক্তা চৎতুনা মহাক্না ইন্দ্রদেবগী নাক্তা চৎপা, ইন্দ্রদেবনা লৈ পীরকপা, শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈপরেং অদু কৎচবা, শ্রীকৃষ্ণনা মাগী ঙকশমদা শিবা, লৈপরেং অদু রুক্মিণীদা হূকপীবা পূম্বা শীৎ- শীৎনা তম্বগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা চানবীবদি রুক্মিণী ওইরমলে, সত্যভামা ওইরমদ্রে হায়দুনা জাৎ জাৎকী ৱা হায়জীনখি। খোয়দৌ থীৎনা শাউরবা সত্যভামা মঙকশমদা শিরিবা লীক্লাং পরেং থদৎলে, মণিকুণ্ডল হূন্দোকলে, ফিরোল লংখাইরকলে, শাউবগী ঙমখে লৈখিদ্রে, ৱারৌবা পন্দোম লোমলে। মাগী মতৌ উবদা নারদ হরাওবনা লোইরে, থম্মোয়নুংদা মোমোন নোকলে। শ্রীকৃষ্ণ অমসুং রুক্মিণীগী নাক্তা তহল হল্লক্লে। করিগীনো অমুক হন্না য়াম্না থুনা লাক্লিবদি

হংবদা মহাক সত্যভামগী নাক্তা চৎলুই, সুম ৱারী শানবদা অদুম তৌনি খঙদবনা পারিজাতকী ৱাবু তন্নুরে, রুক্মিণীদা পীখরে তাবদা সত্যভামা লাইবকতা খুদুম শুনা কপ্পা- ও, লাউবা- ও তৌদুনা ওহোকপা বিকার অমদা লৈহৌরে। "ঐতা শিজখ্রগে" হায়না লাউ-খোংবদু কনা অমত্তনা খামজিনবা ওমহৌদে হায়না পাউদমখি। করম তৌনি খনবদা নুংবংনরবা শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিণীদা থেমদুনা লৈপরেং অদু পীথোকখ্রসি, "সত্যভামাগী মতৌদি নহাক্ক। খঙলিবদুনি, শাউরিবনি হায়দুনা মথন্তা শিজবা ওমগদৌবী মীশকনি" হায়জখি। রুক্মিণীনা মদুদা "ঐঙোন্দা নুংশিরিবনি হায়দুনা পীবিবা লৈ পরেং অদু অমদা অমুক পীগে তাকপিবা, ঐগী থম্মোয়বু মৈ চুবীবা অসিদা লাইবক থীবি ঐহাক্কা করি তৌজবা ওমগনি" হায়না খুল্লকপদা শ্রীকৃষ্ণ নুংবংনখি হায়ফম তৌফম খঙখিদে। নারদদা ওনশিন্দুনা কদায়দা ফংবা লৈরাংনো হংলবা তুংদা অমরাপুরগী নন্দন বন্দা ফংই খঙখি। মফম অদুদা চৎলগা ইন্দ্রদেবগী মফমদগী লৈরাং নিরুনবা নারদ থাখি।

শ্রীকৃষ্ণনা মতুং তাবদা সত্যভামাগী নাক্তা চৎতুনা অঙম্বী থাক্তা ৱারৌদনবা থেমখি। থেম্বা য়াবা মরৈত্রবদা মহাক্কীদমক ইন্দ্রদেবগী মফমদে নারদ থাদুনা পারিজাত লৌহনখি হায়খি। তাঞ্জা অদুদা নারদ থুংলখি। পারিজাত পীরকপদি লায়রদনা শ্রীকৃষ্ণবু ইন্দ্রদেবনা থীনা চৈহৌই তন্নরে। মথ্বায় প্রোক প্রোক চাক্লা শাউরবা শ্রীকৃষ্ণনা মশামক চৎতুনা পারিজাত পাম্বী ফুকতুনা পুরক্লগা সত্যভামাগী থোঙ্গালদা থাগনি ৱাশকখি। গরুড় কৌবদা খূদকতা থুংলে। সত্যভামাসু য়াওনা গরুড় তোংদুনা ইন্দ্রনগরদা পারিজাত পাম্বী লৌবা চৎখি। পারিজাত লৌবা লাক্লে তাবদা ইন্দ্রদেব শাউবনা মশা থক থক নীকখি। খূৎতা বজ্র পায়দুনা শ্রীকৃষ্ণগা থেংনবা লাকই, শচীসু লোয়নরকই। ৱাহৈগী লান লোইরবা তুংদা খূৎলাইগী লান হৌনরকখি। লান্দা ইন্দ্রদেবগী খূৎলাই পূম্বা শ্রীকৃষ্ণনা ককথখি। মমৈদা ইন্দ্রনা শাউরদুনা মাগী বজ্র লংলকখি। সুদর্শন চক্রনা মতূপ মতূপ ককপা য়াবনি, অদুবু মুনি য়াথং কায়গনি খনবদগী শ্রীকৃষ্ণ খূৎলায়দু শীজিন্নখিদে, মদুগী মহুৎতা খগেশ্বর (গরুড়) গী মতু অমা শীজিন্নহনখি। খগেশ্বরনা মচীন্না মতু

অমা কোয়রগা লংলকপদু ইন্দ্রদেবগী বল্লুনা মাঙহল্লবা তুংদা বল্ল অমুক হনখি। অমুকতগী হেনবা য়াদবা বল্লুনি। অসুম্মা কৃষ্ণ-ইন্দ্র অনীগী লান উবদা নারদ পাখৎপদা লোইরে। মী খৎনহনবদা হৈশিংবা নুংঙাইজবা নারদনি, খামজীনবদসু হৈশিংবনি। ক্ষীরোদদা চৎতুনা কশ্যপ মুনিগী মফমদা মপারী ইন্দ্রগী লানগী পাউ তমখি। তাবদা কশ্যপ মুনি ৱাবনা পল্লেংলে। খৎনবা খাল্বা ঙমগদবদি মহেশ্বর (শিব মহাদেব) নি খন্দুনা হর স্তুতি তৌখি। মাগী স্তুতিদা পেনবীরদুনা যোগেন্দ্র (শিব) না যঞ্জাও তোংদুনা খগেন্দ্র (গরুড়) দা উপেন্দ্র (কৃষ্ণ), গজেন্দ্র (ঐরাবত) দা ইন্দ্র তোংদুনা লাল্লেংনরিবা অদুগী ময়ায়দা লেপখি। সদাশিবনা ইন্দ্রদা নহাক্লা শ্রীকৃষ্ণ পানবা নতীক নল্তে হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণ কনানো হায়বদু নীংশিংহনখি অদুগা পারিজাতকী মরমদসু শুগায়না তাকখি। শ্রীকৃষ্ণগী মফমদসু ইন্দ্রবু ঙাকপীনবা থেমজিনখি। শ্রীকৃষ্ণ কনানো নীংশিংলকপগা লোয়ননা ইন্দ্রদেবনা শ্রীকৃষ্ণদা মাগী তাইবঙ লীলা লোইহ্রিক্লাওবা পারিজাত পাম্বীদু শাগোন্নবা লৈবীয়ু হায়না শিন্নখি। মসিদসু নত্তনা ইন্দ্রদেবনা সত্যভামাগী মতীক মগুণবু শৈথাজদুনা লৈশি লৈথোঞ্জখি। অসুম্মা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং ইন্দ্রগী লান লোইরবা তুংদা পরিজাত পাম্বীদু দ্বারকাদা পুরকতুনা অদুগুম্বা পুস্পরাজ অদু সত্যভামাগী থোঙ্গালদা মমল য়াল্লবা রত্ন না লৈবুং থোন্দুনা থাখি। অসুম্মা সত্যভামা থোইদোক্লা মথোই কারবী শ্রীকৃষ্ণগী খ্বাইদগী হেন্না চান্নবী রাণী অমা ওইনা লৈখি।

মাগী থোঙ্গালদা পারিজাত হৌবা, লৈনম্মা শরা শন্না শন্দোরকপা, থাজ চামা চামা ঙানবগুম্মা ফজবা, মখোঙদা শ্রীকৃষ্ণগা তত্তনা শান্নবা, দ্বারকা পুম্বদা সত্যভামাগী ৱাতা ঙাঙনরকপা অমদি মাগী মতীক মগুণ শক্ল া-শোন্নরকপা মতমসিদা নোংমা লাকখি নারদ মুনি সত্যভামাগী নাক্তা অদুগা ব্রতরাজ কৎপগী ৱাফম থমখি। শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং লৌনবা অমসুং চঙগদবা পোৎলম অমদি তৌগদবা দক্ষিণা অসিনচিংবা কয়াগী মরমসু খঙহনখি। অক্তবা নুমিৎ য়েংদুনা ব্রত অদু হৌখি, নারদনা পুরোহিৎ ওইখি, পারিজাতকী মখোঙদা হৃষিকেশ পুন্দুনা থমখি। খুৎতা থোইদিং কুশ পায়দুনা সত্যভামা ফমখি অদুগা কৎখি মহাক্লা শ্রীকৃষ্ণবু দানবুদি। "স্বস্তি" হায়না নারদনা

খুংথেংননা লৌখি। শ্রীকৃষ্ণবু পারিজাত মখোঙদগী থোক্লগা শেংলিবা ফিজোন হোংলগয় তপস্বীগী ফিজেং শেংহনখি। দ্বারকাগী মবুংঙোবু নারদনা পুন্ননি তাবদা দ্বারকাগী নুপী অঙাং হৌখি। শ্রীকৃষ্ণগী ফিজোল উবদা মীপুম খুদিং কপ্লখি। দেবকী রোহিণী ওন্ন-থোইনা কপচে, রুক্মিণীনচিংবা লৈমা লীশিং তরাতরুক লৈমায়দা ঝাপ্পু-ঝাপ্পু কপ্লখি। নারদনা গোবিন্দবু পুদুনা চংলি শ্রীকৃষ্ণবু পুবিখিনু হায়জবদা নারদনা ওক্লিল্লক্কুনা "সত্যভামানা দানতৌবদা থিংদে" হায়দুনা শাউদুম শাউই রুক্মিণীদা। সত্যভামা ফুক হৌগংলি অঙাওবীগুম। নারদদা লৌনম চাউবা মহাকনি, ব্রতগী ঝাফম পুশিন্দুনা মবুংঙোবু পুনবা থৌরাংবনি হায়খি। মমৈদা দ্বারকাগী মীয়ামগী অব্বারদু কোক্ল বা শ্রীকৃষ্ণগা লুপ্পা মাল্লবা (চাংদম্নবা য়াবা) মমল য়াম্বা পোংশক অমা পীরবদি পোংশক অদু ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী মহুৎতা পুজখিগে হায়রক্লবদা থোইনা হেন্না হরাওজরবী সত্যভামানা মাগী সনা লুপা লীক কোন লোইনা পুথোরকখি। ফালা অমা শেমশাদুনা নাকল অমদা শ্রীকৃষ্ণ, নাকল অমদা সনা লুপা লৈতেংশিং অদু থমদুনা খল ওন্নবদা শ্রীকৃষ্ণগী নাকল অদু শম্মা মফৈ অমা ফাওবা মচী লেঙখিদে। লৈমা খুদিংমক্কী সনা লুপা মণিমুক্তা লোইনমক হাপ্লবদসু শ্রীকৃষ্ণগী নাকল মচী লেঙখিদে। সত্যভামানা কপ্পা উবদা নারদনা শাউনা "উপেন্দ্রাণীনি হায়দুনা হায়কশাইনে নচীন্দা, সনা লুপা পুথোক্কুনা নপুরোইবদি কনঙমদা, অঙাংগুম্না করিগীবু কপ্লিবা, অদুগুম্বী নহাক্না করি ব্রত তৌরুবা, চংসি চংলো হে কৃষ্ণ অমুক পম্ভবা তৌরনুসি" হায়জখি। যাদব অমদি যাদবীশিংনা ওন্ন-থোইনা কৃষ্ণ কায়নবা তারে হায়না কপ-লাউনরিঙৈ মতম অসিদা ধর্ম খঙবা উদ্ধবনা মমাঙঙৈদা শ্রীমুখনা মঙোল দা তাকপিখিবা "কৃষ্ণদগী কৃষ্ণনাম না হকপা হেল্লি" হায়বা ঝাফম অদু খল্লুরগা হাপলিবা সনা লুপা মণিমুক্তা পুম্না লোইনা লৌথহনখি অদুগা তুলসী মনা অমা হেক্লুরগা মদুদা ময়েক অনী "হরে কৃষ্ণ" ইদুনা ফালাদা থমখি। খুদকত্তা শ্রীকৃষ্ণনা ফমলিবা ফালাগী নাকল অদু হাইগংখি তুলসীগীনা লূমথখি। হরাওবনা মখোই কারবা মীয়াম্না উদ্ধবনবু জয় ওইরে লাউনখি। নাম পত্র অদু পুদুনা নারদ মুনি চংখি। কয়াদা মতীক চাউরিবা কৃষ্ণ নামগী মহিমা।

মথক্কী ৱারী অসি মহাভারতকী আদি পর্বগী মতাং অমনি। কাশীরামদাসকী মহাভারতা ৱারীসি ফজনা ইরি। ফগাদা তুলসী পত্র হাপ্পসি কৃষ্ণকী ভক্ত উদ্ধৱননি। উদ্ধৱনা তুলসী পত্র হাপ্পা অসি নওবা রুক্মিণীনা হাপ্পা ৱারী অমসু লৈ। মুম্বাইদা থোক্লবা কোমিক *Amar Chitra Katha No. 316 (August 15, 1984)* ইসুদা THE PARIJATA TREE AND OTHER TALES OF KRISHNA হায়বসিদা ৱারী অহুম য়াওরি। মদুগী মনুংদা *Tulabhara* হায়বসিসু অমনি। *Tulabhara* হায়বসিদা তুলসী পত্র হাপ্পসি রুক্মিণীনা হাপ্পা ওইনা য়াওরি। ৱারী অসিগী মতাংদা কোমিক অসিদা ইরি ঃ "*The story entitled Tulabhara or weighing of Krishna is retold from the repertoire of the Kirtankars of Maharashtra, Karnataka and Andhra*". কোমিক অসিদা য়াওবা *Tulabhara* পারবদা থম্মোয়দা ফাওরকপা ঈথিল অমা ওইনা ৱারীসিদা ফুক্ষম ওইরগা মখাগী ৱারেং অসি খরা চাউথোকহন্দুনা ইজবনি। মসিদা য়াওবা অরান অহুই কয়া খ্বাইনা ভাকপিগনি।

## "কৃষ্ণ নামগী মহিমা"

রুক্মিণীঃ- যুগ যুগ চুদিংদা ধর্মনা মরায় চায়থরক্লবদা সাধুশিংবু কনবীনবা পাপীশিংবু লানবীনবা শায়োন কয়া তৌবীরিবা হে হরি! হে কৃষ্ণ! হে দয়াময়! নহাক্কী নামবু মুনি ঋষি কয়ানা শকশোনজদুনা যেক্লবা তককতগী লানথোক্লবা হোৎনবি। ননাই তোল্লবী রুক্মিণীসু হে ইবুংঙো নহাক্কী নামবু শোনজদুনা অহিং নুংথিল লেঞ্জগে। মপান নাইথ্রবা নহাক্কী থৌজালগী ঈপাক্তগী লাইজ মবীক অমত্তং পীনবিদুনা পাপকী লম্বীদগী লানথোক্লবা থৌন' লিংজেল পীনবীয়ু। ইবুংঙোনা পীনবিবা পারিজাত পরেং অসি তোল্লবীগী ওকশমদা শিজবতা নত্তনা ঐগী থম্মোয় হৃদিনুংদা নহাক্কী "হবে কৃষ্ণ" হায়বা নাম সিগা লোয়ননা মতমচুপ্পদা কোনশিন্দুনা থমজগে। হবে কৃষ্ণ, হবে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ-কৃষ্ণ, হবে হবে।

-----(০০০)-----

সত্যভামাঃ- দ্বাবকাগী মন্দুংদা সত্যভামা ঐহাক্কা মান্ননা লাইবক ফবসি কনা য়াওবমখনি নত্তে, দ্বাবকাদদা নত্তে, স্বর্গ মর্ত পাতাল মবোল অহুম্মকতদন। সনা, লুপা, হিবা মণিমুক্তা মখল কয়াগী লৈতেং শামদি মমল য়াম্নবা ফজরবা ফিরোল কয়া ঐহাক্কী য়াংতনা লৈবি। মুনি ঋষি কয়ানা ধ্যান তপ তৌদুনসু অমুক্তং উজগে ফংগুমদ্রবা শ্রীমূর্তি ঐহাক্তি নুমিৎ খুদিংগী চবণ সেবা ফংজবি। কৃষ্ণ অয়ুনবগী য়াবনা দশমী দশা ফংখ্রবী ব্রজবৃন্দাবনগী শ্রীমতী বাধিকা "হরে কৃষ্ণ" শোনজবা নত্তনা কৃষ্ণ ফংবগী য়াকম লৈত্রে। দ্বারকাগী লৈমকোলগী লৈমা লীশিং তরাতরুক চামনা ঐহাক্কী য়াকা ওইদুনা লৈরি। ইচেম ইকেম্মা রুক্মিণী অমদি জম্বুবতি অনীমকসু ঐহাক্কী

ইথা খাবত্তুম তৌরি। দ্বারকাগী মবুংগো শ্রীকৃষ্ণনা ঐহাকপু ঋাইদগী হেন্না থৌজানবিরী। মদুগী খুদমদি ইচেম ইবেন্মা রুক্মিণীদা পীখিবদি সুপ্নগী পারিজাত পরেং অমত্তনি। ঐহাক্কীদি অমরাবতীগী লৈকোল নন্দন-কানন্দা হৌবা পারিজাত পাম্বী ঐহাক্কী থোঙ্গালদা লৈতেংলি। কল্পবৃক্ষ মঙাগী মনুংদা অমনি হায়নরিবা পারিজাত লৈরাংগী লৈনমসিনা দ্বারকা পুম্না পূক্লিং শুমহৎহল্লি। লৈমা লীশিং তরাতরুক্কা চামনা করম্না দ্বারকাদা লৈখিবা, শ্রীকৃষ্ণনা ঐহাকপু কয়া য়াম্না থৌজানবীখিবা-হৌজিকসু ঐহাক্না নীংশিংলিঃ-

-----(০০০)----

*কৃষ্ণঃ- ভামা! নহাক অসি দ্বারকাগী অথোইবী মবেন্মনি।*

*সত্যভামাঃ- পুম্নমক প্রভুগী থৌজান্নি।*

*কৃষ্ণঃ- ঐহাক্না নহাকপু মীকুপ অমা ফাওবা থাদোকনীংদে।*

*সত্যভামাঃ- ননাই তোল্লবীগী লাইবক ফবনি।*

*কৃষ্ণঃ- ভামা! য়েংউ আদা মথম্রায় ব্রানা মায়খোঙ মক্না লাক্লিবসে স্বর্গপুরীগী মবুংঙো ইন্দ্ররাজনি।(ইন্দ্ররাজ চঙলকপা)*

*কৃষ্ণঃ- লেঙশিনবিরকসি ইন্দ্ররাজ, মাযখোঙ মক্না পুক্লিং নুংস্নক নুংজাননা দ্বারকাদা লেঙবিরকপদি স্বর্গপুরগী কবি অরাবা লৈরবগে?*

*ইন্দ্রঃ- তাবীয়ু হে কৃষ্ণ প্রাগজ্যোতিসপুরগী দৈত্যরাজ নরকাসুরনা স্বর্গপুর কাংখোং চাইহল্লে। অমরাপুর থুগায়রে। দেবসভা খাণ্ডবা ওমদ্রে। ইমা আদিতিগী নাইন ফকতুনা পুখ্রে। বরুণগী থাকল মুন্দুনা পুখ্রে। মর্তদা মুনি ঋষিশিং খাওবা ওমদ্রে। মথোক কারক্কবী শকহেনবী লীশিং তরাতরুক চামা ফাদুনা বন্দি থমদ্রে। প্রাগজ্যোতিসতা লৈমকোল লৈতেংনবা লোইনা পুখ্রে। হে কৃষ্ণ! নহাক নত্তনা কনবীনবা কনা লৈত্রে। স্বর্গ*

অমদি মর্তগী অবাঙ্গ কনবিয়ু হায়জগে লাকচবনি।

কৃষ্ণঃ- নরকাসুর ? ভূমিদেবীগী মচাদো ?

ইন্দ্র ঃ- প্রভু

সত্যভামাঃ- মহাক হৌজিক কদায়দা লৈ ?

ইন্দ্রঃ- ঐহাকপু অমরাপুরীদগী তানখোক্লবা মতুংদা মহাক মাগী কোনুং প্রাগজ্যোতিসপুরদা হনখ্রে।

কৃষ্ণঃ- ইমা আদিতিগী নাইন মুন্দুনা নরকাসুরনা মহাক শিজ্জরগে বার্জন তৌজৱরেদো। ঐহাক গরুড় তোংদুনা খুদকতা মাবু লোইশিনগে।

ইন্দ্রঃ- প্রভু ! মহাক্কী কোনুং কোয়না ঙাক্লিবা খুংজু খুংলাই, চীংজাও, মৈ, ঈশিং, নুংশিং, মকোক মঙা লোঙবা আসুর মুরাবু নমথেক্লুনা নরকাসুরবু হাংশিয়ু।

কৃষ্ণ ঃ- শোয়দনা ঐহাক্না মাবু মায়খীবা পীগনি, হৌজিকমক চংলগনি

সত্যভামাঃ- প্রভু ! (হীক হীক কপ্পা)

কৃষ্ণঃ- ভামা ! কবিগীনো অদুক য়াম্না নথৱায় নুংঙাইতবা ? খঙঙে, কৃষ্ণ ঐনা খঙঙে, নহাকপু মীকুপ অমা ফাওবা থাদোকনীংদে হায়খ্রগা হৌজিক থাদোকতুনা নরকাসুরগী লানফম চংকদৌবা অসিদা নথৱায় নুংঙাইতবনি। অদুনা হৌজিক চংলসি ঐখোয়নী পূন্না গরুড় তোংদুনা।

---- (000) ----

সত্যভামাঃ- অসুম্না লুরবা লানফম ফাওবদা ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা ঐহাকপু থাদোকপিখিদে। শ্রীমুখনা নরকাসুরগী কোনুং ঙাকলম্বা চীংজাও, খুংজু- খুংলাই, মৈ, ঈশিং নুংশিং কয়াবু নমথেক্লুনা প্রাগজ্যোতিসপুরগী সনাথোঙদা পান্নরম্বা মুরাসুর হাংলগা নরকাসুরগা পান্নখি। নরকাসুরবু হাংলবা তুংদা ফাদুনা থমলম্বা শকহেল্লবী লৈমা লীশিং ভরাতরুক চামা থাদোকপীখি। মখোয়না হায়জবদগী মখোয় পূন্না দ্বারকাগী

লৈমকোলগী লৈমা ওইখি। মদুগী হৌনা মখোয়না ঐগী য়াকাওবু ওাইদুনা লৈরকলিবনি। মসিদসু নত্তে কৃষ্ণনা ঐবু চানবিবদি। থৌদোক অমসু ঐনা নীংশিংলি ঃ

-----(০০০)-----

কৃষ্ণঃ- ভামা ! করি মতৌনো নহাক্না লৈমায়দা তুরিসিদি । নশম ননা পুন্দরে, নশা পূম্বা উকুম্মা পূমথাউ থাউরে। করিগী কপলি হীক্না হীক্না ? করি নীংবা থুংদরে ?

সত্যভামাঃ- করিগীনো প্রভু মীচত্ত মীখায় নাইবিবদি ? করিগী ঐবু লৌনম তৌবিবা ?

কৃষ্ণঃ- হায়বু ভামা ! করিনো ভাব তাবা ওমদ্রে

সত্যভামাঃ- চীনবানথোওদা লাংবন খোইহী তৈবা পূক্লুংদনা হুফুম্বা, হৌজিকতা খওজরে নহাক অসি কয়াদা লৌনম্বা ! দেবঋষি নারদনা পীবিরম্বা পারিজাত পরেং ঐহাকপুদি কাউথোকপিরগা ইচেম রুক্মিণীদবু নখুংমক্না হুকপিবা। কনানবু খাওওমনি অসুম্না ইকায়বা পীবদা। ইকায়বা খাওনা হিংদৌ শরুক থরায় থাগে নমাওদা, লৌবিহৌরো নুংওাইনা ইচেম রুক্মিণীগী নাকতা।

কৃষ্ণঃ- ভামা অমুক্তা তপথখো, ঐগী য়াসু মতাখো। ঐনা নচে রুক্মিণীদা পরিজাত পরেং হুকলুবগী য়া ওইরেকো ! নওনা করিদা য়াংতে নচেনা করিদা হেন্দে। কর- ফংব্রবসু নচেনি। অহন্নি হায়দুনা মওোন্দা হান্না পীবনি। মীনা নহাকপু লৈরাং পারিজাত পরেং অমগী য়ারৌগনবী হায়নখিনি। মদুদা নহাকপু ইকায়দ্রনে। নচেগী মবুক ঈংনবা মোইথেম তৌদুনা ঐহাক্না পরেং অমত্তং,হান্না মওোন্দা পীবনি। নওোন্দা ঐনা পীগে খল্লিবদি লৈরাং পাম্বী ফাওবনি। অমরাপুরদা হৌরিবা লৈরাং পারিজাত পাম্বীদে ফুকলগা নহাক্কী থোঙান্দা থাবিগে।

দ্বারকাদা লৈরা শ্রীশিংনা সত্যভামাগী পারিজাতনা দ্বারকা পুম্বা পুক্রিং শুমহংলে হায়না পুমনিন নিক্না ওাওনবদু ভামা নওবু পামদবরা। করিগীনো অদুক খাওওম্দবা, করিগীনো অদুক ওাইওমদবা ? নহাক্কী চোগ্পনবা ইকায়নবা, মাওনবা কৃষ্ণ ঐনা খক শীনগে খন্দে। শোয়দনা থাবিগনি নহাকীদমকতি লৈরাং পাম্বী ওইনা।

সত্যভামাঃ- প্রভু ! অদুদি ঐসু য়াওজগে পারিজাত পাম্বী ফুকপা চংপদা।

কৃষ্ণঃ- তপথখোনে ভামা, তফিং তফিংগনু। নহাক্কীদমক পারিজাত ফুকলকউ হায়না হায়না দেবঋষি নারদ থাগ্রবনি। মহাক লাকপা ওাইখিসি। কাউরবরনে নহাকপু নরকাসুরগী লান ? নারকাসুরবু হাংলবা তুংদা ইন্দ্রনা অমরাপুরদা অমুক হঞ্জিনবা ওমখিবনি। ইমা আদিতিগী নাইন, বরুণগী থাকল ঐখোয় অনীনা কনবীখিবা নত্রা ? পুম্নমকতুগী মমল ঐখোয়না করি লৌগ্রবগে ? ইন্দ্ররাজ মশানা খওনা তৌবিমন খওবা উংচরক্লনি।

( নারদ চওলকপা )

নাবদঃ- নাবায়ণ ! নাবায়ণ ! নারায়ণ !

কৃষ্ণঃ- হে ঋষিবর ! তস্মু তাসি ইন্দ্রদেবনা পারিজাত পীরক্লবরা নংত্রগা ঐখোয়বু লৌবা লাকউ হায়রকপ্রা ?

নারদঃ- নারায়ণ !, নারায়ণ ! হে প্রভু করম্নবু পাউদমজসিগে ননাইনা ! পরিজাত পীরকপদি লায়রদনা প্রভুবু থীনা হায়হৌইদা- হে গোপ মচা মণশেনবা, ইকায়খওদবা, লাইমক্লা ফংওমদ্রবা পরিজাতনি খওদবরা, কংস কীবদগী গোকুলদা থৈবা, গোকুলদগী বৃন্দাবন্দা খুলহোংবা, ননি মাখল হুরানবা, মখোও মথুং পুন্দুনা রাণী যশোদানা য়ারকপা, মণ, সগোল, কিল, উরোক খরা হাংলগা নাপল কাবা, জরাসন্ধ কিবদে সমুদ্রগী

ইথংজা লোৎপা য়াঙ্গবনসু পারিজাত প্যম্বা সাইনে, হে নারদ নহাকসে দুত ওইবগী কবানি, চৎলো ইনাকতা লৈরগনু" অসি হায়দুনা ঐবুসু তানথোরকপনি, ইন্দ্রদেবযু মতীকচাবা পারা অমতং তমবিয়ুনে প্রভু।

কৃষ্ণঃ- (শাউনা) হে ইন্দ্রদেব ! ওসিদি খুদেঙ্কগে নহাক্কী নাপল। করিগী খঙদে মমাঙঙৈগী থৌদোক। নঙোন্দা পূজা কৎতে হায়বগীদমক্তা নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা নহাক্কা গোকুলবু লাক্ক গনি হায়দুনা নোং লেপ্তুনা চুহনবদা করিসু তৌবা ঙমখিদবা, বজ্র পায়রে অসিরা, নহাক্কা নাপল তৌরিবা. নঙগী বজ্রনা কৈদৌনি, নঙগী ঐরাবতনা কৈদৌনি ? নন্দন বন চাইখায়গে পারিজাত পাম্বী নমদুনা ফুক্কে। নবুংঙো ঐননি নহাকপু কনবিখিবা, নরকারসুরনা ইমা আদিতিগী কুণ্ডল মুনখিবদা লৌহৌবা ওম্না ? স্বর্গপুম্বা লুটপাট তৌদুনা ছারখার শাহনবদা ঙাকচবা ওম্না নহাক্কা ? পরিজাত লৈরাং অথোইবা নহাক্কীদা নত্তে, সমুদ্র নৈবদে ফংলকপনি, মদুদা ঐখোয়গী সরুক য়াওরিবানি। কান্নদে অরেম্বদা মতম মাঙহনবা, গরুড় তোংদুনা চৎলগে অমরাপুর তম্না।

সত্যভামাঃ- প্রভু ! নরকাসুরগী লান্দা ননাইবু পুবিবগুম হন্দক্কী ইন্দ্রগী লানফম অসিদসু পুবীয়ু। ইন্দ্রপুরী য়েংনীংই, 'ইন্দ্রাণীদো খঙনীংই।

কৃষ্ণঃ- ফরে চৎলসি, গরুড় তোংখৎলসি।

----(০০০)----

সত্যভামাঃ- অসুম্না স্বর্গপুরীদা চৎতুনা কৃষ্ণ ইন্দ্রগী লান শোক্লখি। মায়থীরবা ইন্দ্রবু চোপতনবা শিব মহাদেবনা লান খামজিনদুনা ইন্দ্রদেবনা পারিজাত পীরকখি।ইন্দ্রদেব অমদি ইন্দ্রাণী অনীনা ঐহাককী মফমদা নোনজখি। পূমনমক অসি ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা মনাই ওইবী ঐহাকপু থোইদোক হেনদোকনা

নুংশিবিবা অমদি থৌজানবীবদগীনি। নুমিৎ অদুদগী হৌনা ঐহাক্কী থোঙ্গালদা পারিজাত শাম্নবী থাদুনা লৈরাং মাগী লৈনমনা দ্বারকা পূমবা সরা সন্না শন্দোক্লুনা দ্বারকাবাসি পুম্বনা সত্যভামা ঐগী ইতীক ইগুণ শোন্নরি। লৈরাংলক্তগী অথোইবী পারিজাতপু পীরম্মদাইদা সুরপতি ইন্দ্রনা ইন্দ্রাণীগা লোয়ননা মালেম লৈদা থুরু খুদক কুন্না ঐঙোন্দা স্তুতি তৌজখি ঃ-

-----(০০০)-----

*ইন্দ্রঃ- "নঙনি লক্ষ্মী,*
*নঙনি সরস্বতী*
*বিষ্ণুগীদি চান্নবীনি*
*জগৎকীদি মমানি,*
*নঙনি পাতাল, নঙনি স্বর্গ*
*তরং মালংসু নহাকনি*
*পৃথী চীংজাউসু নহাক্তি*
*লাইজ ঈপাকসু নহাকনি*
*মালেম পৃথিবীসু নহাক্তি*
*থৌজাল হৈবী নহাক্তি*
*পীনহৈবী নহাকনি*
*যুম্নম খুদিং মমানি,*
*ঐহাক্কীসু ইমানি*
*নখুয়া খাদা চঙজরি*
*ইরান পুম্বা ঙাকপিয়ু*
*নঙগী নগুণ খঙদবনা,*
*ঐনা নাপল তৌবনি*
*লানজ পুম্বা কোকপীয়ু*
*নচামক্তি খনবীয়ু।*

----(০০০)----

সত্যভামাঃ- অসি হায়রদুনা ঐগী ইতীক ইগুণ শীংথানবিবনি। অদুই মতুং তাবদা পুষ্পরাজ পারিজাত শুরক্তুনা ঐগী খোঙ্গালদা থাখিবনি। মমল রাল্লবা রক্তনা লৈবুং থোনখিবা মখোঙদুদা শ্রীকৃষ্ণগা তত্তনা শান্নজবা কয়াদা লাইবক ফল্লবা। অফবগী মথক্তা অমুক্তা হেন্না ফনবা মহাঋষি নারদনা তাকপিখি ব্রতরাজ তৌনবা। ব্রত অসি তৌখিবদগী পুলোমাগী মমোমলোই শচীদো ওইখি ইন্দ্রনা চানবীবা ইন্দ্রাণী, চীং নিংথৌ মমোমলোই পার্বতী ব্রত অসিদগী শিবগী হকচাং তংখায় ফংদুনা মহেশ্বরী ওইখি। স্বহা কৌবী মহাকসু অগ্নি দেবগী তালোই ওইবা ফংজখি। শোয়দনা ঐহাকসু ব্রত অসি তৌরনি। দক্ষিণাগী পোৎলম্না সনা কোটি লাওগনি, ষনবী লীশিং কংকনি মুনি ঋষি কয়াদা। সগোল, শামু চেং, ফৌ, [illegible] লৈতেং কয়া দান তৌদুনা হেন্না ফরবা মহৈ ফংদুনা মপোক খুদিংদা সত্যভামা ঐগী ইগুণ তাইবঙদা খঙহনগে।

(নারদ চঙলকপা)

নারদ ঃ- নারায়ণ ! নারায়ণ ! সত্যভামাগী ব্রতরাজ কয়াদা চাউনা লাওলিবা ! মুনি ঋষি কয়াদা, কয়াদা ফজনা দান তৌরিবা। লাক্লিবা মীপূম খুদিং সনা লুপা, হিরা মণি মুক্তা, শেল, ফি, চেং, ফৌ, ষনবীনচিংবা দক্ষিণা ফংলিবা। হৌজিক ঐহাক দান তৌফম অসোয়দা চঙদুনা মাগী দানগী পোৎলমসি য়েংলুগে। নারায়ণ ! নারায়ণ !

সত্যভামাঃ- ঋষিবর ! খুরুমজরি। ঋষিবরনা অসিগুম্বা মতমদা লেগুবিরকপা ননাই সত্যভামাগী লাইবক ফবনি। খুদোল অমত্তং লৌবীদুনা ননাইগী মীংবা থুংহনবিয়ু। হায়রিয়ু ননাইনা করম্বা পোৎলম কংচরগা ঋষিবরগী মতীকচাবা ওইগনি।

নারদঃ- হে সতী ! ঐহাক্না পীয়ু হায়বদো পীবা ঙমগন্রা ?

সত্যভামাঃ- ননাইগী অরৈবা ওইরবদি শোয়দনা কংচগে।

নারদঃ- নহাক্কী অরেবা পোৎনি, শোয়দনা পীগনি ব্রাশকউ।

সত্যভামাঃ- হে সত্য, সত্য হায়বা লাইনা সাক্ষীওইসনু ঐহাক্কী অরেবা পোৎ ওইরবদি শোয়দনা কৎচশে।

নারদঃ- অদুদি নহাক্কা "নঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্মি খনবা পোৎ" অদু পীবিয়ু।

সত্যভামাঃ- লেঙশিনবীসি অসোম্বগী কা অসিদা। মসিদা লৈরে ঐগী খ্বায়দগী মমল য়াম্বা পোৎশিং। তাকপিয়ু হে ঋষিবর করম্বনা হেন্না পাম্বিবগে।

নারদঃ- হায়নবা হায়গ্রে নঙোন্দা "নঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্মি খনবা পোৎ অদু"। সনাগী লীক্লাং পরেং অসিনা নঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎলা নৎত্রগা হিরা মণিমুক্তা অসিরা নৎত্রগা স্বগগী হিয়াই অসিরা ? করম্ববু নহাক্কা খ্বাইদগী মমল য়াম্মী খল্লি ? মখোয়সি নত্তবা হেন্না মমল য়াম্বা পোৎ লৈত্রবরা ?

সত্যভামাঃ- ঐঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎতি...। (লকক্ তৌবা)

নারদঃ- হায়ফম খঙদ্রে , পীনীংদ্রবরা ? হায়য়ু করম্বা পোৎনো।

সত্যভামাঃ- উম "ঐগী খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎতি ..."

(মখা অদবা, খুদক্তা মনুংদগী কৃষ্ণনা কন্না কৌরকপা)

কৃষ্ণ ঃ- ভামা ! সত্যভামা !

সত্যভামা ঃ- কৃষ্ণ (কৃষ্ণনা কৌরকপা খুম্বা)

নারদ ঃ- বস ! ঐগী ব্রাহংগী পাউখুম ফংলে। ভামা ! নঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎতি "কৃষ্ণ" ওইরে ? "কৃষ্ণ" পীনবীরো "কৃষ্ণ" পুদুনা চৎচল্লগে।

কৃষ্ণ ঃ- হে ঋষিবর ! করিনো হায়নরিবসে ? ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে।

নারদ ঃ- প্রভু ! সত্যভামানা মঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎ অদু দান তৌগনি ব্রাশকখি। ননাইনা করম্বা পোৎনো হংজবদা হৌজিক্তা প্রভুগী মাঙদা প্রভুবুনি হায়না "কৃষ্ণ" হায়না পাউখুমখিবদুনি। হে মধুসূদন ননাইবু ব্রায়ৌবিগনু।

কৃষ্ণ ঃ- ভামা ! হায়রিবসি চুল্লবরা ? ঐহাক্তি নহাক্লা হায়বা য়াদুনতা লাক্লিবনি। নহাক ঐবু দান তৌরগে খল্লবরা ? নহাক ঐগা কায়নবা পাল্লবরা?

সত্যভামা ঃ- প্র ... ভু ! অ ... মুক ... তা (কপ্পা)

কৃষ্ণ ঃ- নহাক্কী নীংবা থুগুননবা ঐহাকপু দান তৌবদা য়ারোইদবা লৈতে।

নারদ ঃ- ভামা ! দান পীনবিরো, কৃষ্ণ পীনবিরো। কৃষ্ণ পুরগা চৎচগ্রগে।

সত্যভামা ঃ- হে ঋষিবর ! ঐগোন্দা কৃষ্ণ পীয়ু হায়বিগনু। কৃষ্ণ নত্তবা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তুং হায়বিয়ু কৃষ্ণ কায়নববুদি শিখিবনা হেন্না ফৈ।

নারদ ঃ- ভামা ! ঐনা কৃষ্ণ নিবা তৌখিদে নঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎ পীয়ু হায়বতনি। ঐহাক্লা হংজবদা নহাক্লা "কৃষ্ণ" হায়না পাউখুম পীবতনি। ফরে নহাক্লা কৃষ্ণ কায়নবা ওমলোইদবা ওইরবদি কৃষ্ণগা লৃম্বা মাল্লগদবা পোৎ অমত্তংদি পীবিয়ু নৎত্রগা নহাক্কী য়াশক ঙাকউ, কৃষ্ণ পীবিয়ু।

সত্যভামা ঃ- ঋষিবর ! য়াম্না নুংঙাইজরে কৃষ্ণগা লৃম্বা মাল্লবা পোৎ ওইনা দান কৎচগে।

নারদ ঃ- করিসু কায়বা লৈতে মদুদা।

সত্যভামা ঃ- (কৃষ্ণদা ওনশিন্দুনা) প্রভু ! ননাইনা হায়জবা অমুক্তং য়াবিয়ু।

কৃষ্ণ ঃ- ভামা ! অমুক্তা নত্তেনে, চামরক য়াগদৌরিবনি। করম্বা কাপ দা নহাক্লা হায়বা য়াখিদবা লৈব্রনে ?

(খল ওন্নবা ফালা অমা থৌরাং তৌহনবা)

সত্যভামাঃ- ননাইবু নুংশিবিদুনা ফালাগী নাকল সোমদা অমুক্তা লেঙখৎপীয়ু। (কৃষ্ণনা ফালাদা ফম্বা)

সত্যভামা ঃ- কনা কনা লৈ ? ঐহাক্কী অরৈবা মাল চাং, সনা লুপা, হিরা মণিমুক্তা মমল য়াম্বা পোৎশিং পুথোরকউ অদুগা ফালাগী

অতোপ্না নাকল্লসিদা হ্যাপকংল্লু।

ময়াম ঃ- ফগানি লোইনা হ্যাপকংচগে (সনা লুপানচিংবা হ্যাপকংলি অদুবু ফলা মচী লেগুদে)।

নারদ ঃ- য়েংউ সত্যভামা ! শম্না মফৈ অমা ফাওবগী লম মচী লেগুদ্রি। কৃষ্ণগা মান্নবা লৃমগদবা পোং নহাক্কী লৈত্রবরা ?

সত্যভামাঃ- অরৈবা সনা লুপা মচেং অমা ফাওবা থনমগনু লোইনা পুথোরকউ।

(মদু ফাওবা করি অমত্তা মচী লেগুদে)

নারদ ঃ- ভামা ! হৌজিক ফাওবা কৃষ্ণগী খল মচী লেগুদ্রি। কৃষ্ণগা মান্নবা লৃম্বা পোং লৈত্রগদি কৃষ্ণ পুজগ্রগে কৃষ্ণ পীনবিরো।

সত্যভামা ঃ- (স্বর থবেং থবেং হোম্না) সনা লুপা লৈতেং অমত্তা লৈত্রে, কৃষ্ণ কায়নবা তারব্রা। মসিবু মঙলা তাইবঙলা ? দশমী দশা ফংদুনা কৃষ্ণ কয়ানবগী মৈচাক শ্রীমতী রাধিকানা ফংখিবগুম ঐহাকসু কায়না মৈচাক ফংবা তারব্রা ? অসিরা তাইবঙনা সত্যভামা লাইবক ফৈ, লাইবক ফৈ হায়নবদুবু ? কদায়দনো ঐহাক্রা চাউথোকচরম্বা, কদায়দনো ঐহাক্রা হরাওজরবা, পুম্নমক ওইরমলে মঙলান (হীক হীক কপ্পা)। লোইরে, ঐ লোইরে। ঐগা মান্নবা তোনবা কনা লৈত্রে।

নারদ ঃ- সত্যভামা ! পীনবিরো কৃষ্ণগা লৃম্বা মান্নবা, নংত্রগনা পুজখ্রগে শ্রীকৃষ্ণ। কপশীন্নরগা বাশক ঙাকলোই থৌরাংলবরা ? নরদি দ লৈতনা করিগী অরৈবা শারি ? কপশীন্নগনু, কপশীন্নরগা করিসু কাম্নরোই।

সত্যভামা ঃ- কৃষ্ণ ! কৃষ্ণ ! হা কৃষ্ণ ! হা কৃষ্ণ ! (কপ্পা তোক্তবা)

(রুক্মিণী খুদক্তা চঙলকপা)

রুক্মিণী ঃ- ভামা ! তৌরিবসে করিনো ?

সত্যভামা ঃ- (কপ্না) ইচে ! ঙসি ঐহাক্রা ব্রতরাজ তৌরকপগী অরোইবা নুমিৎসিদা সনা লুপা মণি মুক্তা কয়া দান তৌজে। স্বর্গপুরীগী

ঋষি নারদনা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎ দান তৌগে ৱাশকচখি। করম্বা পোৎপু খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎনো হায়রকপদা খুমফম খঙজখিদে। তত্তুনা হায়জিল্লকপা মতমদুদা মনুংথংবা কাদগী কৃষ্ণমা ঐবু কৌবিরকই। তাঞ্জাদুনা ঐহাক খ্বাইদগী হেন্না নুংবংননা লৈখি। সনা লুপা ময়ামদগী মনুংদা মসিনি খুমগদবদা কৃষ্ণনা ভামা নওদি ঐবুদি হায়না খল্লগা সনা লুপানা হেন্না মমল য়াম্বা পোৎনি খল্লম্রা হায়লকনি খনবদা ৱাজখি। খুমদবা য়াদবদগী শ্রীকৃষ্ণনা কৌরকপদা ঐহাকনা "কৃষ্ণ" হায়রনা খুমজখি। তাঞ্জাদুনা দেবঋষি নারদনা মানা হায়লিবা ৱাহংগী পাউখুমনি খনখি। তৌবগীদি ঐঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎসু শ্রীকৃষ্ণনি। নারদগী ৱাহংগী পাউখুম পীগে খনবদা ৱাখল ফুম্বংনখি। কৃষ্ণবু দান তৌরো হায়রক্লবদা কৃষ্ণ কায়ননীংদবদগী অতোপ্পা পোৎ অমা দান তৌজগে হায়জবদা কৃষ্ণগা মান্ননা লৃম্বা পোৎ অমা পীয়ু তাকপিরকই। হরাও হন্নাও কৃষ্ণগা মান্ননা লৃম্বা পোৎ সনা লুপা ওইনা দান তৌগে খঞ্জদুনা কৃষ্ণগা খল ওন্নবদা শম্না মফৈ অমা ফাওবা শ্রীকৃষ্ণ লৈমায়দগী হাইগৎল্রে। কৃষ্ণ পুম্লগনি খনবদা ৱাজরবী ননাওনি। ইচে ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু। কৃষ্ণবু অমুক্তা খামজহৌদ্রি। (কপ্পা লেপ্পুবা)

রুক্মিণী ঃ- ভামা! কৃষ্ণ হায়বসে লৈবা য়াবা পোৎ নত্তে, য়োনবা য়াবা পোৎসু নত্তে। সনা লুপা, মণি মুক্তা কয়ানা কৃষ্ণ লৈবা খক ফংলোই। অদুগা কৃষ্ণবু ইশাগী পোৎনি খন্দুনা য়োনবদা শিংকদবা লৈত্তে। কৃষ্ণ হায়বসি জগৎকী মপুনি। অচৎ-চৎত, লেওলি-পাল্লিবা জড়জীব কয়াগী মপুনি। ইতোমতগী সনাই ওইবা য়াবা পোৎ নত্তে। কৃষ্ণগী মগুণ, কৃষ্ণগী মমল সনানা, লুপানা, পৈশানা, হিরা মণি মুক্তানা লেপকদবা নত্তে, কৃষ্ণগী মগুণ অমদি মমল লেপকদবদি

মখমী ওইজবা খাদোক্নুনা পৃকচেল শেংনা শোঞ্জবা "হরে কৃষ্ণ" হায়বা মহাক্কী নামসিতনা ওইগদবনি। মসিতনা কৃষ্ণগী মমল ওইগনি। কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ, ঐর্সুর্য্য য়েক্লবা তরক্তগী নাম্ভোকপা ওন্নবা মীওইদতা কৃষ্ণ লৈবনি। করিগী অদুক হাক্লা পওবগে ভামা।

নারদ ঃ- ভামা ! পীনবিরো নহাক্কী দান, নহাক্কী দানবু ফংজবগা চংচম্লগে

রুক্মিণী ঃ- (ময়ামদা ওনশিন্দুনা) ফালাদগী সনা লুপা মণি মুক্তশিং অসি লোইনা লৌথোকউ।

ময়াম ঃ- ফনি লৌথোকচগে।
(ময়াম্না সনা লুপা মণি মুক্তা লৌথোকপা)

রুক্মিণী ঃ- তুলসী পত্র হেকলকউ।

ময়াম ঃ- লৈজরে মসিদা

রুক্মিণী ঃ- হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে (মসি হায়দুনা খূবাক অহমলক খুদুনা কৃষ্ণ নাম তুলসী পত্রদা শোল্লগা ফালা মথক্তা থম্মী)

রুক্মিণী ঃ- হে কৃষ্ণ ! ইবুংঙো নহাক্কী নামদি কৃষ্ণ নহাক্তগীসু হেনবনি নহাক্কী নামবু শোনজবতনা মুনি ঋষি কয়াগী মথৌ ওইরি। ঙসি তোল্লবী ননাই রুক্মিণীনা শোনজরিবা কৃষ্ণনাম অসিগা লোয়নরবা ফালাথক্তা হাপচরিবা তুলসী পত্র অসিগা ইবুঙোগা হকপা মান্নহনবিয়ু ননাই তোল্লবীগী পোকপে মহৈ য়াম্লে খঞ্জগে হে কেসব ! পূম্নমক নহাক্কী লীলানি। নহাক্কী লীলাবু কনানা খঙগনি।
(কৃষ্ণনা কমলিবা ফালা নাকন্দু বাংখংলকই)

ময়াম ঃ- তুলসীনা লূমথরে, হাইগংথরে কৃষ্ণনা। রুক্মিণীনা জয় ওইরে, রুক্মিণীনা জয় ওইরে। হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে।

সত্যভামা ঃ- (খোক্লেন হৌনা) ই- চে ! কৃ- ষ্ণ !

নারদ ঃ- সত্যভামা ! ঐনা থিরিবা পোৎশক্তু ফংলে। ঈশ্বরবু নুংশিবা অমদি শীংজবা। হরি হরি শোক্লগা হরি মাপু ফংবনি। তুলসী পত্রসি পুদুনা চৎলে ঐহাক হৌজিক্তি। নারায়ণ, নারায়ণ।

রুক্মিণী ঃ- প্রভু ! লেগুথবিরো কালাথক্তগী।

সত্যভামাঃ- ইচে ! ঙসিদি ঐহাক ঐগী নাপল খঙজরে। খনজরুই মতম'মদা ঐগী ললনা লৈবা ফংলোইদবা লৈরোই করি'মত্তা সনা লুপা [illegible] থুমগী মতেংনা ঐনা নাপল তৌজরুই। ঐগী লৈরিবা [illegible]সিদি ইচেগী ওইজবা থিত্রবা ললগা চাংদম্নবদা করিসু লৈত্রবা উফুলগা পাংখক ওইরেদো। ইচে ননাওবু অমুক্তা ঙাকপিয়ু।

রুক্মিণীঃ- হৌগৎলো ভামা ! পেল্লে, ঐহাক ঙসি পেল্লে। মশাগী মরানবু মশানা খঙজরবী সত্যভামাগুম্বী নুপী অমগী মচে ওইজবা ফংজবা অসিগা মান্নবা কদায়দবু ফংগনি ? মীওইবগী লৌশিংবু মপুঙ্ফাবা কদায়দা ফংগনি ? মীওইনা পোক্লবদা লাল্লোইদবা কনা লৈতে। লাল্লবদুবু লাল্লে খঙজবা অমদি লাল্লে হায়জবদা ঙাকপিবা অদুদগী হেল্লা চাউবা ঙাকপিফম কদায়দা লৈগনি। সে হৌগৎলো, হৌগৎলোনে, ইচীন ইনাও তান্নবা য়াবা তাঞ্জা লাক্লে হৌগৎলো।

সত্যভামাঃ- নহাল মথৈদি কৃষ্ণনা খ্বাইদগী চানবীবা অমদি মাগী থৌজাল ফংলবীনি খঞ্জরুই। স্বর্গপুরগী ইন্দ্রদেব অমদি ইন্দ্রাণীনা লৈশি লৈথোন্দুনা ঐগী ইগুণবু শৈথাবদা ইকায়বগী মহুৎতা থোইনা নাপল কাজরুই। পারিজাত পরেং অমগী ইচেম্বু কল্লকচরুই, মদুগী মহৈনা অশাউ লুতোন কানদুনা কৃষ্ণ- ইন্দ্রগী লাঞ্জাও থোকখিবা, তাইবঙ সরা সনখিবা মদুদা থোইনা হেল্লা হয়াওজখি। ইতীক ইপা নত্তনা অমরাপুরগী পারিজাত ঐগী থোঙ্গালদা থাববু ইকায়গেদি হায়দনা নাপল কাবা হেনগৎচে।

ইচেগী য়েক্লবা তক্লকতো ঐগী সজ ওইজরই। মদুগী মহেনো ওসি ঐবু কৃষ্ণনা পারা অসি তম্বীবনি। খঙজরসনু মতাঙম দেবর্ষি নারদনা তাকপীরম্লে ঐঙোন্দা। ইচেগী হৃদিনুংগী কৃষ্ণ প্রেমদি ফিজেৎনা য়োম্বা মণিনি। ঐগী মপালথোংগী কৃষ্ণ প্রেমা সনাদা লূপ্পা কোরীনি। কয়াদা খেন্নবনো হায়বদু হৌজিক্তি তশেংনা খঙজরে।

রুক্মিণী ঃ- ভামা ! ঙাইখো হেনমল্লে নহাক্কা হায়রিবদু। ঐনবু করি খঙগনি। হরি হরি শোল্লগা হরি মাবু ফংগনি। মহার্ষি নারদনা তাকপিরম্বনি হৌজিকতা। কৃষ্ণ নাম্মা কৃষ্ণদগীসু হেল্লি হায়বসি যদুবংসগী গুরুজন উদ্ধবনা তাকপিখিবনি। শ্রীমুখগী মফমদগী উদ্ধবনা ব্রাফম অসি খঙখিবনি। মীৎনা উবা মপানথোংগী শক্তমগা হৃদিনুংগী ওইবা শক্তমগা খেন্নবা কয়া অমসু লৈরি। মপানথোংদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকা ঙাক্লা লৈবা উজরবসু নুংদদি শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজবৃন্দাবন খক থাদোক্তে। দশমী দশা ফংগ্লবী শ্রীমতী রাধিকানা, কৃষ্ণনা মাবু থাদোকপিরে হায়বগী শাউবগী মহুৎতা কৃষ্ণ শোন্দুনা হৃদিনুংদা কৃষ্ণ মাবু থাদোক্তে। গোপ গোপী কয়ামসু কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোঞ্জরি। অসিমক্তনা হায়নরিবনি জগৎকী মপু কৃষ্ণদি বৃন্দাবন্দা লেঙদনাইলে। কৃষ্ণতবু নীংজবী রাধিকানা কৃষ্ণ নীংজবৈ মহে তাইবঙনা মঙোন্দা চঙজরি কৃষ্ণ ফংনবগী লম্বীদা। জগৎনা শোন্নরি "রাধে- রাধে" হায়নরি রাধা- কৃষ্ণ। দ্বারকাদা নঙ ঐনা কৃষ্ণে সেবা ফংঙি হরাওজরিবসে মপালথোংগী ওইবা মীকুপ খরগী ব্রাফমনে। তুং কোইহৌগদবদি রাধা কৃষ্ণ অনীনি। অন্তর ভাবপু নাথেনা বাহির ভাবতা তাউদুনা দ্বারকাদা কৃষ্ণ লৈ হরাওজরিবা ঐখোয়সে অপঙবশিংগী মনুংদা অমনি। খঙদবগে করিগী হায়রিবা ব্রাফমসে সত্যভামা?

সত্যভামাঃ- তাকপীবু ইচে, নাপল্লা ময়াই কাখিবনা খঙজখিদবনি ননাওনা অশাউববু খৃৎতা পায়, কল্লকপবু মরূপ ওই, ইচে ফাওবা ঐহাক্লা উশিংচরুস্রে। পঙলবীনি খন্দুনা ইয়াল খিবিক গুাকপিয়ু অদুগা নুংগী ওইবা য়াফমশিং ময়েক শেংনা তাকপিয়ু।

রুক্মিণী ঃ- তাঞ্জা চাবা ফংদবনা তাক্লীং তাক্লীং ইনাওদা তাকপবুদি গুমখিদে। তাকলম্বা তারবসু অরেম্বা মাঙগনি। শেরান্নবা ব্ব াখল্লা লোইনমক শেরান্ননা লৌগনি। হৌজিকতি মতম চপ চারেদো। তাক্লিবা খুদিং অরেম্বদা মাঙলরোই নহাক্সু শেরান্ননা লৌররোই।

সত্যভামাঃ- অচুম্বনি ইচে! ইচেনা তাকপিবা খুদিংমক অচুম্বনি লৌজগনি। মদুতনা কৃষ্ণনা চানবিনবা পাম্বেনি খঞ্জগে।

রুক্মিণী ঃ- তারো ভামা অদুদি। ইত্তিক ইপা নত্তনা পাম্মি হায়দুনসু করি কান্নগনি সমপৎতি ময়াম পৈশিল্লগা। অদুগী শরুক মীয়াম খুদিং কান্নহনবনা হেন্না ফবা ওইগনি। শ্রীমুখনা ঐঙোন্দা পারিজাত পরেং অমত্তং হূকপিবদো নহাকসু কল্লকফম থোকপনি। শ্রীকৃষ্ণদা নহাক্লা ওইনবা, ওইনফম থোকপনি। মদুদা ঐহাক অশাউবা পোকখিদে। অদুবু পরেং অমগী মহুৎতা পাম্বী ওইনা থাবীনি হায়বদা হৱাওরিবা নহাকসে অপঙবীনি হায়বদা য়ারবিনি। মতমদুদা ইচেনা তাকপিগে খনবনি অদুবু নহাক্লা ঐবুদি কল্লক্তুনা তৌরিবনি খনখিনি খন্দুনা তূমিন্না লৈখিবনি। করি তৌননি লৈরাং পাম্বী অদুমা কনশিন্দুনা থল্লগা। পুন্সি চুপ্পা চিনবা ওন্নরোইদবা লৈরাং ময়াম থমজিল্লগা, নাপন কানবা মচাক ওইগনি। পরেং অমত্তা মপান্মজে, অতে থোইনা পামজন্দে হায়হননীংখি ইচেনা। পারিজাতকী লৈনমদি মতম চুপ্পগী লৈনমনি। লৈরাংসিগী ব্ব াদা নত্তে। সনা জুপা, ললথুম হেনমন্না লৈবদগী নাপল মথোই

কাফম থোকপনি। ঐগী খনবগা লোয়ননা মীয়ামগীসু খল্লবদি নাপল ময়েং তাফম থোকপনি।

সত্যভামাঃ- তাকপীয়ু ইচে, ননাওনা হরাও হরাও তাজরি।

রুক্মিণী ঃ- ব্রতরাজগী গুসি অরোইবা নুমিৎসিদা ইনাওনা মীয়াম খুদিংদা দান তৌখিবা থাগৎনীংঙাইনি। দান তৌরে ফজরে হায়নরিবসে বহিরভাবতা হায়নবনি। নুংগী ওইবা রাফমদা য়েংবা তারগদি নহাক্কা তৌরিবসে থাগৎফমবু লৈতে। অর া- অনা, লৈত- লাইরা কয়াগী মতেং ওইনবা দান নহাক্কা তৌখিবা নত্তে। নহাক্কী কান্নবা কৃষ্ণগী থৌজাল ফংনবা ভাবকা লোইননা তৌখিবা দান্নি। জগৎকী মপু হরিনদি ইনাওগী অন্তরভাবপু তশেংনা উরিবনিদো। ইনাওগী নাপল মতাং চানা নমথগে খনবিদুনা গুসিগী থৌদোকসি থোকহনবীরিবনি। মসি ঐখোয় খ্বাইগী লাইবক ফরবনি। মসি থোক্লমদ্রবদি তুংকোইনা নঙ ঐগী মরী অমদি দ্বারকা মীয়ামগী মরী ফবা ব্রাৎলমগদবনি।

সত্যাভামাঃ- অচুম্বনি ইচে, ঐনা তৌখিবা দান মীয়াম্বু নুংশিদুনা তৌখিবা নত্তে, ইশাগী কান্নবা তৌখিবা দান্নি। দেবঋষি নারদদা দান তৌজরগা বর পীবীরমগদ্রা খনবদৈ অপাম্বা দান নীবীয়ু হায়জবনি।

রুক্মিণী ঃ- অদুগা অমনা।

সত্যভামাঃ- মখা তাকপিয়ু ইচে

রুক্মিণী ঃ- মীনা থাগৎলগা হরাওরিবা অসিসু ফত্তবদি নত্তে অদুবু থাগৎপিরকপা অদুনা অফবদা শীজিন্নবগী মহৎতা ইশাদা মদ কাদুনা ফৈরেংননা শীজিন্নরবদি য়েক্লবা ঐশ্বর্য্যনা খুদুম চনবা মশানা তাবনি। স্বর্গপুরীগী ইন্দ্রদেবনা নঙোন্দা থাগৎলকপা অমদি নহাক্কী নত্তীক নগুণবু শীংথারকপদা হরাওবগা লোয়ননা মদুগা চময়রা থবক্তা ওহোকপা ভক্তশী অমুক্তা হেন্না

ফবা ওইগনি। ইচেসু করিসু খঙবা নত্তে। নহাক্না নচেনি হায়দুনা তান্নসি হায়রকপা অসিদা ঐহাক্কী পেনবা থম থেংলে। মসিমক ঐহাক্কী পোকচম্নন মহৈ য়াম্লে হায়বমক য়ারবনি।

সত্যভামাঃ- ইচেনা তাকপিবা পূম্নমক ননাওনা হরাও হরাও লৌজরি চুম্ন। তাকপিবত্তা নত্তনা থবক্না সাক্ষী ওইনা উৎপিরবসিনি। কৃষ্ণ, নারদ, ইচে অমদি য়ায়কাপী মীয়াম মমাওদা ঐহাক্কী নাপল, কল্লক- কঞ্জাওবা, অশাউবা, ইরন্নাইতগী ওইগে খনবা কয়াবু শ্রীকৃষ্ণমক্না মায়থীবা পীবিদুনা অনৌবা মঙাল পীবিবা অসিগীদমক নুংঙাইবগী ওমখৈ লৈত্রে। মমলম্বা ঐগী য়াখল, খঙলুদ্রবা ইচেগী নুংগী ওইবা লল লৌশিং, প্রেম লোইনা ননাওনা খঙজরে। ঙসিদগী হৌনা য়েক্লবা তরুক্তগী লাপথোক্লবা হোৎনজরগে। ইচে নহাক্তি ঐগী ইমানি, ইপানি, গুরুনি, পুন্সি চুপ্পা ইচেগী লমন তোল্লগদবনি।

রুক্মিণী ঃ- নত্তে ভামা, মদু নত্তে! নঙ ঐগী মরূপনি, নঙ ঐগী সহায়নি। নঙ ঐ তান্নগদবনি। হরি হরি শোল্লগা হরি মাবু ফংবনি। হরি নামবু শোনফমদা হরি মাবু ফংবনি। হরি মাবু ফংলগা হরি মাবু থৌশাদ্রবা হরি লাপ্পা লৈবনি।

কৃষ্ণ ঃ- ভামা! মহার্ষি নারদনা কৃষ্ণ ঐবু থনম্লগা তুলসী পত্র পুদুনা চৎপ্রে। হান্ননসু হায়প্রে ঐহাক নহাক্না হায়বা য়াদুনতা লাকলি। হৌজিক নহাক করি হায়নীংহৈ। কৃষ্ণ ঐবু খামহৌবদি নচেম রুক্মিণীদো। নহাক্কী লল থুম, সনা লুপা, হিরা মণি মুক্তনা কৃষ্ণ ঐবু খামহৌবদা শীজিন্নখিদ্রে। রুক্মিণীগী ললনা কৃষ্ণ ঐবু খামহৌরে। য়ায়েন বিচার মতুং ইন্না ঐহাক রুক্মিণীগী ওইফম থোক্রেদো। মসিদা নহাক করি হায়নীংলি।

রুক্মিণী ঃ- ওক্লে লেপপিরো প্রভু! ননাই সত্যভামাদা অমুক অয়াবদা হাপপিরনু। ইনাও সত্যভামাগী মরাল লৈতে। কৃষ্ণ কায়নগনি

য়াক্লবদা সনা লুপা তাইবঙগী লল কয়া পাম্মুজথিন্নবা ইনাওনি। ইনাওদা ইকায়বা অমদি অন্নাবগী পোৎলূম মথং মথং হাপকৎপিরগনু।

সত্যভামাঃ- হে জগৎপতি ! ননাইবু ঙাকপিয়ু পঙবদগী পঙলবী তোল্লবদগী তোল্লবী ননাই সত্যভামানি। মতম কুইনা মমদুনা লৈরল্লগা ননাইগী থম্মোয় ঙসিদি লৌশিংগী মৈরা উজরে। মৈরা অসিবু অমুক্তং পায়জবা ফংহনবিদুনা অচুম্বা লম্বীদা চংচবা ঙমজগে।

কৃষ্ণ ঃ- ভামা ! ঐনা অমুকসু হায়রি। ঐহাক নহাক্লা হায়বা য়াদবা থক লৈখিদে নহাক্লা হায়বা য়াদুনতা লাক্লিবনি। হৌজিক নহাক্লা হায়খিবা অদু করম্বা মতমদা হায়রকদগে হায়দুনা ঙাইরকপা কুইরবনি। অদুবু ঙসিদি ঐহাক্লা ঙাইরকপা অদু ফংলে। লৌশিংগী মৈরা পায়দুনা অচুম্বা লম্বীদা চংপা ঙমজরো হায়বা বর অসি নঙোন্দা ঙসি পীরবনি।

সত্যভামাঃ- প্রভু ! প্রভুগী বর ননাইনা হরাও হরাও লৌজরে।

রুক্মিণী ঃ- শ্রীকৃষ্ণনা জয় ওইরে, সত্যভামানা জয় ওইরে।

কৃষ্ণ ঃ- ভামা ! ঐহাক নঙধু য়াম্না নুংশি। নুংশিমন্দুনা বর অসি পীনীংবা কুইরবনি অদুবু নহাক্লা থম্মোয়শেংনা পামগদবা নুমিৎ ঙাইরকপনি। হান্ননা পীথোক্লরগা নহাক্লা পান্নমম্রবদি অরেম্বদা মাঙগনি খনবদে হান্না পীথিদবনি।

সত্যভামাঃ- ইচেম ইবেম্মা রুক্মিণীনা লৌশিং থাউমৈ চুম্থৎপিদুনা ঙসিদা ঐগী অপাম্বসি ফাওরকপনি। নহালমখৈদি য়েক্লবা তরুক্কী লাংদা থুরুবদৈ অপাম্বা অসি পোকখিদবনি।

রুক্মিণী ঃ- নত্তে ভামা ! নহান মখৈ নহাক য়েক্লবা তরুক্কী লাংদা থুদে। মপানথোংদা লাংদা থুবা ওইরবসু মদুগী কান্নবা লৈতবা নত্তে। নহাক্লা য়েক্লবা তরুক্কী লাংদা থুরমম্রবদি ইন্দ্রগী নাপল থুদেকপা ঙমলমলোই। তৌবিমল খঙম্রবা ইন্দ্রগী নাপল থুদেকপা নহাক্কী লপান্দগীনি। হৌজিক্তি ঐখোয় পূন্না পোল্লসি "কৃষ্ণ নাম"।

ময়াম ঃ- হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে।

..........................

কৃষ্ণদগী কৃষ্ণ নামনা হেনবগী মারী অসি কাশীরামদাসকী মহাভারতকী আদি পর্বদা শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিণীদা নারদ মুনিনা খুদোল তন্নকপা পারিজাত লৈ পরেং অমা পিথীবা, সত্যভামানা ওইনবা, শ্রীকৃষ্ণনা ইন্দ্রলোক্তা চংপা, শ্রীকৃষ্ণগা ইন্দ্রগগী লান, সত্যভামাদা ইন্দ্রনা হায়জবা, সত্যভামানা ব্রত তৌবা, সত্যভামানা নারদদা শ্রীকৃষ্ণবু দান তৌবা অমসুং কৃষ্ণদগী কৃষ্ণ নামনা হেল্লি হায়বা মতাং পারগা অমসুং তারগা খঙবা ওম্মী। ধর্ম খঙবা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত উদ্ধবনা কৃষ্ণ নাম শোন্দুনা তুলসী মনা শীজিন্নদুনা কৃষ্ণদগী কৃষ্ণ নামনা থোইনবুদি চাউইনে হায়বসি মীয়াম মাঙদা থবক ওইনা উংখি। অদুগা অমর চিত্র কথাগী "তুলাভার" হায়বা মতাংদনা রুক্মিণীনা কৃষ্ণ নাম শোন্দুনা তুলসী মনা শীজিন্নদুনা কৃষ্ণদগী কৃষ্ণ নামনা লুপ্বা হেল্লি হায়বসি মীয়াম মাঙদা থবক ওইনা উংখি। মথক্তা ইজরিবা "কৃষ্ণ নামগী মহিমা" হায়বা মারেং অসি অমর চিত্র কথাগী তুলাভারদা য়াওবা রুক্মিণীনা "কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ" শোন্দুনা তুলসী মনা শীজিন্নবা অদুদা য়ুমফম ওইরগা খরা শন্দোক্লা ইজবনি। মসিদা কাশীরামদাসকী মহাভারত্তা য়াওবা মতাং খরা অমসুং অমর চিত্র কথাগী "কৃষ্ণ অমসুং নরকাসুর" গী মতাং খরসু য়াম্না শন্না হাপচিঞ্জদুনা ইজবনি। অমর চিত্র কথাগী তুলাভারদা য়াওবা মরী অদুগী শন্নকপা মওংদি মখাগী অসিনি ঃ

*নোংমগী অয়ুক্তি। সত্যভামানা অতিথিশিংদা দান তৌরি, খুদোল পীরি। মতম অদুদা ঋষি নারদ "নারায়ণ নারায়ণ" শোন্নদুনা চঙলকই। নারদ উবদা সত্যভামানা নুংঙাইজবা ফোংদোকপগা লোয়ননা খুদোল অমত্তং কৎচবদা য়াবীনবা হায়জখি। মদুদা নারদনা সত্যভামাদা মহাক্তা (সত্যভামানা) খ্বাইদগী মমল য়াম্মী হায়না খনবা পোংশক্তু পীবা ঙমগদ্রা হংখি। সত্যভামানা পীজগে খুমখি। সত্যভামানা মাগী মমল য়াল্লবা সনা লুপা, লীককোল, হিরা মণি মুক্তাগী লৈতেংশিং য়েংহল্লি অদুগা অপাম্বা হায়বীযু হায়জখি। মদুদা নারদনা করম্বনা মওোন্দা (সত্যভামাদা) খ্বাইদগী মমল য়াম্বনি খনবগে হংখি। সত্যভামা খুমকম খঙখিদে। নারদনা অমুক্তা হংলকপদা সত্যভামানা মওোন্দা "খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোংতি..." হায়বা*

## প্রেমগী মহিমা

*হৌরকপদা মথা তাথরিঙৈদা মনুংদগী কৃষ্ণনা সত্যভামাবু কৌরকই। সত্যভামানা "কৃষ্ণ" হায়না হৌনা খুম্মী। নারদনা মাগী ম্বাহংগী পাউখুম ফংলে, মতৌন্দা (সত্যভামাদা) ম্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎশক্তি "কৃষ্ণ" ওইরে অদুনা কৃষ্ণ পীবীরো পুজশ্রগে হায়খি। কৃষ্ণনা করম তৌনরিবনো হংবদা নারদনা তাত্তনখিবা হায়নখিবা অদু অমত্তা চিংথদনা তমখি অদুগা মাগী ম্বাহংগী পাউখুমদি "কৃষ্ণ" নি হায়না খুমখিবদুনি হায়খি। শ্রীকৃষ্ণনা সত্যভামাদা নারদনা মহাকপু (কৃষ্ণবু) পুদুনা চৎপদা য়ারব্রা হংখি। কৃষ্ণ পীমু হায়বীগনু করিগুম্বা পোৎশক অমা ওইনা লৌবীয়ু হায়না সত্যভামানা হায়জখি। নারদ মুনিনা অদুদি কৃষ্ণগা মান্নবা লূম্বা পোৎশক অমা পীবীরো হায়খি। সত্যভামানা মাগী লৈতেং ময়াম পুথোরক্তুনা অরূম্বা ওন্নবা ফালাদা হাপ্তুনা কৃষ্ণগা খল ওন্নখি। অদুবু মায় পাকখিদ্রে, কৃষ্ণনা ফমলিবা ফালাগী নাকলদু মচী লেত্তদ্রে। কৃষ্ণগা মান্নবা লূম্বা পোৎশক লৈত্রবনিনা কৃষ্ণ দান তৌরো পুজশ্রগে হায়না নারদনা হায়বকপা মতম অদুমক্তদা রুক্মিণী থুংলে। ম্বারম পূম্বা খঙলবা তুংদা রুক্মিণীনা সত্যভামাদা ম্বা খবা তাঙলম্লগা লৈতেংশিং অদু লৌথোকহনখি অদুগা খূবাক অহুমলক খুদুনা তুলসী মনাদা "কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ" শোল্লগা ফালা মথক্তা থমখি। খূদক্তা তুলসী মনা হাপ্লা ফালাগী নাকলদু লূমথরকখি অদুগা কৃষ্ণনা ফমলিবা·নাকলদুনা ম্ব াংখৎলকখি। মহাক্না পামজবা পোৎশক্তু মসিনি হায়দুনা নারদনা তুলসী মনাদু পুদুনা চৎখি। মচেদা লৈরিবা কৃষ্ণ প্রেমগী মহিমা অদু সত্যভামানা খঙজখি।*

তুলসী মনাদা কৃষ্ণনাম শোল্লগা শ্রীকৃষ্ণগা খল ওন্নবা ফালাদা হাপ্লসি শ্রীকৃষ্ণগী অথোইবা ভক্ত উদ্ধবনবু ওইরবসু শ্রীকৃষ্ণগী লোয়নবী অহল রুক্মিণীনবু ওইরবসু নুংগী ম্বাহন্থোকতি চপ মান্নে। কৃষ্ণদগীদি কৃষ্ণ নামনা চাউবা হেন্লি হায়বসিনি। সত্যভামানা মাগী লৈজবা মমল য়াম্লবা সনা লুপা, লীক- কোল, হিবা মণি মুক্তাগী লৈতেংশিং শীজিন্নদুনা কৃষ্ণগা লূম্বা মান্নবা খৌরাং তৌখি। অদুবু মদুগী কান্নবা করিসু ফংখিদে। কান্নবা ফংবা হায়বা তারগনা সত্যভামানা কোম্না মশাগী ঐশ্বর্য্যদি অসি অসি

ওইরেকো, দিব্য নামদগী মহিমাদি চাউবোইরেকো খঙজখিবা অদুনি। শ্রীকৃষ্ণবু নারদনা পুরগনি তৌরকপদা মাগী মমল য়াম্নবা লৈতেংনা শ্রীকৃষ্ণবু কললৌবা ওমগনি হায়বা সত্যভামাগী রাখল অরেম্বা তাখি। অমরোমদা হায়রগনা শ্রীকৃষ্ণবু সনানা, লুপানা, শেলনা, মমল য়াম্নবা মণি মুক্তানা লৈবা ফংগনি হায়বা অসি ওইথোকতবনি হায়বসু তাকই। প্রেম ভক্তিগা লোয়ননা ভক্ত উদ্ধবনা তুলসী পত্র শীজিন্নদুনা শ্রীকৃষ্ণবু কঞ্জহৌবা ওন্বা অসিনা কৃষ্ণ নামগী মহিমাসি অসি অসি য়ৌনা চাউবোইরে, প্রেমগী মহিমাদি অসি য়ৌনা মতীক লৈবোইরে হায়বা অসিসু খঙবা ওম্মী। চানবীরবনি হায়দুনা মদ কাবা, মানা মহেল্লবনি খনবা, সনা লুপা, মমল য়াম্নবা লৈতেং মরাং কায়রে, মনাই মশলনা পীক থল্লে, মরল লৈরে হায়দুনা পোওবা নাপলগী ময়াই অসিগী মমলদি ভগবানগী মফমদদি করিসু লৈতবনি উফুলগুম্বনি হায়বা অসিসু সত্যভামানা তৌরিবা থবক, পাওথোকলিবা থৌরাং অসিদা মমি তারি। "তুলাভার" দা নারদনা সত্যভামাদা করম্বনা মঙোন্দা (সত্যভামাদা) খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎনো হংবদা লীক্লাং পরেং অসিনি, নৎত্রগা মণিমুক্তা অসিনি নৎত্রগা পোৎশক অসি অসিনি খুন্নম্বা তারবা অদুগা মদুদা শ্রীকৃষ্ণ চঙলক্তুনা সত্যভামাদা মহাকতি শ্রীকৃষ্ণবু য়াংনা খল্লগা মাগী মরলনা হেন্না লূম্না লৌব্রা হংলম্বা তারগসু সত্যভামা খুমফম খঙলোইদৌরিবনি। মশানদি মঙোন্দা শ্রীকৃষ্ণনা অথোইবনি হায়না চাউজরিবনি। শ্রীকৃষ্ণনা নৎত্রবসু নারদনা শ্রীকৃষ্ণবুদি হম্থনা লৌমাল্লে হংলকপদা সত্যভামা মরে খৎপা ওমলোইদৌরিবনি। নারদবু মাগী মমল য়াম্নবা লৈতেংশিং লৈবা কাদা পুশিন্দুনা লৈতেংশিং অদু য়েংহল্লগা অপাম্বা হায়বীয়ু হায়জবদা করম্বনা মঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্মী হায়না হংবদা সত্যভামানা করিগুম্বা অমা হায়গে তৌরকপা অমসুং মচীন্দা "মঙোন্দা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পোৎতি" হায়বা হৌরকপা অদুদা কৃষ্ণনা "ভামা" হায়না কৌরকপা, সত্যভামানা "কৃষ্ণ" হায়না খুম্বা, নারদনা মানা হংবা ব্রাহংগী পাউখুমনি খনবা অদুগা পাউখুমনিসু হায়বা কয়াদা ওকখ্রবা ফজখ্রবা ভগবানগী লীলানো। সত্যভামানা নারদগী ব্রাহংগী পাউখুম নত্তে, কৃষ্ণনা

কৌরকপগী খুন্ননি হায়বা তারগসু সত্যভামাদা অরুবা অমনি অদুম মারোক্ত গদৌরিবনি। নারদগী পাউখুম নত্তে হায়রবদি নারদনা মাগী মরুহংগী অশেংবা পাউখুম পীরো হায়রকপদা করি খুমগনি ? কৃষ্ণসু মাঙদা লৈরে, মাগী মাঙদা মাবু থাদোক্লগা কয়ম্না সনাসিনি, মণিসিনি, হিরাসিনি হায়না পাউখুম পীগনি। করিগুম্বা পোৎশক অমা হেক মসিনি হায়না পাউখুম পীবদা কৃষ্ণনা "ভামা ! নঙদি ঐবুদি হন্থনা লৌবোইরে" হায়বদা সত্যভামা চেনফম লৈরোইদৌরিবনি। নারদনা হংলকপা, কৃষ্ণনা কৌরকপা মতম চপ মান্নবা থৌদোক থোকপা সত্যভামাবু হিংফা ফাবা চঙফা ফাবা মতাংনি হায়বা য়াই। মতাং অসি সত্যভামানা "কৃষ্ণ" হায়নবা ভগবাননা শীনবা লীলানি হায়বা য়াই, করিগী লীলা ? সত্যভামাগী নাপল থুদেক্লবা । কৃষ্ণ হায়বা অসিদি ঐ ঐগীনি হায়দুনা মপু ওইবা য়াবা পোৎশক নত্তে, লৈবা য়োনবা য়াবা পোৎশকসু নত্তে, মমলগী মতাং লেপ্লবা পোৎসু নত্তে, লনাই ওইবা য়াবা পোৎসু নত্তে, কৃষ্ণগী মমল লেপকে হায়রবদি মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা মঙোন্দা প্রেম লৈজনা, ভক্তি থমজনা শোঙ্গবা, মাগী মিংলেন- কৃষ্ণ নাম অসিতনা লেপকদবনি হায়না রুক্মিণীগী খাফম "তুলাভার" দা য়াওবা, মাগী ভক্ত উদ্ধবনসু কৃষ্ণ নামবু শীজিন্নবা অসিদগী কৃষ্ণ নামগী মহিমাদি অসি ওইরেকো হায়বা খঙবা ঙম্মী কয়াদা মতীং লৈপ্লবা কৃষ্ণ নামগী মহিমা, কৃষ্ণ প্রেমগী মহিমা। বিশ্ব শান্তিগীদমক পীনবীবা ওইসনু জগৎ মপুনা প্রেমগী মহিমা। ঙানবা ওইসনু মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা প্রেমগী মহিমা।

ওঁ শান্তি শান্তি শান্তি



# মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহগী কোঙখ্রবা বুকলেটশিং

## (২০০৭ ইং ফাওবগী মনুংদা)

**(ক) পাউদম (২০০৩ ইং) দা য়াওখ্রবশিংঃ**

১। মহাক্তনা ঐবু তবাম্না ওকপিথি - ২০০০ ইং
২। নীংশিংলি ঙসিসু কৈ য়াহীপ- ২০০১ ইং
৩। থম্মোয়গী নুংঙাইবনা ওল্লকপা মীংকী শিবাং- ২০০৩ ইং
৪। অফোংবা চিঠি অমা- ২০০৩ ইং
৫। শৈবেং চম্ফুংকী মহাউ- ২০০৩ ইং
৬। লিংথোল অমা ফংজবদা- ২০০৩ ইং
৭। সাহিত্যনা য়ুমদা লাক্রবসিদা- ২০০৩ ইং
৮। কালিটি এদুকেসন অমসুং ঐহাক্না খঙজখিবা ওজা অমা- ২০০৩ ইং
৯। কংলা চীংদোন্দা বাকপী কাবা - ২০০৩ ইং

**(খ) অনৌবা মণিপুরগী লময়ানবা অহুম** (২০০৬ ইং) দা য়াওখ্রবশিং ঃ

১। জননেতা হিজম ইবাবতকী পুন্সি অমসুং থবক  ২০০৪ ইং
২। মাইবেম্বম কোইবেং সিংহগী পুন্সি অমসুং থবক  ২০০৫ ইং
৩। মহাবাজকুমাব প্রিযব্রত সিংহগী পুন্সি অমসুং থবক  ২০০৬ ইং

(গ) **নোংদম** দা যাওগদবা রাবেংশিং :

১। [illegible]ম্মাগবু ঙালহনবীবা মৈবা অহুম  ২[illegible] ইং
২। শ্রীস্বামী গুকগোবিন্দানন্দ বস্বতীগা শকখঙনজবকপা  ২[illegible] ইং
৩। আতথিনা লাকপ্রবদা  ২০০৬ ইং
৪। অঙাওবনিদি হায়নখি ঙাওনদি নত্তে  ২০০৭ ইং

(ঘ) অতৈ রাবেংশিং ঃ

১। অইবী কুমাবী খাইদেম প্রমোদিনী  ২০০৭ ইং
২। কৃষ্ণদগী হেনবা কৃষ্ণনামগী মহিমা  ২০০৭ ইং
৩। অইবী খাইদেম প্রমোদিনীগা শকখঙনজবকপা  ২০০৭ ইং
৪। শ্রীমৎ পবমহংস স্বামী যোগেনন্দ্রানন্দ গিবি  ২০০৭ ইং